ফুরাইলাৎপম রেবতি শর্ম্মগী

# নাথৈখ্রবা ঈচেলদুনা



ফোঙবাঃ-লক্ষ্মি এন্দ মোনালিশা পব্লিকেসন, ইম্ফাল, মণিপুর।

অহানবা খূৎনমঃ ২০১২




কপি মশীং ঃ- ১০০০



মমলঃ লুপা ১৪০

কোভর দিজাইনঃ মুতুৱা তোম্বা

নম্ফমঃ এম এম প্রেস, কৈশামথোং

# কচ্চবা

তাইবংপান থাদোকখ্রবা
পলেম পন্থৌ অনিদা
কৎচবনি ঐগী তরানিথোইশুবা
ফোঙজরিবা লাইরিক অসে,
লৎনদনা লৌবিয়ুকো।
মীয়ামগী সেবা ফং[illegible]
কৃপা অদুমতংগা পিনবিবম্মুকো
ঈশ্বরগী খুয়াদা চংজখ্রবা
পলেম পন্থৌ ওইবা অনিনা
নচা ওইবা ঐঙোন্দা।

*অদোমগী*
ফুরাইলাৎপম রেবতি শর্ম্মা

# অইবগী ৱারোল

ইশাগী চহি ১৫/১৬ শুরকপা ক্লাস তেন/এলেভেন তম্লীঙৈ মতমদগী ঐগী ইবগী ইহৌ হৌগৎলকখি। মতমদুদগী ইশানা শুমাং লিলা অহুম ইদুনা অ- ইশামক কুমদুনা কালা সংস্কৃতিদা খোংদারকখি। মতুংদা লমলানবা কৌবা উপন্যাস অমা ইজখি। অদুবু অখং অহৈ কয়া তান্নদুনা ফোংনবা হোৎনরকপদা খঙহৌদনা মাংখি। অমর প্রকাস কৌবা লিলা অমসু স্ক্রিপ ওইনা মফম খঙদনা মাংখি। কোলেজগী পুন্সিদা মেগাজিন্দা ৱাবেং হাপ্লসু হৌবকখি। মথংদা জবান কৌবা ইশানা ইজবা ঈশৈ লিলা অমসু মাংখি। অসুম্না ইবগী লমদা নৌনা থৱাই য়াওজরকপদগী তাল্লক্কী খোইমু শোক ১৯৮২ দা ইনাও অমনা নুংশিদুনা ফোঙবিখি। মতুংদগীদি মথং মথং ইথরকপনা ঙসি ফাওবা ইজবা লেপচবকত্রি। ৱাবী মচাগী লাইরিক ৮, নোভেল ২ অমসুং শৈবেং অমা ফোঙখ্রবগী মতুংংদা হন দক্কী লাইবিক অসিমসু মীয়ামদা খুদোল তমজবনি। শকখঙবিদ্রবা অইবা অমা ওইরবসু ওঝা ডাঃ শরচন্দ্র লোঙজোম্বনা ঐবু অইবা অমা ওইনা মশক তাক্লবা কন্না হোৎনবিবকখি। লাইরিক অসিমকসু মণিপুরগী জর্নেল কয়াদা অমসুং খবর কয়াদা ফোঙখ্রবা অমদি লোয়ননা গৌহাটিগী মণিপুরী চেফোঙ অমদা ফোঙখ্রবা ৱারী মচা কয়ামরুমবু পুন্না পুনশিন্দুনা ফোঙজবা লাইরিক্নি। লাইবিক অসিবু ফোঙবদা ইনোৎ হাপ্পীরকপা মীওইদি কৈশামথোংদগী ইনাও বপিননি। অদুগা লাইবিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা এম এম প্রেসকী প্রোপ্রাইতরনা ৱাবীবগীদমক্তা তৌবিমল কাওজরোই। মসিদা নত্তনা ঐগী লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবিবকপা কয়াবুসু থাগৎচবি অমসুং ঐগী ইবগী লম্বীদা মখা তানা লমজিংবিবনি খঙ্গনি।

ফুরাইলাৎপম বেবতি শর্ম্মা

# হিরম-লমায়

# ডি এন এ টেষ্ট

ইম্ফাল সহরগী অৱাং দুকান্দা লালহৌবা খবনা শেল খাইবা লাক্লে হায়বা ইন্টিলিজেন্সকী পাউ ফংবদগী অসাম রাইফলস অমদি কামান্দো কাঙবু অমনা হুপচন্নরক্তুনা থিবা হুম্বগী থবক চৎথবকই। তাঞ্জা অদুদা কামান্দো অমনা মাগী ত্রেগর অদু শোয়বদগী নমশিল্লুবদগী খঙহৌদনা হৌনা নাম্থোরকপা নোংমৈগী খোঞ্জেল অদু তাবদা আসাম রাইফলস অমদি কামান্দো অতৈশিং অদুনা হন্দুনা নোংমৈনা বজার মচি অদুদা পংকাপ্তা কাপশিল্লকপদগী বজার অদুদা তিল্লন্বা মীযাম কাইদুনা চেন্নখি। শোক্লবসু কয়া য়াওনখি। অদুবু মীচম অমদি ইখেংলক্তা লৈমাইদা তাদুনা লৈখি। কামান্দো অমদি সিপাহিশিং অদুনা মীচম অদু লালহৌবনি মহাক মশক মমিং খঙদ্রি মবম অদুনা মহাকপু মশক খঙদোক্লনবা লম্ফেলগী মীরেল শংদা পুলিস্না পুদুনা থমখ্রে।

পাউ অসিনা সহরগী মফম কয়াদতা শন্দোরকখিবতা নত্তনা খুঙ্গংগী মফম কয়াদসু তপ্না তপ্না শন্দোরক্লে। নুমিদাংৱাইবম বেডিওগী পাউ লাকঙৈ অমসুং মদুগী মতুং বস থুংনরকপদা বজারদা নোংমৈ কাপ্লখ্রে হায়বগী পাউদু শরা শল্লকই। উরুরিবা নত্রগা তারুবিবা থৌদোক খরদা হেঞ্জনবা ৱাহৈ ৱাতা খবা হাপচিন্নবগা পাউ তম্নবসি ঙসি ঙরাংতগী ৱা নত্তে, মহৌশাদগী অদুমক চৎনবক্লবনি। অসুম্না পাউ অসিনা থোইদোক্না হেন্না মিপাইবিবদি সহরদা লৈবা মচেগীদগী পৈশা খরা লৌরুনি চৎখ্রিবা খেলেম্বাগী মপা ইবুংঙো য়াইফবনি। খেলেম্বা যাইফবগী মমল য়াওনা য়োকচবা মপারিনি। মচে ইম্ফালদা ওংবী থাম্নাদগী মনাওনুপা অদুনা হন দক নৌনা লৌ পরি অমগা লৈননবা হায়দুনা পৈশা খরা লৌরুনবা মপানা থাখিবনি। মমানা মঙ নুংঙাইতে হয়েং চৎহল্লসি হায়বদা মপা ইবুংঙোনা মঙগী ৱাবু হায়দুনা নমদুনা থাখিবদুদা অশি অনা অশোক অপন য়াওরম্লবদি হায়না যাইফবনা য়াম্না মীপাইজখিবনি। লৈতা লৈতা য়াম্না ৱানা য়োকচরকখিবা অদুনা হন্দক্তা মপুং পুংকক ফারক্তুনা মপাগী মতেং খরা পাংলক্তুনা লৌউ শিংউ ইংখোল শংবলগী মতেং

ফনা ফজনা মতেং পাংলবনি। মপাদুনা মচাদুবু মনি মতুমগুম্না খঞ্জরবনি। ইম্ফালদা নুপা মচা অমা শিরগা মোর্গতা পুখ্রে, অতৈ খরসু শোক্তুনা রিমস্তা লাইকন্নরি তাবদা বস্তগী হল্লকপা কনা কনাদা মচাদুবু মানবা লাকখি খোৎখিব্রা হায়দুনা তান্ন তান্নদুনা হংজরুই। লু লুক্লা ফুম্বংনানা মচাগী ব্রাখলনা উংলিবা মপাদুনা লম্বীদুদা শোল্লপ্লা লাকপদা হোতেলদা লম্বীদা লমজাওদা শে নরিবদু য়াইফবনা নাপচিক্লা তারকই। খেলেম্বদু ওইরমদ্রবদি ফনিদা মওইরমল্লবদি মপা অসি ঙাওদুনা চৎকনিকো। নাপ চিক্লা তাখিবা ব্রাহে খরদুনা য়াইফবগী থম্মোইবু ব্রজ তাখিবগুম তু খ্যাও খ্যাও চুংহনখিদবা নত্তে। কোকচাওবী কাহনখিদবা নত্তে, য়াইফবদু ময়ুম মাইকৈরোমদা মপুক্লিং ব্রানা পাংলকই। থম্মোইদুদি অব্রাবনি অব্রাবগী নোংলৈনি, নোংলৈদুনা হুন্নকপনা ঙাওরকপনা মুরুম মুরুম শোন্না লাকপদু মমা থাম্নানা ইচাদুবু মঙ-নুংঙাইতেকো হায়রগা মপানা মঙগী ব্রাবু হায়দুনা নমদুনা থাদোকখিবনিদকো হায়দুনা মপি তাদেকো হায়রসু নুংশুক নুংজাননা কপ্তেতা খাক্তুনা লৈরমই। থৌদৌ অদু য়াইফবনা শুমাংদগী মউরকই। য়াইফবনা ইয়াং য়াংনা করিমত্তা চিংনরুনু, কনানা খঙনো মচেখোইদা চাদুনা থক্তুনা পোথাদুনা লৈরম্বসু তম্বা ঙম্বা নত্তে হয়েং খঙনি, হয়েংগী বস লাকপা ফাওবদদি ঙাইখিবা তাবনি। মতাং অদুদা মমা ইবেম্মা অদুনা শাওরংননা 'হয়েং বস লাকত্রিফাওবা ঙাইবা মতম নত্রে, ঙসিগীদি গাড়ি লৈতবগী তৌবনি হয়েংগীদি ফাষ্ট গাড়িদা ঙন্তা সহরদা চৎকদবনি।' অসুম্না লাংতক লাংতক্লনা মমা মপা ওইবা অনিদু মচাগী ব্রাখলদা অহিং অদু ব্রানা খাংখি।

নোংপোক অতিয়াদা কোরৌহনবনা ঙাম্থোরকপদুদা মমা ইবেম্মনা হান্না হৌখি। মপাবু হৌদোক্তুনা শাজোন তৌননবা লাংখি। মপা য়াইফবসু হাথু হাথু ইম্ফালদা চৎননবা থৌরাং তৌজে। অততাই ওইরিবা য়াইফবনা অব্রাবা পোৎলুম পুদুনা ময়ুম মাইকৈ থাদোক্লমদুনা ইম্ফাল সহরগী মচা নুপাগী ময়ুম য়ৌননবা বস তোংদুনা লাকখি।

- করি তৌরে পাবুং ইপা পখৎনা লাক্লীবদুবো?
- খেলেম্ববু নখোয়দগী হনখত্রা'?
- এ! মাদি ঙরাং লুপা লিশিং ১০ পুরগা অদুম চৎখ্রেনা?
- অদুদি কদাইদা লৈরমগনি, ঙরাংগী কাপ্পবগী পাউগদুবু তাদ্রব্রা?
- তাইদা অদুদা মরাল লৈতবা মাবো!
- হৌজিক্কী মনিপুরদবু মরাল লৈবা লৈতবা লাইবক্কী ব্রানিদা।

দেবদাসতু তন্না ফি হোংখি গাড়ি মচা অদু তপ্লা ইম্ভোকচরগা লম্ফেলগী

মোর্গ তম্না মকুবোক য়াইফবগা তনলাক লাকখি। গাড়িদু হেক থুংলবগা অনিদু মোর্গতা লৈরিবা অশিবা অদু য়েংলুই। অশিবা অদুগী মমাই অদুদি লৌফম খণ্ডদবগুম্লে, অদুবু শকওং শদা শেৎলিবা ফিরোল তশেংনমক খেলেম্বনি। মপা ইবুংঙো য়াইফবদু থম্মোয়দুদগী খংইন ইনথোবকপা পিরাং ইফুৎনা মিস্নাদুদা ফুদোরকই। মথন্তা মচিন্দা শোন্দোকখি- " মান্নি মান্নি, ঐগী তাংলবা মরাল লৈজখিদ্রবা চল্লবা ইচা অদুনি। করম্না তৌনি কনা লৈজদ্রবা মরাল লৈজদ্রবা মীচম অসুম্না তোইনা হাৎলক্লরবদি মণিপুর হাযবসে তুস্না তাবে।" হায়দুনা লাউ খোংলম্বদগী লাউ খোংদুনা তেংথা নাওইনা কপ্পা হৌবকই। পুলিস পার্সনেলশিংনা মপাদুবু খামজিনখি।

মতাং অদুদা পরপ পরপ মারুতি জেন অমসু মোর্গ ময়া অদুদা থৌজল্লকখি। মারুটি অদুদগী মীয়াই চনবী মৌ নহা অমগা মপা মানবা মীযাই নুপা অমগসু চংশিল্লকখি। নুপী অদুনা অশিবা হকচাং অদু ফাক ফাক্লুনা য়েংলম্লগা মমৈদা অশিবা অদুবু কোন্দুনা 'ইমাগী ইবুংঙো' হায়দুনা তেংথা নাওইনা কপ লাউখি। য়াইফবগী থম্মোইসু পুঙমখিদ্রে। তেংথারীবী নুপী অদুগী মনাক্তা নুপা অদুসু চিংশিল্লক্লুনা 'ইপাগী ইবুংঙো, ইপাদি মাঙজরেদনা', হায়দুনা অশিবদুবু কোন্দুনা কপখি। অঙকপা থৌদো অমা হায়বদু য়াইফবগীসু ওইখি। শিরিবা মচামক অদু মমাং অদুদা মীতোপশিং অদুনা মচানি হায়দুনা কোন্দুনা কপ্লরকখিবা অদুদা অনী থোক্লরকপগী রাথোক অমা অমুক ওইরকপা তারে 'কবম্নো মণিপুর' হায়বা রাখল অমদা য়াইফবদো ফুম্বংনৈ।

অশিবা হকচাং অদুবু কোন্দুনা মোর্গ অদুদা কপ্লাববা অদুনা র্সদানি অদুগা নুপা অদুনা রোবিননি। মমা মপা ওইরিবা অনিদুনা হৌখিবা থৌদোক কয়া লাম লামদুনা তেংথাখিবা অদুদা মফম অদুদা তিল্লম্লিবা মীয়াম অদুগী থম্মোই শোকহনখিদবা নত্তে। রোবিন অমদি র্সদাগী চাওদম শাংদম্বা মচা শেখবদু অতাংবা মচানি। মহাক্কী মাইথোং অমদি পোৎশক খেলেম্বগা চপ মান্নে। মমা মপা অদুনা কন্না শিন্নদুনা মৈলানি কৌবী লৈশাবী অমগা লুহোংগদৌরিবনি। লুহোংগদৌবগী মঙানিতা ঙাইরবদা পোৎ চৈ খরা লৈকুনবা বাজারদা চৎখিবনি। নুমিৎ অদুমক্তদা ইরাং অদুসু থোকখিবনি। শেখর নুমিৎ অদুমক্তদা থৌদোক থোকফম অদোমদা চৎখিবনি। নাকল অমদনা মনিমুক্তানা থল্লবা শনজিং থেংনরুবী লুহোংগদৌরিবী কৈন্যা অদুনা সনজিং অদুনা প্রলয়গী মৈনা চাকথেকখ্রবদা করি ওইরিনি। তশেংনমক্কী হন্দক্কী মীশি অসিদা অশিবা হকচাং অদু য়েংবা লাকখিবসি য়াইফবা

ফনা ফজনা মতেং পাংলবনি। মপাদুনা মচাদুবু মনি মতুমগুম্না খঞ্জরবনি। ইম্ফালদা নুপা মচা অমা শিরগা মোর্গতা পুম্রে, অতৈ খরসু শোক্তুনা রিমস্তা লাইকন্নরি তাবদা বস্তুগী হুম্লকপা কনা কনাদা মচাদুবু মানবা লাকখি খোংখিব্রা হায়দুনা তান্ন তান্নদুনা হংজরুই। লু লুক্লা ফুম্বংনানা মচাগী ব্রাখলনা উংলিবা মপাদুনা লম্বীদুদা শোল্লপ্না লাকপদা হোতেলদা লম্বীদা লমজাওদা শে নরিবদু য়াইফবনা নাপচিক্লা তারকই। খেলেম্বদু ওইরমদ্রবদি ফনিদা মওইরমল্লবদি মপা অসি ঙাওদুনা চংকনিকো। নাপ চিক্লা তাখ্রিবা ব্রাহে খরদুনা য়াইফবগী থম্মোইবু ব্রজ তাখিবগুম তু খ্যাও খ্যাও চুংহনখিদবা নত্তে। কোকচাওবী কাহনখিদবা নত্তে, য়াইফবদু ময়ুম মাইকৈরোমদা মপুক্লিং ব্র না পাংলকই। থম্মোইদুদি অব্রাবনি অব্রাবগী নোংলৈনি, নোংলৈদুনা হুম্লকপনা ঙাওরকপনা মুরুম মুরুম শোন্না লাকপদু মমা থাম্নানা ইচাদুবু মঙ নুংঙাইতেকো হায়রগা মপানা মঙগী ব্রাবু হায়দুনা নমদুনা থাদোকখিবনিদকো হায়দুনা মপি তাদেকো হায়রসু নুংশুক নুংজাননা কপ্তেতা খাক্তুনা লৈরমই। থৌদৌ অদু য়াইফবনা শুমাংদগী মউরকই। য়াইফবনা ইয়াং য়াংনা করিমতা চিংনরুনু, কনানা খঙনো মচেখোইদা চাদুনা থক্তুনা পোখাদুনা লৈরম্বসু তম্বা ঙম্বা নত্তে হয়েং খঙনি, হয়েংগী বস লাকপা ফাওবদদি ঙাইখিবা তাবনি। মতাং অদুদা মমা ইবেম্মা অদুনা শাওরংননা 'হয়েং বস লাকত্রিফাওবা ঙাইবা মতম নত্রে, ঙসিগীদি গাড়ি লৈতবগী তৌবনি হয়েংগীদি ফাষ্ট গাড়িদা ঙন্তা সহরদা চংকদবনি।' অসুম্না লাংতক লাংতক্লনা মমা মপা ওইবা অনিদু মচাগী ব্রাখলদা অহিং অদু ব্রানা খাংখি।

নোংপোক অতিয়াদা কোরৌহনবনা ঙাম্থোরকপদুদা মমা ইবেম্মনা হান্না হৌখি। মপাবু হৌদোক্তুনা শাজোন তৌননবা লাংখি। মপা য়াইফবসু হাথু হাথু ইম্ফালদা চংননবা থৌরাং তৌজে। অততাই ওইরিবা য়াইফবনা অব্রাবা পোৎলুম পুদুনা ময়ুম মাইকৈ থাদোক্লমদুনা ইম্ফাল সহরগী মচা নুপাগী ময়ুম য়ৌননবা বস তোংদুনা লাকখি।

- করি তৌরে পাবুং ইপা পখৎনা লাক্লীবদুবো?
- খেলেম্ববু নখোয়দগী হনখ্রব্রা?
- এ! মাদি ঙরাং লুপা লিশিং ১০ পুরগা অদুম চৎখ্রেনা?
- অদুদি কদাইদা লৈরমগনি, ঙরাংগী কাপ্লবগী পাউগদুবু তাদ্রব্রা?
- তাইদা অদুদা মরাল লৈতবা মাবো!
- হৌজিক্কী মনিপুরদবু মরাল লৈবা লৈতবা লাইবক্কী ব্রানিদা।

দেবদাসতু তন্না ফি হোংখি গাড়ি মচা অদু তপ্না ইস্তোকচরগা লম্ফেলগী

মোর্গ তম্না মকুবোক য়াইফবগা তনলাক লাকখি। গাড়িদু হেক থুংলবগা অনিদু মোর্গতা লৈরিবা অশিবা অদু য়েংলুই। অশিবা অদুগী মমাই অদুদি লৌফম খঙদবগুম্লে, অদুবু শকওং শদা শেৎলিবা ফিরোল তশেংনমক খেলেম্বনি। মপা ইবুংঙো য়াইফবদু থম্মোয়দুদগী খংইন ইনথোরকপা পিরাং ইফুৎনা মিম্লাদুদা ফুদোরকই। মথন্তা মচিন্দা শোন্দোকখি- " মান্নি মান্নি, ঐগী তাংলবা মরাল লৈজখিদ্রবা চম্লবা ইচা অদুনি। করম্না তৌনি কনা লৈজদ্রবা মরাল লৈজদ্রবা মীচম অসুম্না তোইনা হাৎলক্লবদি মণিপুর হায়বসে তুম্বা তাবে।" হায়দুনা লাউ খোংলম্বদগী লাউ খোংদুনা তেংথা নাওইনা কপ্পা হৌরকই। পুলিস পার্সনেলশিংনা মপাদুবু খামজিনখি।

মতাং অদুদা পরপ পরপ মারুতি জেন অমসু মোর্গ ময়া অদুদা থৌজল্লকখি। মারুটি অদুদগী মীয়াই চনবী মৌ নহা অমগা মপা মানবা মীযাই নুপা অমগসু চংশিল্লকখি। নুপী অদুনা অশিবা হকচাং অদু ফাক ফাক্লুনা য়েংলম্লগা মমৈদা অশিবা অদুবু কোন্দুনা 'ইমাগী ইবুংঙো' হায়দুনা তেংথা নাওইনা কপ লাউখি। যাইফবগী থম্মোইসু পুঙমখিদ্রে। তেংথারীবী নুপী অদুগী মনাক্তা নুপা অদুসু চিংশিল্লক্লুনা 'ইপাগী ইবুংঙো, ইপাদি মাঙজরেদনা', হায়দুনা অশিবদুবু কোন্দুনা কপখি। অঙকপা থৌদো অমা হায়বদু য়াইফবগীসু ওইখি। শিবিবা মচামক অদু মমাং অদুদা মীতোপশিং অদুনা মচানি হায়দুনা কোন্দুনা কপ্পরকখিবা অদুদা অনী থোক্লবকপগী ৱাথোক অমা অমুক ওইরকপা তাবে 'করম্মো মণিপুব' হায়বা ৱাখল অমদা য়াইফবদো ফুম্বংনৈ।

অশিবা হকচাং অদুবু কোন্দুনা মোর্গ অদুদা কপ্পরিবা অদুনা সর্দানি অদুগা নুপা অদুনা রোবিননি। মমা মপা ওইবিবা অনিদুনা হৌখিবা থৌদোক কযা লাম লামদুনা তেংথাখিবা অদুদা মফম অদুদা তিল্লম্লিবা মীয়াম অদুগী থম্মোই শোকহনখিদবা নত্তে। রোবিন অর্মাদি সর্দাগী চাওদম শাংদম্বা মচা শেখবদু অতাংবা মচানি। মহাক্কী মাইথোং অর্মাদি পোৎশক খেলেম্বগা চপ মান্নৈ। মমা মপা অদুনা কন্না শিন্নদুনা মৈলানি কৌবী লৈশাবী অমগা লুহোংগদৌরিবনি। লুহোংগদৌবগী মঙানিতা ঙাইরবদা পোৎ চৈ খরা লৈকনবা বাজারদা চৎখিবনি। নুমিৎ অদুমক্তদা ইরাং অদুসু থোকখিবনি। শেখর নুমিৎ অদুমক্তদা থৌদোক থোকফম অদোমদা চৎখিবনি। নাকল অমদনা মনিমুক্তানা থল্লবা শনজিং থেংনকবী লুহোংগদৌবিবী কৈন্যা অদুনা সনজিং অদুনা প্রলয়গী মৈনা চাকথেকখ্রবদা করি ওইরিনি। তশেংনমক্তী হন্দক্কী মীশি অসিদা অশিবা হকচাং অদু য়েংবা লাকখিবসি যাইফবা

অমদি রোবিন্তা নংখিদে ময়ুমদা হল্লকখিদ্রবা মচা কয়াগী মমা মপা কয়া কয়ানি। সুম্বা মঙগুম্বা থৌদোক অসিদা মঙলাক্লরমগদবগী মওং ওইনা শোন্নদুনা থবাক্তা খুতুম্না য়েনা হন্নখিবা কয়া অমনি। অদুবু লুরিবদি হন্দক্কী খ্বাই বজারগী শেমজিন শাজিনবা কাপ্পখিবগী থৌদোক অদুদা নহা অমগী অশিবা হকচাংবু মীচমনি হায়দুনা ইমুং অনিনা ক্লেইম তৌরক্লে। লোয়ননা লৈখিদ্রবা নহা অদু করম্বা ইমুংগী মচানো হায়বদো চপ চানা খঙদোক্লবা মণিপুর পুলিসনা ডি এন এ টেষ্ট তৌননবা ওর্দর তৌখ্রে।

হৌজিক্তী হৌখিবা থৌদোক অদুদা লৈখিদ্রবা মীওই অদু লালহৌবনি চিংনরম্বনি অদুবু পুলিসকী থিজিন হুমজিনবগী রিপোর্টনা মীচম্নি হায়না ফংলে। মরম অসিনা, মীচম অমদা ফেক্ট এনকাউন্টরগী তৌফম থোকপা সরকারনা তৌনবা ডি এন এ টেষ্ট অদু তৌদুনা শিরিবা নুপা অদু কনানো হায়বদো রিপোট অনি লাকপনা মরম ওইদুনা তৌগদৌরিবনি। মসিমক্তী খেলেম্বগী ইমুংনা ফোটোগা লোয়ননা অমদি লৈকাইগী ক্লবনা মীচম্নি হাদুনা ক্লেইম তৌরকখিবনি অদুগা অমরোমদা শেখরনি হায়দুনা শেখরগী মমা মপা অমদি লৈকাইদুগী মৈরা পাইবী অমদি ক্লবনা ফোটোগা লোয়ননা ক্লেইম তৌরকখিবনি। হৌজিক্তী অনিমক্কী ব্লদ টেষ্ট তৌদুনা দিল্লিদা সেম্পল থাখ্রে। অনিদুগী মনুংদা শিরিবা নুপা অদু কনাগী মচানো হায়বদুদি শোয়দনা খঙলগনি। অশোকপা খরদুসু লুপা খবা খরা সবকারনা পীখ্রে। অশিবা অদুসু মমা মপা মশক খঙলবা মতমদা এক্স গ্রেশিয়া শোয়দনা পিরগনি। লুরিবদি অতোপ্পা মশক খঙলোইদৌরিবা মচা অদুনা কনাগী ওইগদৌরিবনো অদুগা মচা নংলমদ্রবা মমা মপা অদুগী মচা অদুনা অমুক কদাইদা লৈরমগদৌরিবনো হায়বসিদা ৱাহং অমা লাক্কদবা মতৌনি।

# করি পাওখোঙনোনে ইমা

মপাবুং ইবুংঙো অদুনা লৈখিদ্রবা মতুংদগী মমা লায়রবী অদুনা কৈথেল লুকমাই তেক-তেক পান্দুনা রতন অমসুং মাগী মচলনুপী সরিতাবু ঙসি ফাওবা য়োক থাক্লক্কী। রতনদু বি এ পাস তৌবে, অদুবু অঙাং নুবী খবা কোচিং তৌবিবা নত্তনা পৈশা থোক্লবা অতোপ্পা উপাই লৈতে। মপানা নুংশিনা কেনা মৌনা য়োক্লকপনা পায়া পরৈ অমা পুনবা হৈবক্তুবনি। মাগী হায়ববু লাইবিক পাবা, ইবতনা মতম লেনবনি। মচল ইবেম্মা অদুসু হৌজিক্তি মেট্রিক পাস তৌরদুনা কলেজ কারে; মচলগী লাইরিক তম্বগী খর্চ অমদি ইমুং অদুগী চাবা থকপগী লৈকাইগী মরুপ মপাং অমদি দেব কম্মগী পোৎয়েং চৈযেংনচিংবা কযাগী চৈনাদা রতন লানফমদা লু লুক্লরবা লান্মীগুম্না লেপ্পি। মমা ইবেম্মা অদুসু কন্না হোৎনজদবা নত্তে, অদুবু নোংম-নোংমগী তাংখৎলক্লিবা চানা থক্লবগী মমল শিংযেন অমদি কেরোসিন কেন্দল তৌদ-যাদবা লৈকাইগী শেনখাই থুমখাই মরুপ মপাং পুন্নমক অসিনা পোৎফমদগী শিৎলকপা পৈশাদুগী শেন্দোংদুদি শিংরবা কোন্নরক্তবনা বজারদা পৈশা শান্নবা কয়াদগী নোংম-নোংমগী শেন্দোয়দা পৈশা পুশল্লি। মখোয বামোন্নি অদুবু মন্দিরদি লৈতে। মখুরাশিংগী মন্দিব অমদি মাগুবতা তাংলগা ঈশ্বরগী থৌরম কয়াদি অদুমক য়াওই। মন্দিবগী মমাংদা তৎতনা নিল্লি জয কৃষ্ণ, জয় কৃষ্ণ মতম অদুনা মমা ইবেম্মা, মচল অমদি রতনসু কৃষ্ণ নাম কাওনদে, মীৎলুদগী পিরাং চোৎনা ধম্মগী থৌরম কয়াদা রতন্না ৱারবা পুন্সি অদুবু তেংবাংবীনবা, কনবিনবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু তৎতনা খুকমজে। অদুবু জগৎকী মপুনি তোল্ল-তারবশিংগী মপুনি, লৈত-লায়রা, তোল্ল-তারবশিংবু থৌজানবী হায়রিবসিবু কনাদবুনো, কনাদবু ভগবান কৃষ্ণনা তেংবাংখ্রবগে হায়বা ৱাহৈ অমা তৎতনা লাকখি। মীৎ তাঙবা খোঙতেকপা শোইনাইরবা কয়া, নোংমগী চরা অনি শুনা চাবা ফংদ্রবা কয়া, নোং য়ুরবা য়ুম কয়া, অনাবা লায়েংননবা, পৈশা লৈতবদগী কুম লাইনা ওইনা অৱাবা কয়া খাংনা লৈখিদ্রবা কয়া, চীংয়া তময়া লোইজি লোয়াদা

লৈজরগসু লৌ লৌখাই অমগী মপু ওইদ্রবা, শান্নবসু লৈত্রবা, খুলং খরা চৎলগা চীংদা শিন খরা য়াল্লগা, ঙা খরা ফারগা, থবক লৈত্রবা মতমদা লক্ষাংদা মফম খঙদ্রবা মতৌদা ককঙাওননা লেন্দুনা, কনানা য়ু থক্লবা, কনানা গঞ্জা থক্লবা, কনানা জ্বার শান্নদুনা কান্নদবদা অমোৎ অকাইগী শেগাই তুগাইবা ফিজেৎ খরা শেৎ ইন্দুনা চমোৎ চনাইননা উপাই লৈতনা লেল্লিবা কয়া অদুসু পুন্সিবু য়াইফহন্নীংবগীদমক্তা ঈশ্বরবু নিংনরিবা শোন্নরিবা ঙাক্তনি। অদুগুম্বা মখোয় কয়াবু করম্না ঈশ্বরনা তোল্ল-তারবনি হায়দুনা থৌজানবিদুনা খুঙ্গং কয়াদা মথোন কয়াগী দলান শাদুনা মারুটি কার মখল কয়া তোংনরবগে, ব্রাখল কয়া অসিনা মওন মওন খঞ্জরগা রতন্না শ্রীকৃষ্ণদা তাইনদুনা মাগী থৌজালনা নুংঙাইখিগিনি হায়দুনা পুজা লংজা তৌবনা কান্নবা ফংগদবা মান্দে ফাওবা নিংলক্নে। ঈশ্বর নিংবগী অর্থ ইরৈ লৈতে, ঈশ্বর হায়বদুদি হয়েং অহল ওইরবা মতমদা, শুবা চৎপা ঙমদ্রবা মতমদা চরন খাদা চংজবা নিজবা মতম অদুতদা নিংজগদবনি। মতম অদুদদি শাস্ত্রগী নিয়ম অমদি ধর্ম্ম অমগী মথৌ ওইজবা অপাম্বা অশাওবা কল্লকপা য়েংথিবা পুম্নমক থাদোক্লুনা ঈশ্বরবু পুজা তৌগদবনি। হৌজিক্তি পুন্সি অসিদদি পুম্নমকসি য়াওদনা হিংবা য়াদবনা ঈশ্বরদা হায়জরুবগী/নিজরুবগী য়াম্না কা হেনবা অর্থ লৈতে হায়না খল্লকপনা মপানা থম্বীরম্বা ইংখোল শম্বল অদু হৈত-হৈত হোৎনজদুনা তৌদুনা য়ানদুনা পোৎ চৈ থাদুনা খুঙ্গংগী চৎনবী লৌ খুলং অমদি চীংদা শীংনচিংবা য়ান্দুনা নোংম-নোংমগী হাতে হাতে অর্মদি হিংননবগী লানফমদা হিংননবা হিংবা তারকখি।

দশুমতি মচল ইবেম্মা সরিতাগা য়াম্না লুনা তিন্নজবী মখা লৈকাইগী লৈশাবী শকহেনবী অমনি। মহাক সরিতাখোইদা তৎতনা লাকই। মশক মতৌ চুং ফিরান চানা কুচু ঙৌনা ফজবীনি। মহাকসু সরিতাগা লোয়ননা কলেজ কামিন্নে। দশুমতিনা সরিতাগী মবুং রতনবু নুংশিজবা সরিতাদা নত্তনা মমা ইবেম্মা ফাওবা খঙঙি। অদুবু রতন্না দশুমতিবু থৌশাদে অদুম্নমক দশুমতিনা মরক মরক্তা তাঞ্জা মেঞ্জা খঙদনা লাকপদা মচল ইবেম্মা অমসুং মমা ইবেম্মনা লৈতবা মতম কয়াদা রতন্না দশুগা চম্না অদুমক ব্রারীদি শাদবা য়াদবনা শাজৈ।

- দশু নঙ ঐগী আসা তৌরুগনু, ঐদি মী হায়বদু ওইররোইদবনি, ঐদি শিনফম অমদা খুৎলোয়বা হৈনবা মীওইসু নত্তে। ইমা লৈত্রবদি ঐদি হিংগদববু মান্দ্রবনি।
- নুপা অমা ওইরগা অদুক লিংজেল লৈতবসিদি ঐগী পুন্সিনা থেংনরক্তি।

তামো, পুকচেল চাউথোকপসু খরা তম্মু, নুপা থোকউ কৈদৌগে।

- লুপা লৈত্রগবু করম্মনো নুপা থোক্কদৌরিবসিবু, লুপানা লক্ষ্মীনি লুপানা পুন্সিনি, লুপানা ঈশ্বরনি, লুপানবু লৈত্রবদি পুন্সি খোঙ খুৎ অনিমক পুনশল্লবা মীগুন্বনি।
- লুপা অদু লৈননবা নুপা থোকউ হায়বনি, পুন্সি লানফমদা মিকিথি ওইরবদি পুন্সি অদু হঞ্জন হঞ্জন শিরগনি। উপাই লৈতে হায়দুনা শিনিংদুনা ফুংশ্বংনদুনা অদুম লৈবগদি অফব্রাও? ব্রহ্মামক্কা পোকঙমদ্রবা মীওইপোক্নি হায়নরিবনে...
- নঙগী লাইগী তিনগী হৌখ্রবা ব্রারিদু তৌরক্কনু, ঐ লাই ফাওবা থাজদে, অদুবু মীনা মীমান্নদ্রবনি, অঙাওবনি হায়খিনি হায়দুনা ধর্ম্ম-কর্ম্ম য়াওবগী ব্রানি। কান্নদে, ঐঙোন্দা পাওতাক পীবগনু, নঙ ঐবু ব্রারৌগনু, মতিক চাবা অফবা মীওই কনাবু নঙগী পুন্সিগী খোংলোই ওইগে খনবনা নরান লৈজদ্রবী চমজরবী নঙগী য়াইফগনি।

দশুমতি বতনগা ঙাঙনবা ঙমদনা কয়ারক মায়থিখ্রে। মরাল লৈজদ্রবা মীৎলু অদুদগী কয়ারক পিরাং শিন্থখ্রে, অদুম্নমক ঙসি ফাওবদা দশুমতিনা মাগী থম্মোই লকানুংদা ময়েক লানা হকখ্রবা বতনগী নুংশি শক্তম অদুবুদি লাপথোকহনবা ঙমহঞ্জদ্রি।

মমা ইবেম্মা অদু ঙসিদি ফমুংথক্তা অয়ো নাহেদুনা লৈবে, পুম্নমক অদু মচা ইবেম্মা সরিতানা পুলিসগী এ এস আই অমদা চেনখ্রবগী মতুংদা পুবনে লংবনে তৌদুনা মীমাংদা চোপ্তনবা অওং অউন তমদুনা মচা ইবেম্মা অদুগী কর্ম্মদুমসু লোইশিনখ্রে। মহাক্কী পুন্সি অমা মফম খঙলে, নুংঙাইনা হিংবা ঙমখ্রগনি অদুগা মবুং রতন্না তোল্লিবা পৈশা ময়াম অদুগা মাগী হৈজ-শিংজদবা মতৌ অদুগা করম্মা লেলহৌগদগে খনবদা অযাম্বা লাইমন ওইবদগী মমা ইবেম্মা অদু যাতারকপা মতৌনি। রতনদু মকোক শাবা হেনগৎলকই। ইমুং মনুংগী হৈনখিদ্রবা কুপনোম মমাগী পিজ-পিথকসু তৌদবা য়াদবা চেং চাক ইনশাং নাপীগী থাও থুমগী হাতে হাতে ককঙাওননা চেন চোংদুনা হোৎনরকই। মচলদসু পাও হায়নিংদে লাপকা লাপ্লনে। মরক মরক্তা ব্রামল্লক্লবা অদুদদি রতন্না ঈশ্বরবু নিন্দা তৌরকপদু মমা ইবেম্মা খঙখি। মমা ইবেম্মনা শোন্থাংননা রতনদা হায়বকই শ্রীভগবান কৃষ্ণবু মীরাইগনু, ভগবান মাগী নাম শোনবতনা বামোন ঐখোয়গী ইনাৎনি। অদুবু মদু রতন্না থওইনা নখিদে। মমানা নোংম-নোংমগী অসুম শোঞ্জল্লকপনা বতনগী ব্রাবগী পনখে

লৈরক্লে। নোংমদি মচল অদুগা মপুরোইবিবা অদুগা লাকই। ফিভম অদু য়ৌরবদ মবুংনা পাউ পিরক্তে হায়দুনা শাওরবী মচলগা মশেল পুলিস অদুগনা রিমসতা পন্থদনা পুখৎতুনা লায়েংলে অদুবু য়ুমদা পোথহনবনা ফরগনি হায়দনা ডাক্তরনা তাকপিরকপদগী মল্লবা খাংপোকশঙ অদুদা পুথরক্লে। মচন ইবেম্মা অদুদি ফমশেন্নদুনা লৈবদি য়াদবনিনা মরক মরক্তা তোয়না লাক্লগে লুশিল্লক্লবদি ইমাগী লোয়রমদাই মিকুপ অদুদদি উন্নহনবীয়ু পাউ পিবিরকউ হায়রল্লগা মশেন অদুনা পুদুনা চৎখ্রে। রতন্না মচনগী শেল তেংবাংনা হৌজিক্তি মমাবু ফমশেন্নদুনা লৈরক্লি। মমানা মাগী পুন্সি লোইরমদাই মিকুপ অদুদা লৈত্রবসু লায়রজরবসু মীগী শেল তোল্লবসু মমৌ অমত্তং থিদুনা মচা ইবুংঙো রতনবু ফিভম অমত্তং শেন্নম্না পামখি। মতৌ অসি মখুরা মতোনশিংগা তান্নরবা মতুংদা রতনবু নুপী থিনবা কন্না তকশিল্লক্লে। রতন্না ফনা য়াজদে অদুবু মখুরা মতোন অমদি মমা অশোনবীদুনা কন্না তকশিনবা লেপত্রি।

- ইমাগী ইবুংঙো, ইচা চাওরে অদুবু ইমাদি তম্বা ঙমদবা ফিভমদা লৈরে, মরম অদুনা ইমামক্লা পোকচবা মচা অমনা মমা অমনা হায়বসি ইনফম থোকই, ইল্লু নহাক মৌ পুশিল্লক্লো। ইমাগী লোয়রমদাই মিকুপ অসিদা ইচাগী ইমৌগী সেবাদা ঈশিং য়াউম অমত্তসু থকখিগে কৈদৌবগে... ইচানা ইমানা হায়বা শোয়দনা য়ারবদি ইমানা নঙবু পোকচবগী মহৈদু ফংজরে নিংলগে।

- ইমা, মদুবু ফিভম অসিদা করম্না ওইগদৌরিবনো?

- তঙাইফদ্রবদি ওইদবা য়াদ্রে। ইমানা খল্লিবা অসি নঙ ঐগীদমক্তা অচুম্বা খোংথাংনি।

অসুম্না তঙাইফদবনা রতন দশুমতিগা লোয়ননা লুহোংলে। লুহোংবগী নুমিৎ অদুদি মচল অমসুং মশেনসু অহিং য়ারেক্তুনা লাংদনা হরাওনদুনা মরি মতা মরুপ মপাং কয়ানা রতনবু থাগৎনদুনা য়া য়া লাংনা অহিং অদু তৌখ্রে। অয়ুক্তা মৌ অনৌবীগী হৌনবী য়াহৌ ঙন্না হৌদুনা দশুমতিনা থবক লাংজে। মচন ইবেম্মনা মমাবু য়েংলুবদদি মমা ইবেম্মগী মমিৎ অনিমক মতম পুন্নগী ওইনা উইশিন্দুনা লৈরম্লে। মচনগী খঙহৌদনা কপ লাওবগী খোঞ্জেল তাবদা রতন মমাগী ফম্মাংদা মুত্তীগুম্না ফমখ্রে। পুম্নমক্কী কপ্লা লাওনবা মাগী মনাকোংদা হাপখিদ্রে। দশুমতিগী মীকপুগী তেংথা ৱাহৈশিংদু তারবগী মতুংদগীদি রতনগী মীৎলুদগী পিরাং খাঙমদনা চেন্থরক্তুনা খোঞ্জেল থোক্লা তেংথা নাওইনা কপখ্রে। ইমাগী লোয়রমদাই মতমদা নমৌ থিহল্লম্লিবা অসিবু করি পাওখোংনোনে ইমা, ইমা লায়রবী, নচাগী ৱাহংগী পাওখুম অমুক্তদি পিরমখো, ইমাগী পাওখোং ফোংলমখোনে ইমা।

# থদৎপীরম্লবা অশাগী লৈপুল

চলাম্বনা শকহেনবীবু কোলেজ তন্নীঙৈ মতমদুদা লুনা চান্না নুপী অমা ওইনা মোংহাদবা চম্লা রাশি লৈনা হকচাং তথা তথানা ফজবী চনু অমা ওইবদগী মীকারকখিবনি। শিংজমৈ থোঙাম লৈকাইদগী চলাম্বদু মণিপুর কোলেজ চীংঙামখাদা তম্বনি শকহেনবীনা থোকচোম লৈকাইদগীনি। চলাম্বনা যুমদগী কোলেজ ঙন্না চৎখ্রগা শকহেনবীবু শকহেনবীখোইগী থোঙ্গাল অদুদা ঙাইজদুনা মতা-তরুবীগা কোলেজ কারক্লীবদু ইন্নদুনা চৎমিন্নদুনা ব্রারী হৌই। শকহেনবী অমদি তরুবীনা বি এ সেকেন্দ ইয়ারনি অদুগা চলাম্বনা ফাইনেল ইযারনি। অহুমদু তৎতনা অদুম লোনদিন্ননা লোয়নবগুম তৌবা অদুনা মবক মরক্তা চলাম্বগা শকহেনবীগা অনিমক্কী থম্মোয থম্মোয়দা নোংমতা উন্নহৌদবদা অঙাওবগী পা দমগুম ককঙাওবকই। চলাম্বদু অহোযননা থোকচোম লৈকাই মচা কোলেজগী মমান্নবা কয়া তিন্নদুনা থোকচোম লৈকাইদা লৈথোকই। নুংশিবা নুপা মশকসু ফজবা লাইরিকসু থোইদোক্লা ফবা ছাত্রা অমনা কন্না নুংশি কাইহৌরকপা অদু শকহেনবীদু ঙসিদি চলাম্ববু থম্মোয় শেংনা নুংশিরক্লবনি। নোংমাইজিং কয়াদা মতারোই তরুবীগা লোয়ননা চলাম্বগা তোইনা চিক্লা উন্নবক্লে। চলাম্বনসু শকহেনবীবু তশেংনা মাগীদমক্তনি হায়না মুন্না অশা অমা তৌনা নুংশিরক্লী। শকহেনবীনসু ঐসে নঙগী নত্তনা কনাগীসু ওইররোই নঙগী অশেংবা নবল হাযবদু ঐহাক্লা ওইরবনি হায়না হায়জরকখি মবম অদুনা চলাম্বনা লম খোপচন্দুনা থমদুনা শকহেনবীবু মাগীনি হায়না চেৎনা থাজনা খল্লদুনা খোইমু মরমচৎ লৈকোন অমদগী অমদা লৈরাংগী লৈনমদা মতম লেনবা ওইনা কৈসাম থোংদগী শখিগা লোইমিন্নবা য়াওরকই। শকহেনবী পাও অদু তারকই অমসুং মথম্মোইদা কন্না নুংশা গিবক্লবসু মচিন্দা নুংশা থিজদবা শাজৈ। অদুবু তাঞ্জা অদুদা ইনাক কৈরাক খুনবা মচা চলাম্বনা নপী অদুগা কোইমিন্নরে হায়বগী ব্রাখল নত্তনা চলাম্বগী ইমুং মনুংগী মবক্তা মচে শুনিগী মথোই কাবা মতৌ অদুগনা শকহেনবীনা চলাম্ববু মাগী নি হায়না

খল্লুবদু চিংননিংঙাই ওইরকই। চলাম্বগী মচে সুশুনি মণিপুর ইউনিভরসিটিদা এম এ তল্লীবনি। চলাম্বসু কার জিপ গাড়ি মচাশিংগী শঙ্গনি। মশাগী গাড়িমচাসু লৈ। নোংমা মমান্নবী তরুবীনা নঙগী ননাওনুপাগা কোইনবা শকহেনবী হায়বদু অসিনি হায়দুনা হোটেল অমদা শুশুনিদা শক তাকই। শুশুনিনা চলাম্বগী ৱাখল খল্লুবদা মতম মাঙনবনি কান্নদে চলাম্বদি বি এ হেক পাস তৌবগা বেঙ্গলোরদা এম এস সি তম্বা থাখ্রগদবনি। মহাকপু পামজবা মতিক চাবা অচৌ অশাং কয়ানা ময়া ওইজগে হায়দুনা লৈবা কয়ামনি হায়দুনা শকহেনবীদা নোক্লা নোক্লা করেম্ন দুনা ঙাং শকখি। মতৌ অদুদা শকহেনবীদু থম্মোই তনিক্লা ককঙাওনা খাঙখি। অমসুং চলাম্ববু থাদোকহৌবনা ফগনি হায়বসে চপ চানা খঞ্জখি।

শকহেনবীদু মমা লুখ্রাবীনা য়োকপনি। মনাও অনিগা লোয়নরিবা লাইরবীনি। অদুগী মথক্তা মমা অমসুং য়ুমলোন্নবা মনম্মা খরনা চলাম্বদি মাগা নুংশিনরিবনি হায়দুনা তৌরিবদু অরেম্বা তাগনি।। চলাম্বদি ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানি। শকহেনবীবু মতম ঙাইবা ওইনা অমদি মতম লেনবা ওইনা নুংশিনরগা মতিক চাবা নুপীজা অমগা লোয়নখ্রগদবনি মহাক্লা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুং অদুদা মৌ ওইনা চংবা হায়বসে ইমুং অদুগী মী কয়ানসু য়াবক্কদবা লৈরোই। চলাম্বগী মপা অদুসু মীৱা লৌগনখিদ্রবা হায়র সেকেন্দরি অমগী ওঝা প্রিন্সিপালনি, অদুনা শকহেনবীনা চলাম্বগা থুংনবা হায়বসিদি ওইথোক্লরোইদবা কান্নররোইদৌবা মতৌ অমনি। লৈহি চুপশিন্নরগা পাইথোকখ্রদবা খ্বাংজেংবা খোইমুনি হায়না কন্না তকশিন্নরকখি। অমরোমদা মমাগী অৱাবা উবদা অমসুং মনাওশিংবু মী অমা ওইনবা শেম্বা পামজবী শকহেনবীনা মহাক কোলেজ তম্বা তোকচরগে মনে মন্দোলশিংনা শিল্লিবা অদুদা হায়বা ইল্লগে পি দব্লিউ দি- দা ক্লাক ওইবা দেবেন্দা লুহোংনবা তৌরগে হায়বসিদা মওন মওন খনবা হেনগৎলকই।

অহোয়ননা উন্ননিংলিবা চলাম্বসু হন্দক কোলেজদা সুংউ উদ্রে, শিংজমৈদসু উদে। করিগুম্বা মরক্তা লম্বীদা উন্নরবসু - "ঐদি লমনিল্লবনি নঙোন্দা পাটা তাগদবদা ঙাইরবনি, নঙসে ঐগী ওইগদৌবনিকো হায়না থম্মোই শোক্লা হায়রম্লগা গাড়ি মচাদা মমান্নবগা শৎ হেক চৎখি। অমরোমদা চলাম্বগী মমা রাধেদু পেরেলাইজ তৌরকপদগী মপাম থাংমৈবন্দদা চলাম্বনা শংদুনা লায়েংদুনা থল্লীবনি মদুদগী চলাম্বনা ডি এম কোলেজদা মীং চন্দুনা মপানা মমাবু শেন্ননবা শিন্নদুনা থল্লীবনি। মহাক্লা অশংবা মতমদা মরক মরক্তা তাংনা লাক্তনা শকহেনবীবু

য়েংজবনি, মহাক লাইরিক লাইশুদা থবক ওই মমা অনাবগী শেবারিওই থবক ইচিন্দা চিঞ্জবনি, মতম অদুদা মমানসু মচেনা তন্নীবদুদগী মাগা কোইনরিবা নুপীদু মতিকচাদে পামজদে হায়না ে ন্নীবদুদা মহাক্না মরাইনা মতিক চাজরক্কনি হায়দুনা ৱাহৈ থমজে। কৈসামথোং লৈকাইগী ছাত্রি অদুবুসু অমুক হন্না উন্নজদ্রবনি। মহাক নুপী অঙাংদা কা হেন্না মিকাবসু নৎচদে, ঙমজদে অদুগা শকহেনবীবুদি লুনা চান্না শেংনা লাৎতুনা থমজবনি, মদু পুম্নমক অদু তরুবীনা খঙই, তরুবীনা তশেংনা তারুই।

শকহেনবীদা ওল্লক্লীবা ইচেল অদুদা তরুবীনা চলাম্বগী অশেংবা ৱারী কয়াদু তমজে মতৌ অদুদা নুংশিবনা ককঙাওনরবা শকহেনবীনা চলাম্বসু তৎতনা উন্নজনিংলকখি, মমৈদা চলাম্বগী মমান্নবা খরগা থোঙাম লৈকাইদা য়ুমদা থুংলরে। অদুবু চলাম্বসু লৈরমদ্রে। চলাম্বদি ডি এম কোলেজদা অদুমক তমদুনা মহাক্কী বি এস সি ফাইনেল অদু থাবদি তাখি।

ঙসিদি চলাম্বদু গাড়িমচা অমা তোংদুনা শকহেনবীবু উন্নবা লাক্লম্মী। শকহেনবীনা চলাম্ববু উবদা নুংশিমন্দুনা পংকপ্তা কপখি, মতুংদা পিরাংনা চোল্লবা মাইথোংদুনা মহাক্কী ৱাখল থাদোকপি মহাকপু কাওথোকপিরো হায়না হায়জরক্লে। চলাম্বনা মহাক্কী লেপথ্রবনি নুপীগী পুক্সি ঈশিংগা প্রামান তৌবগুম হাপ্লীংবা পাত্রাদা হাপ্লা য়াবগুম তৌবা মতৌদু তৌগনু অরেপ্পা অমদা লেপ্পা ফৈ নুপা নুপী মতম চাদনা য়ুম্বানবসু মহাক পামজদে। মহাক সরকারগী সার্বিস অমা নত্রগা লনাইগী শেল তান্নবা শক্তি অমদুক তৌদুনা শেল থোক্লবা মতম অদুদা পাটা তান্নগদবনি হায়দুনা তশেংনা থম্মোই শোক্লা পাওদমজে। অদুবু শকহেনবীনা মমাগী অৱাবা অমদি মনাওশিংগী অৱাবা অমদি চলাম্বগী ইমুংদা মহাকপু য়ানিংদবা কয়া অদুদা মীপাইজে, চলাম্বনদি লাইরবা ওইরবসু মাগী শেম্খোক লৈরক্লবা মতমদা কনানা করিগী পাপ্লোইদবনো য়ারোইদৌবনো, পৈশা হায়বসিদি ঈশ্বরমক্কী হায়নরিবনি তপথৌ ৱারবসু ৱানা খাঙনবা ঙাক্লি হায়দুনা থেমজিল্লম্মী।

নাকল অমরোমদা শকহেনবীদু বি এ পাস ফাওবদি লোইশিল্লে চলাম্বনা হায়রিবসি ঙম্বা তাই খল্লুবনি। অদুবু মমানা মনেশিংনা শকহেনবীবু চলাম্বা থাদোক্লীংদবা মতৌদুদা য়ানিংদবা মওং অমদি লৈখি। মমাগী অৱাবদা অমসুং মনাওশিংগী তুংগী খনবদা তলপ চাবা দেবেন্দ্রা মপামগীসু খরা য়েংশিনবিবা য়াবদা কন্না খন্নরকই। তোইনা তোইনা হায়জিল্লকপা ঙাঙশল্লকপা অদুমক্লা শকহেনবীদু খরদি তোইনা কুপ্পা খন্থরকই। তশেংনমক মহাক্কী মতৌ অমসুং ফিভম্না চলাম্বগীদা

লৈবা পুন্সি অদু নুঙাইগদবা মান্দ্রে হায়বসি মহাক্কী অশানি মতমদু বি এস সি লোইরদুনা চলাম্বদু মতম ঙাইরম্মু অখাঙ কল্লু মতাবু মাগীনি লেপখ্রে হায়রমখি অদুবু ফিভম্মা মীব্রাগী থওইশিন্না শকহেনবীনা মপুন্সিবু নিন্দা তৌজরকই। মতমদি অসুম থেংজল্লকই, হৌজিনখি, ঙাইঙমখিদে করিবু তৌরবনো পুন্সিবু নুংঙাইব মপোক্কী হায়দুবু কদাইনো হায়দুনা খন্থরকই। ঙসিদি অব্রাবা মৈচাক ওইন শকহেনবী ক্লাক দেবেন্দা লুহোংলে। চলাম্বদা চিঠি অমা ওইনা থাজিলগে হায়বদুমদি লেপখ্রে।

চলাম্বদু পাওদু তাদে এম এস সি পাস তৌরে এদেদ কোলেজ অমদ পরিক্ষা হায়দোকত্রিঙৈদা মপানা ইনগেজ তৌরম্বদগী পাস তৌদুনা থোরকপগ ওঝা ওইরে থোরকপগা নুমিৎ নিনি শুবদা শকহেনবী উন্ননবা লাক্লে। অদুং শকহেনবী ময়ুম পাল্লম্লে অঙাং মচা অমা পমদুনা ময়ুমদা কেনা লাকপদু চলাম্বন থেংনরুরে। শকহেনবীদু মপামদা উৎসপ অমগী লাকপনি শুমাংদা শকহেনবীন থবক শুবদু চলাম্বনা থম্মোই শোক্লা ইখৌ লাংনা য়েংখি। থোঙ্গালদগী চলাম্বন খৌরাংনা য়েংজরীবদু শকহেনবীনদি খঙদে নোক্লা খেনা মনে মন্দোলগা ইনশাং নাপী শেল্লী। তরুবীদু মফি মরোল নান্না শেৎনা লাক্লে। তরুবীনা চলাম্বন শকহেনবীবু লম্বীগী নাকচি অমদা নিংবা কাইনা য়েংলিবদু উখি। মচিন্দী থোক্লুব য়াদে। মতুংদা কুইনা য়েংলম্লগা চলাম্বদু লম্বীদুদগী উপাই লৈত্রবা মতৌদুদা লুলুক্লন হনখি। মহাক্লা তরুবী ফাওবা উবা ঙম্লমদ্রে। মহাক্লা খন্থরকই ফিভম্মা মতৌ নবুদি শোয়দনা ওইরিগনি অদুবু মাবু ঐগীনি হায়রগা মঙলান্দা ঐগী ওইরম্লবা।

# মৈতৈগী জন্ত্র অমদি জগোইনা

লান কয়াদা মথৌনা লৈনা খুলাইনা অমদি মখুৎনা মখোংনা কাপ্তুনা থাদুনা থিন্দুনা মীহাৎ থিনা থিনা হাৎখ্রবা। অকিবগী শক্তমতা লৌখিবা মশক মমিং নাইরবা অমেরিকান নেগ্রো মেজর মাইকেলবু অমেরিকান সরকারনা মাগী মথৌনা অমদি মরৈবাক্কীদমক্তা মথ্বাই খুবাক্তা হাপ্তুনা। মরৈবাক্কী শক্তি হেনগৎনবা হোৎনবদা লৌরিবা থৌদাং শেংনা মশক খঙখি। মমাঙ থক্কী ইরাক্কী লানফম অদুদসু মেজর মাইকেলবু তঙাইফদনা ইরাক্কী অরোনবা অরানবা শক্তিদু নমথনবগীদমক্তা থাখিবনি। মী হাৎপদা দরকার লৈরবদি শা ঙাগুম্না অমদি অকনবা শাফু ফুদোক্নুনা হালেংবা লৈতনা নোংশাগী লল্লাওগা লোয়ননা মরাল লৈরবা অমসুং লৈতবা কয়াবু হাৎখিবা অমদি নম্ফুদা ফু-চৈদুনা অকনবা শাফু অমদি খোল্লাওগা লোয়ননা ব্রাহং পাওহং তৌবা অমদি মীহাৎ থিনা হাৎপা ফুবা। অকিবগী মশক ফংলবা মখা থোংবা কয়ানসু কিনরবা মাইকেলবু অমেরিকান সরকারগী মিনিষ্টর কয়ানা খঙবতা নত্তনা অমেরিকান ফোর্সস্তাফ কয়ানসু মশক খঙনবা ঙাক্লী। লাম্নীদা নত্তনা নেভেল স্টাফ অমদি ইয়ার লাইনগী স্টাফ পুম্নমক্নসু মাগী মগুন অমদি শক্তিবু কিনা হঙ্গোইনা খঙনবা অমদি শোন্নখিবা ঙাক্লী। মনা কয়ামা ফংলবা প্রমোসন কয়া কারবা মতুংদা মাইকেল থবক্তগী মতমগী মতুং ইন্না পোত্থাবা তাখি।

লুরিবদি মাইকেলদু মাগী ময়ুমদা পোৎথাজরবসু মহাক্কী ব্রাখলদা হৌখ্রবা মতমগী মাগী মথৌনাগী কাহেল্লবা মতৌশিং অদুবু নিংশিং নিংশিংলগা ময়ুমদা তুম্বা চাবা মফম খঙলকত্রে। কার তোংদুনা মরুপ মপাং কয়াগা পাক্তা হোতেল হোটেলদা ব্বারী শান্নদুনা মীকুপ অমা শান্তি ফংজরবসু মীকুপ অমদা মহাক্কী ব্রাখল ককঙাওনরকই অমসুং নৌহৌননা শা ঙা হাৎপগুম্না মী হাৎনিংবনচিংবগী ব্রাখল লাকখি। মতৌ অদুদা মচাশিং অমদি মাগী নুপীনা হৈরবা ডাক্তর কয়াগা তান্নদুনা হিদাক লাংথক কয়া পিজদুনা মহাক্কী পুক্নীং ব্রাখলগী লায়না অদুবু ঙাকথোক্লবা কন্না হোৎনখি। অদুবু মাইকেলগী মশাদা মদু পুম্নমক অদু কান্নবা ইফং ফংদবা

মতৌগুমখি। মমৈদা মথোল ২৪ ৱাংবা নিউ য়োর্ক সিটিদা লৈবা ফ্লেট অমদা মতোমদা মী কনা চংহন্দনা/উহন্দনা লৈরগা লেনবা হৌরকখি।

হৌজিকসু মহাক্না করিগুম্বা মতমদা হোটেলদা পার্ক্তা মরুপ মপাং মাগুম্বা রিতায়র্দ তৌরবা কয়াগা ৱারী শান্নজে; অদুম্নমক মহাক্কী ৱাখল অদুদি মীকুপ অমা পোত্থাহনবা ইঙম ঙমখিদে। মতৌ অসিনা চাওরবা দলান অদুদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু কি তুকৎচনবদি অদুম ওইরি।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা মাগী কা মনুং অদুদা মাগী ৱাখলদু পোত্থাক্ম ইখঙ হেক খঙদনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলিঙৈদা নুংশিরবা থোৎ নৌরবা বাঁসিগী খোঞ্জেলদু হিন্দু ধর্ম্মগী নুংশিরবা শৈহেক অমদা তপ্না তপ্না তারকখি। মহাক্কু হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্বদগী চপ লেপখি। মহাক্কী মথম্মোই অদুনা বাঁসিগী নুংশিরবা শুর অমদি শৈহেক অদুবু তাবদুদা মুর্ত্তিগুম্না লেপ্পুনা লৈখিবনি। মমৈদা বাঁসিগী খোঞ্জেল অদুগী মরক্তা স্বারজগী খোঞ্জেল অমনা তপ্না তপ্না ইন্নদুনা ঈশৈদুগী খোঞ্জেল জন্ত্রদা শকপদু অমুক মখা তানা তারকখি। শাগুম্না শাথিরবা নুংগুম্না কল্লবা থম্মোই অদুনা খোঞ্জেল অদুবু তাবদা মাগী ৱাখলদু ইংথরকপা অমগা লোয়ননা ফমুংদা লোংনা হিপ্পুনা ইংথনা লেনখি।

নোংঙানবগা ঙরাংগী জন্ত্রগী খোঞ্জেল অদু করম্বা কাদগী থোরকপনো হায়না থিবা হৌরকখি। মতম অদুদা মণিপুরগী জগোই রাসকী কাংবু অদুনা লৈবা কা অদুদগী ওইরম্লগনি হায়না চংশিল্লকখি। মণিপুরগী জগোই রাস লিলাগী মীওইশিংগী ফজরবা তরু তনাল্লবা চম্লবা শক্তমশিং অমদি মখল কয়াগী জন্ত্রনচিংবশিং অদুবু মহাক্না পেন্না য়েংজখি। মমৈদা ইন্টরপ্রেটর অদুগা কুপ্না ৱারী শান্নরবা মতুংদা ময়াম অদুগা খঙনখি। মতুংদা বাঁসি খোংবা অদুগা স্বারজা খোংবা অদুগা মাগী কাদা লাকপিদুনা জন্ত্রশিং অদু খোংহনবীদুনা তাহনবীয়ু হায়না মাইকেলনা হায়জরকখি। হৌজিক্তি ইন্টরপ্রেটর অদুনা লুচিংলদুনা মৈতৈগী বাঁসি খোংবা অদুগা স্বারজা খোংবদু মাইকেলগী মীনা কি তুকৎচনরবা কা অদুদা হরাওনা চংলক্লুনা জন্ত্রশিং অদু খোংখি। মাইকেলনসু জন্ত্রশিং অদুগী সুর অদুদা থৱাই তানা তাজখি। মহাক্কী ৱাখলদা জন্ত্রশিং অদুগী অমৃত চেল্লবা খোঞ্জেল অদুনা মহাক্কী থম্মোইগী চরাংনবশিং অদু তপ্না তপ্না মাংহনবগুম তৌবগুম্না খঞ্জখি। মমৈদা হিন্দ ধর্ম্মগী জগোই রাসকী মবমদা অমদি শ্রী ভগবত গিতাদা শ্রী কৃষ্ণগী মরম অমদি মৈতৈশিংগী চৎনা লোনচৎনচিংবা কয়াদু খঙজগে তাজগে হায়দুনা ইন্টরপ্রেটর অদুদা হায়জরকখি। নুমিৎ অদুদা মৈতৈগী অহল অমনা ইন্টরপ্রেটর অদুগী

খুৎ-থাংদা মৈতৈশিংগী চৎনা লোনচৎ অমদি ধর্ম্মগী ওইবা পাট কয়া লিখিবদু মাইকেলনা থৱাই তানা তাজখি। পৃথিবীগী হিন্দু ধর্ম্মগী সুপ্রিম বিইং ওইরিবা শ্রী ভগবান কৃষ্ণমক্না অর্জ্জুন্দা মহাভারতকী লানফমদা লালদা য়েক্লবগা লাম্বা পাবদা মরি মতা মচিল মনাওনি হায়দুনা ক্ষেত্রি মচা অমা ওইনা খুৎলাই থারোইদবগী মরম লৈতে, খুৎলাই থাগদবনি, মদু পাপ নত্তে হায়বনচিংবা পাপ পুন্যাগী ওইবা অমৃত ওইরবা ৱারীশিং নোংমা নোংমগী মরক মরক্তা মতম লৌদুনা জন্তুগী শৈহেকসু তাহন্দুনা মৈতৈগী অহল চহী য়াম্লবা স্কোলর অমনা মাইকেলগী থম্মোইবু ইংথহন্নবা কন্না হোৎনবিখি। মদুমক মশামক্নসু খঙখি।

মতৌ অদুদগী মৈতৈশিংনা পাংথোক্কদবা জগোই ইশৈগী থৌরম কয়াগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈগী ফজরবা অর্থ লৈরবা খুথেক্কী জগোইদা থম্মোই লুপশিল্লুবনা মহাক্কী চরাংনরম্বা ৱাখল কয়া অদু খরা নমশিন্দুনা মহাক্কী ৱারবা মতমদা তাবগী য়েংবগী হৈনবীদু লৈহন্নবা হোৎনরকখি।

ঙসিদি মণিপুরদগী লাক্লীবা জগোই ইশৈগী নুপা নুপীগী কাংলুপশিং অদু অমেরিকাদগী নিউ য়োক থাদোক্তুনা জর্মন্দা চৎখিবা তাখি। মৈতৈশিং অদুগা হয়েং চৎকনি হায়বগী নুমিদাং অদুদা মহাক্না চাক্লেন অমা লাংদুনা মীয়াম অদুগা ইন্টরপ্রেটর অদুগী খুথাংদা ৱাবী ৱাতাই কয়া শান্নখি। ধর্ম্মগী শ্রীভগবানগী ৱা নত্তবদা মৈতৈ শিংনা পাংথোকপা জগোই ইশৈ অমদি শাথেক্না মহাক্কী থম্মোই অদুবু জয় তৌববা মতৌগুম্লক্লবা অদুবু হয়েংদগীদি অদুগুম্বা অমৃত চেল্লবা মীওইশিং অদু অমুক হন্না উন্নবা/থেংনবা ফংলরোই খনবদা মাগী পুন্সিদা মমিৎতগী মপি অমুক্তা তারকখিদবা মাইকেলগী মরাল লৈজদ্রবা মিস্না অদুদা পিরাং ইরা ইহৌরকখি। মতম অদুদা ইন্টরপ্রেটর অদুনা মখোয়শিং অদু কাইনখ্রবসু ইন্টরনেসনেল কৃষ্ণ কন্সীওসনেস অমেরিকাদা লৈবা মরম্না মখোয়গী মনাক্তা মরক মরক্তা চৎতুনা স্প্রীরিচুএল পৱার অদুবু তমদুনা/খঙনবা মহাকপু নুংঙাইহনবা ঙমগদবদি লৈ হায়না তাকপিখি।

মহাক্না অয়ুক্তা মৈতৈশিং অদুবু মখুৎ হায়দনা বিদাই পিরম্লগা মাইকেলনা মাগী ফমুংদা শাংনা লোংনা হিপ্লগা মৈতৈশিংগী জগোই ইশৈ অমদি জন্তুশিংগী নুংশিজরবা শৈহেক শৈদা অদু টি ভিদা শিদিদা কাপ্তুনা মথাই তানা য়েংদুনা থম্মোই অদু ফাথনবা কন্না হোৎনজখি লোয়না লোয়ননা মখোয়গী ধর্ম্ম অদুগী অশেংবা ইং তপ্পা লমচৎ অদুদা অসুম অসুম খোইদারকপগুম তৌরকখি। মথংদদি মহাক্না ইন্তরনেসনেল কৃষ্ণ কনসিওসনেস কী মফম অদুদা তোয়না/চংজরদুনা ৱারী অমদি

লাইরিক কয়া পাবা অমদি তাবা হৌরকখি অসুম্না মদুনা মহাক্কী পুলীদা চেঞ্জ হায়বদু ওইরকখি।

মতম কয়া হৌম্রবগী মতুংদা মৈতৈগী জগোই ইশৈ অমদি জন্ত্রনচিংবগী কাংবু অমনা শ্রী বৃন্দাবন্দা স্পেসিএল শো অমগীদমক লাকখি। শো অদু উৎত্রিঙৈগী নুমিৎ ৩ নি রোম লৈরগা মখোয়না শ্রীবৃন্দাবন্দগী মফম অমদা থুংলরবদা অঙৌবা লুকোকপা চিখাক খাকপা অমেরিকান কয়াগী মরক্তা অমুবা মীয়াম্না কিনরম্বা মাইকেল অদুনা লৈঙাং শেৎতুনা মখূৎতা গোর্তান খিংলদুনা "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে" হায়দুনা ঈশৈ শকপদুদা পুক্লিং চংনা য়াওদুনা লৈরম্বদু মণিপুরগী মৈতৈ মচা খরনা মফম অদুদা চংলুবদা ময়েকশেংনা উরুরে। মখোয় পুম্নমক ফিভম অদুদা য়াম্না চঙক্রখি অদুবু মখোয়শিং অদুগী থম্মোইনা নিংশিংলকই, "শ্রীকৃষ্ণগী বাঁসিগী মগুণ তরুক্কী মনুংদা অমা ওইরিবা মী লাই হিংচাবা পুম্বনা মাগী বাঁসিগী খোঞ্জেল তাবদা মহাকপু থাজবা মী অমা হায়বদু শোয়দনা ওইহল্লি।" হায়বদু থাজবগুম খন্নখি। অদুগা অমরোমদা মৈতৈশিংগী জগোই ইশৈ অমদি জন্ত্রদা হৈশিংববু পৃথিনা শিংথারিবসি তোপ তোপ্পা মগুন অমা লৈবননি।।

## পাড়া অমমম

লুপাজাওদু ফজবা ফজদবা লাইবক্লা তল্লমদুনা লুহোংদুনা ময়ুম পাল্লবনি। মাগী নুপীদুগা মাগা মোট্রী কয়া চান্নফাৎতে। মরম অদুনা নুংঙাইনা নে-না তানা য়ুম পানবদি ঙমদে হায়বসে মাদা নত্তনা মাগী নুপীসু খঙই। অদুবু অসুম কুইনা লোয়নরকপনা মচাদি অনি শুজনখ্রে। অঙাংশিংসু চহি ৭ অমদি ২০ ফানরক্লবনিনা শেৎকেগা চাগেগা অদু লৈয়ুগা অদা লৈয়ুগা হায়দুনা শেম্হোক্কা চানদবা মতৌদা মতমগী মতুং ইন্না মতৌরকই তৌদবা য়াদবা কয়াদুসু তৌনবা মহাক্লা হোৎনরি। থবক মচা অমা তৌরবসু মদুনা মমানে মচানে নুপীনে করিনে কোন্নবগী ৱাদি লৈতে। মপাদি লৈখিদ্রে মরম অদুনা অহন হায়বদুসু য়ুম্বু হায়বদুসু মানা অদুম ওইবগুল্লী। অমুকসু অঙাংশিংসু পিক্লীবনিনা পাখোন নুংখোন চেনবা চোংবা মাতগী মথৌ ওইরি। মী খ্বাইনা চানবা থক্লবা চানবা কয়াসু য়াওদবসু য়াদে, ঙম্ন ঙম্নবা হোৎনরি। মহাক ৱাই হায়বসে মগী নুপীসু খঙই, অঙাংশিংনদি কদাইদগী খঙগদগে? নুপী অঙাংশিং য়াহৌ থেংনবনা (মাদি নুংতিগী য়াহৌ ঙনবনা) চা থকপা অদু অয়ুক ঙন্না নম্বোল বজারদা থোকই। নোংঙানবগা চা থকফমদা ৱারেম ঙাঙবা য়াহৌ ঙন্না চা থকপা কয়াগা গা গা ৱারী শান্নবদু কন্না ময়াওরুদ্রবসু য়াওনিংবনা নোংঙানবগা চা অহুম মরি থক্লবা পৈশা মাগীসু অদুম লাংজৈ। মদুগী মথক্তা অঙাংশিংগী অচাপোৎ তল চানচিংবসু নোংমগী লৈতবা য়াবা নত্তে। মীগী পৈশা নুংশাসু ফনয়াম অদুম মতোল্লী। মদুগী শিংনবা অমসুং থৌনবা কয়াগী মথাসু অদুম মশাবা য়াওদবা নত্তে। মথা খরা কা হেন্না শাবা মতম কয়াদদি য়ুগাকসু থকচন্দুনা ঙাওদুনা মতম লেনবসু অদুম য়াওই অদুম্না মক চাগুম্না য়ুদা এদিক্তি ওইদ্রি। সমাজগী চৎনবী মশাগী মথৌ লৈকাইগী দেব কর্ম্মা, লৈবাক্কী হরাও কুম্কে মচাগী মশুগী মহে তম্নবা হোৎনবা অদুতা নত্তনা অহন ওইরবী মমাগী সেবা ইশৌ কনবী নুপীগী য়াথং পুম্নমকসি ঙম্নবা হোৎনবা অমদি য়ুমলোন কৈরোন্নবগী অৱাবদসু তেংবাংবা পুম্নমকসিনা পুবথাংবা ঙমদবমখৈ মহাকসু ৱারীবনি। অমুকসু

পোৎকী মমলনা নোংমা নোংমগী তাংখৎলক, লৈদবসু চাদবসু ময়াদা শিকি পক্তনা থবক চৎপা কয়া, চা থকপা য়ু থকপা চুরুপ থকপা কয়া মাগীসু য়াওদবা নত্তে। লৈকাইনা মীয়াম্না মহাক্কী মমিং লুপাজাও কৌজরবসু জাও হায়রগা হেন্না খণ্ডনৈ। শোৎপা খোৎপা হায়বসু য়ানবা য়ানদবা য়াওনরিবনিনা চোপ্পা খোৎপসু কয়ানি। ময়াম অসিগী মথক্তা মতমসিগী মণিপুরী পুলিস অমদি সিফাইগী ধমকা লালহৌবগী ইরাংগী থৌদোক কয়া ব্রাথোক কয়া লম্বী চৎপা খোৎপদা থিংবা অব্রাবা নংবা অমদি কিহনবা কয়াগী চৈথেংসু মতমসিদদি হামু হামু ফংনরিবনি। ব্রাঙাঙ কনবা হৈতনা হৈবা শাবা, চুমদ্রসু চুমহনবা ঙম্বা কয়া, অশোনববু তুহৎপা ঙম্বা, লৈতা লাইরববু উশিৎতনা খনবা তৌবা কয়াসু থেংনরিবনি। খল্লু খল্লুরগা নত্রগা মতোমতা লৈরবা মতমদা মাগী ব্রাখল অদু খাঙবা ঙল্লকতে, ব্রারকই মপান ইপান খরা থোরক্লগা অমবু ওইরো অমবু ওইরো য়ান্নবা নুংশি চান্নবা কয়াগী ব্রারী ব্রাতাইনা হিংবগী মমল খরা য়াওবগুম মাগী ওইগুম্লকই। চা হেন্না থক্লীংদ্রবসু ভাবক অদুম ওইনিংবনা পৈশাসু হেন্না চংলকই মতমসু মাংলকই। নোংমা ফাদোক নিনি ফাদোক (য়ু) হিদাক খরা থক চাদুনা মমান্নবা নুংশিনবা কয়াগা লোয়নবদসু শেল অদুম মচংই, মহকচাংসু শোক্লকই ব্রারী লাইরিক সেনেমা দ্রমা, লিলা য়েংবদা তাবদা নুংশিবা মতাং কয়াদা মহাকসু পি তাদুনা কপ্পসু অদুম ময়াওই। মহাক্না খল্লি পুন্সি হায়বসিবু অসিরা? তৌবতদি মহাক্তি কার জিপ ফুরা দলান কাহেন্না মীতারুবদি লৈতে। মাদি অচৌ অশাং ভি আই পি মীনা ওই হায়দুনা ওইনিংলুবসু লৈতে। মীচম ওইনা ভাবক ওইনা তুংইনবা ওইনা অদুম লৈজবদুনা মহাক্কী পামজবনি। মীওই কয়া অমনদি মহাকপু অশিংবা মী অমা ওইনা লৌনবা য়াওই অদুনা য়ানদবা কয়া অমনা মাবু অঙাও অফেগুম লৌনবসু অদুম য়াওদবা নত্তে। পোপুলরিটিদি মহাক্কী ওইরি, লম্বী লমথাংদা কৌনা ঙাঙনবা ব্রাৎতে। নমস্তে তৌবা সলাম তৌবা কয়ানি, ব্যবহারসু ফনা ফজনা মাবু তৌনবসু কয়ানি। অদুবু ফিভম্না মাগী ব্রাখলদু মণ্ডল মণ্ডল পোথাফমদি ইখঙ খঙজদবা মতৌনি। লৈশাবী মপুং ফারকপী শকহেনবী অনৌবা কয়া উরগা য়েংলগা মহাক্কী ব্রাখলদু খরা ঙাইহাক ইংজৈ। নকশিন্নরুবদি ঙমদে হৈসু হৈনদে, মাগীদি হায়রপ য়েংজবতনি। ব্রা ঙাঙবা, কৌনদুনা ব্রারী শানবা মদুমকসু মহাক মঙম্বা নত্তে। মহাক্কী মশাদা এক্সাইটিগী লায়না লৈরবনি, অদুবু লৈশা মপুং ফারকপী খোইদাজবী অমা অনি লৈরকপদা চুমনা য়েংজরুরগা ভাবনা দলান শাজদুনা মাগী অনাবদুদা খরা ফগৎলকপগুম খঞ্জরকই। মফিমরোল কয়া নাল্লমদবদুসু অনানবা ফিরোল শেৎনিংবগুম তৌরকই।

অদুমকসু হন্দক শখি কৌবী লৈশাবী ঙৌরোক ঙৌবী চাও শাবী অমনা মীৎয়েং হায়রপ থল্লকপগী মওং তৌরকপা মতৌদুনা মাগী ব্রাখলদু নুংঙাইবা অমুক হেনগৎলকখিবনি। মহাক্তী নম্বোল বজারগী পার্কিংদা মনেগী দুকান্দা মরক মরক্তা ফম্বনা লম্বীদা অচৎ অওংদা হায়রপ হায়রপ হুরপ হুরপ জাওনা য়েংজবদা নুংঙাইবদুনা পুন্সি অদু মহাও অমা য়াওনা হিংবগুম তৌরকই। নোংমা ফাদোকসু মখোয়গী দুকান্দগী পোৎচৈ লৈবদা মনেও মচাও দ্রো দ্রো ব্রারী তৌনবদুনা থোইনা মহাক্কী থম্মোই মরাং হৌহল্লি। অদুবু পৈশানদি মরাং কায়দবনা য়াম্না নত্রগা তোয়নদি লৈবা ঙম্বা জাওদি নত্তে। অদুবু লৈশাবী ওইরিবী ফজরবী শখিগী ফজরবা শক্তম অদুনা অমদি মাগী মীৎয়েং নায়েংনা জাও দি শুমহৎখ্রবা মতৌনি। য়ুমদা মাগী নুপীনা অঙাংনা মমানা খঙবা নত্তে, অদুবু মাগী নুপীদা ব্রা লোৎপা হৌরক্লে। অয়াম্বা মতমদা নোংমতসু শখিবু মচি ময়াদা উন্নবা ফংননবা হোৎনরকই। উন্নবসু উন্নে, ব্রারীদি শাবা নত্তে য়েংনবতনি। জাওদি য়েংল য়েংলগা কন্নসু য়েংশনবা ঙমজদে, মরমদি সমাজনা লৈকাইনা মচল মচাগুম্বদা মীৎয়েং কারন থম্মী হায়খিনি কিজবদগীনি। মরম অসিদগী মমিৎ পেন্না শখিগী মাইথোং থাজবু য়েংনিংবনা খৌরাংলকপা অমা মহাক্কী ব্রাখলদা চেৎনা ফাওরকই। খঙদে পুন্সিগী হিংননবা অমদি পুন্সিগী ব্রারবা লম্বী অসিদা চৎননবা মহাকসু ব্রানা হোৎনরিঙৈ মতম অদুমক্তদা ব্রাখলদা অনৌবা চৈনা অমনা মাগী এক্সাইটিগী লায়না খরা ফরব্রা খল্লুরবসু মহাক্কী অনাবা অমুক হেঞ্জল্লক্লবোই খল্লকপা নিংলকপা মতৌনি।

করিগুম্বা শখিগা পদৎ পদৎ ব্রারী অমনিদি শান্নে। শখিসু খঙলে তা জাওনা মাবু নুংশি হায়বা মরম অসিদগী শখিসু মনেগী দুকান্দা তোইনা থোরক্লে। অদুবু হন্দক স্কুল কোলেজ ক্লাস বোইকোট তৌরুবনা খরা তোয়না উন্নরমবদু কোলেজ কাবা হৌখিবদগী পাক পাক উন্নবা ঙম্নদ্রে। জাওসু মশাগী থবক্তা চিনবগা তান্না তান্নদুনা উন্ননবা শিনবসু ঙমজদ্রে। নোংমদি বজারদা জাওদু বিসেনপুরগী বস অমদা ফমদুনা জর্নেল য়েংদুনা লৈ। শখিদু কোলেজ হল্লকপগী বসগী মনাক তন্নকই। খঙকৌ কৌরুই শখিদু তারমদে মমৈদা তারকপগুম্মী কাখৎলকও শিৎ লৈয়ে জাওনা লাওরপ হায়খিবনি শখিদু চৎথোক্লুবনি অদুবু হঞ্জল্লক্তুনা বসকী থোঙদুদা চংশিল্লকই অদুবু হেন্দলমেন অদুনা বিসেনপুরগী মী নত্রবদি কাবা য়ারোই হায়না থিংবদগী শখিদু চৎখি। জাওদু খাঙমখিদে শখিগা মহাক্কা বস্তা ফমিন্নদুনা ব্রারী তৌনিংলকই। জাওদু খাঙমদনা হৌগৎতুনা খঙহৌদনা বস অদুদগী কুমথরগা শখিবু কোইথি থিখি। অদুবু থিবা ফংখিদ্রে, করম্বা বস্তা তোংখ্রবনো মহাক

খণ্ডখিদ্রে। জাওদু নিংবা কাইনা অতোপ্পা বস অমদা য়ুমদা লাকপা তাখি। মহাক্না খণ্ডখি ওইররোই ঈশ্বরনসু য়ারোই মীয়াম্নসু য়ারোই ওইরোইদবা মণ্ডলান্নী অরেম্বনি হায়না। নোংমসু নুমিদাংবাই চা থক্লীঙৈদা শখিনা নান্না কোলেজ হল্লকপদা হায়রপ য়েংলম্বদুদা জাওগী থম্মোইদা থম্বালনা ফুগায়না শাৎপগুম পেঞ্জখি। খণ্ডদে হন্দক মরকসে জাওদু মমীৎ উইশিল্লবসু শখিগী ফজরবা শক্তমদু অদুমক উদুনা লৈরি। কন্তা তোংলে, লবুক লমহাং অতিয়া মকোই চৎপদা শখিতবু উজে। অথুবা থবক খরা চৎলুরবা মতুংদা বস তোংখৎলকপদা শখি খণ্ডনিং নিংশিংলকই মহাক বসতগী তন্না কুমথদুনা শখিগী কোলেজ মমাং অদুদা চা থক্কুনা ব্বা চাদুনা পুং ৯ দগী ১০ ফাওবা শখিদু লাকপ্রা য়েংগে হায়দুনা অমগী অমগী ব্বা নত্তনা মাগী থাবলগুম্বী মাইথোং অদুতা পেন্না য়েংজগে খন্না লেঞ্জরকপনি। মমৈদা মরাকত্রবদুদা মহাক উইপাই লৈরকত্রে। মমান্নবা অমা ফাদুনা ব্বারী শান্নদুনা লেল্লকই লাকপদি মরৈত্রবদুদা বসতা অমুক তোংদুনা জাওদু ময়ুমদা হল্লকই। থম্মোই অদু য়াম্না চরাংনরকই শখিতবু মমিৎতুদা তৎতনা উরকই। শখিবু শণ্ড শণ্ড উনিংলকপা মতমদুদা চৈনা ফাওরকই। নুপী অঙাংদা য়ুম য়ৌরবদসু ইশৌ তৌশল্লী।

নোংমদি সঙাইপরৌগী রেস্টুরেন্ট অমগী থোঙদগী পাখং অমগা থম্মোয়না খোইদাজরীবী শখিগা নোক্না খেনা থোরকপদু জাওনা শণ্ড শণ্ড উরুই। জাওগী লব্বাইগী শম চপ য়ুংখি। নুমিৎতু মহাক য়ু ফজনা থক্কুনা ঙাওদুনা লেনখি। মতুং নুমিৎ নিনি ফাওবা জাওদু শখিবু অমুক হন্না য়েংদনবা উদনবা হোৎনরকই। অদুবু মমিৎ অদুদা অদুমক শখিগী শক্তম উদুনা লৈখি। মহাক এঙ্গাইতিগী লায়না হেনজল্লব্রা হায়বসে মশাগী ব্বাখল ওইরকই অদুবু খল্লোই খনবসু মঙদবা মতৌদুনি। থুংনবা হায়বদুসু ওইরোইদবা ব্বাফম্নী হায়বদু জাওসু খণ্ডই। অদুবু জাওগী থম্মোই অদু ফাথবদি শুকঙম ঙমজদ্রে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা তারকখি, শখিদু মাগা হান্না নুংশিনজবা ক্বাকৈথেলগী পাখং অদুদা চেনখ্রে। জাওদু কোকচাওবী কাখি মকোক ঙাওখি হুমাং কাংখি অদুবু মথন্তা খম্বরকই "পাড়া অমনি মহাক্তা নত্তনা নুপী থিরবা লৈরবা কয়াগী ওইগনি অদুগা লৈশাবীশিংনসু নুপী লৈবা নুপাদগী অসুম্না লিৎথোক্লবা পাড়া ওইসনু"।

# নোংজু থা লোইখ্রবদি

মেগাজিনশিং য়োনবা পি: সি: ওসু ওইবা খবর অমদি অউতবুকসু থম্বা স্কাইলার্ক ষ্টোরদা মাগী অংকল অজিৎকী মতেং ওইনা পোৎ য়োনবা য়াওরিবা নিংথেমদু হন্দক মরক্তী মশাদু খরা নানখৎলকই। মাগী অংকল অজিৎনা হন্দক নিংথেম্না মশা নানখৎলক্লীবা অসিগী মরমদু হায়রপ খম্থরকপদা খঙলকই মদুদি হন্দক মরকসে ডাক্তর সুরজগী মচানুপী এম এ পাস তৌরবী মশক মতৌ থোইদোক হেন্দোক্লবী শুশিনিনা কমপেটিটিপ একজাম কয়া থাননবা অমদি এম সি এস সিনচিংবা খননবা ত্রাই তৌরকপদগী লাকপা তোইরকপদগীনি মদুদা শুশিনিনা নিংথেমবু য়াম্না পামজনা নুংশিনা প্রমান পাম্বেগা লোয়ননা নুংশি খুদোল তৌননবা মতৌ তৌরকপা অদুদগীনি। অদুবু মেত্রিক পাস তৌরবা মতুংদা লাইরিক মখা তমথনবা উপাই লৈতবদগী ফনা লাইরিক্তি থরাই য়াওজবা ছাত্রা ওইরবসু মখা তমথদ্রবা শকহেনবা মচা নিংথেমগী ৱাখল অদুদা অজিৎনা এদভাইস পীবগী দরকার লৈতে খনবনা শুশিনিনা মরক মরক্তা কেবা য়াবমখৈ কেরগা একটিভা অমা তোংলদুনা মাগী দুকান অদুদা লাক্লগা লাইরিক লাইশু জর্নেল অমদি ইমপ্লোইমেন্ট নিউজনচিংবা লৈবগা লোইননা নিংথেমগা ৱারী ৱাতাই তৌনবদুদা কুপশিন্না য়েংদবা শাজরি। মমাঙঙৈগী মোইরাংগী খম্বা খমনুগুম মপাবুং অমদি মমা ইবেম্মা অদুনা নৌনা হুন্দোকপিরম্লবা নিংথেমবু পিশক পিক্লিঙৈদগী মচে ইবেমচানা ঙসি ফাওবা য়োক থাক্লক্লীবনি। অহোয়ননা ঙসিসু নুমিদাংৱাই অদুদা শকহেনবী শুশিনিনা মখোয়গী দুকান মমাং অদুৱাইদা একটিভা খামখিবদু উবদা মখুরা অজিৎনা শুম খঙলদুনা মহাক থবক অমতা চৎলুখিগে নিংথেম্মু লৈরম্মু হায়রম্লগা মাগী স্কুটর অদু থৌদুনা চৎখ্রে-

"নখোয় অংকল নত্রা চৎখ্রিবসে"?

"মানি, মহাক থবক অমগী চৎখিবনি"।

"তান চারেদা"।

"করিনো হায়রিবদুবো"?

"নোংমতসু হোটেলদা চা গ্লাস অমতা থকমিন্নসি দুকান মনুংদা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা অদুম লৈবদু নশাদুবু ফখিগদ্রা"?

"কমদৌনদি তৌনি অংকলনা য়াননবা চৎত্ৰবদি পৈশা খরা খরা ফংলিবসি ফংদ্রবদি চারোইদৌরিবনি"।

অস তল্লীহে, পৈশাগীদমক্তা অদুক ৱানা পুন্সিবু লেলহনবা তারবদি নঙ নুপীগা থিবা খঙলরোইহে"।

"লাইবক্কীনি কমদৌনি"।

"নুপীনা মখোংনা থোঙনা লাক্লগা থিবা হায়দুনি হায়য়ুনে অপং"।

অনিদু নোকমিন্নে মতুংদা জর্নল খরা লৈরগা শুশিনিদু চৎখি। মোমোন্নরবা শক্তমদু তৎতনা উরকই। খল্লকই ঐনা মহাকপু থম্মোয়শেংনা নুংশিজবনি, মশা অদু ইখঙ খঙদবগুম ঙাঙলিবা ও! ঐগী থম্মোয়বু মহাক্কী নুংশিবনা কয়াদা ৱাহল্লীবা নুপাদা নুপীনা নঙবু ঐনা নুংশিজে পামজে কয়া হায়নদে অদুবু হন্দক্কী ঐনা হান্না নুংশি হেক্তা হায়দবা য়াদ্রবা অসুম্না মথন্তা মোমোন্নজে-

ঙসিদি নোংমাইজিংনি। নোংমাইজিং নুমিৎতি নিংথিমদু ময়ুম লৈহায়নৈ। মরম অদুদগী অয়ুক অদুদা নুংশিবদা ককঙাওনরবী শুশিনিনা মতারোই কুমুদিনি হৌরদুনা মপাগী অলতো অদু থৌরদুনা কৈসামপাৎ মোইরাং নিংথৌ লৈরক্তা লৈরিবা নিংথেমগী ময়ুম মাইকৈ পাংলকই।

"হায়মা শুশিনি কদাই চৎলুবনো"?

"ইচে ইবেমচা থৌদা ভাবোক লৈকাইদা থবক অমা চৎলুবনি নিংথেমদা করিনো অমতা হংলমগে হায়দুনা অসুম চংলকপনি"।

"ও! ও! হৌজিক্তা লৈরম্বনি নিংথেম, হো নিংথেম মী লাক্লীয়ে, লাক্লে লাক্লে ৱারী শারম্মুকো, ঐ য়ুমলোন্নবা অসিদা অমুক্তা চৎলুখিগে।

মচে ইবেমচাদু চৎখি, নিংথেমদু মোমোন্ননা চংশিল্লকই।

"করি ৱারী শাসি হায়বা"?

"সে ফোটো অসিমা পাইশিল্লু"

"কনাগী ফোটোনো"?

"কনাগী ওইগনি ইখোংনা থোংনা লাক্লবী ঐগীনিদনা"

"এ ঐ পাইজরোইদা ফিল্ম ষ্টার ফজবী অমগী ফোটো য়েংজরগা মঙলান্দা ঙাওগুম ওইসু ওইররোইদবা মঙলান্দা ফুরা শাবদু ঐ পামদ্রে ঐবু ৱারৌগনু"

"নঙগী মঙলান অদু ঐনা মঙফাওনহন্দুনা তাইবং ওইহনদৌনিনে সেনে সি থমজিল্লু"

অসুম্না শুশিনিনা মখুৎমক্তা নমদুনা মাগী ফজরবী ফোটো অদু নিংথেমগী ফুরিৎকী থবাক্কী ফুরিৎখাও অদুদা সৎ নমশিনখি, অদুগা নশক ফজৈ হায়দুনা চাওথোক্কনুকো হায়রম্লগা মতারোই কুমুদিনিগী মখুৎ চিংদুনা প্রপ প্রপ থোকখিদুনা অলতো অদু তোংদুনা চৎখি। মচে ইবেমচানা লুমদুনা তারম্বদগী থোরক্তুনা হায়রকই "নিংথেম ইচেনা হায়রিবসে মুন্না তাও ঙসি লাক্লীবা নুপী মচা অদু এম এনি মদুগী মথক্তা ইনাক কৈরাক খুনবা অফাওবা ডাক্টর অমগী মচানুপীনি মশা লাইরিক হৈরবী ওইবতা নত্তনা হায় ওফিসার অমা ওইবা পাল্লিবীনি, শোয়দনা ওইবসু ওইখিগদৌরিবনি মহাক্কী মপা মমা অমদি মরি মতাশিং অদু হায় ওফিসিএল ঙাক্তনি মখোয় ঐখোয়বুদি তুমিৎ কাংগুম্না উরিবনি, জেলদা ফাওবা ইনাওবু থম্বীগনি মদুগী মথক্তা অৱা অনা কয়া হেন্না থোক্লক্কনি, শাগৈ নাতৈসু অৱাবা মাইয়োক্নগনি। মদুতা ওইবতা নত্তনা হায় ওফিসার ওইবনা লুহোংদুনা নুংঙাইনা লৈখিগনি, পুন্সি চুপ্পা নুংঙাইবা ফংদনা লৈরক্লীবা ঐখোয়গীদমক্তা কনানসু মাইরোং য়াবীনবা লৈতবা ফিভম অসিদা তোল্ল তারবা ঐখোয়দি ইরেং ইমান্নবগা শঙ্গা তৌবতাবনি। থিক নেম্বনা থাগা লামগনি খনগনু ইচেনা হায়বা নঙনা শোয়দনা ইনগদবনি, নহাক নুপী অদুগা অমুক হন্না উনদনবা লাপথোক্লনবা হোৎনগদবনি। মচেগী পুক্লিং নুংশিজনা ঙাঙজারীবা ৱাহৈ অদু তারুবদা নিংথেম্না তপ্না মচেদা মখুৎলোন্ননা হায়জরকই "ইমা শকপী ইচে, ইচেগী য়াথংবু করম্না হিকতোক্কদগে ইচেগী য়াথং ননাওনা ঙাকচগনি ইচে" অসুম্না নিংথেমদু খুকউ লৈবাক তানা মমাই খুমজন্দুনা সুৎ সুৎ কপখি।

থা অনিরোম ফাওবা নিংথমবু উন্নবদি লাইরদুনা মশক অদুবু ফাওবা উবা ফংলক্ত্রবা অদুদদি থম্মোইদা তেংথাজরবী শুশিনিদু অঙাওবীগী পান্দমগুম ককঙাওনরক্লী। মপানা মরোল অমা মহাক্না তমজরম্বা মহারাষ্টাগী পুনে ইউনীভরসিটিদা এম ফিল্ড তম্লুখো হায়দুনা কন্না তকখৎলক্লী। মহাক্কী ৱাখল পোথাফম খঙদে খল্লকই, নোংমা কুমুদিনিনা হায়খিবদু মমা মপা লোয়না শিখিবদগী মচে ইবেমচানা মৌপ্পাবু য়াম্না ৱারবা মওংদা য়োকলকখিবনি। লাইর মচা থম্বনা থোইবীবু নুংশিজরুবদগী শামুখোংদা য়েৎপনচিংবা অৱাবা কয়া মাইয়োক্ন খিবগুম্না অৱাবা কয়া নঙঙ্গনি খনখিবদগী নিংথেম্না লোৎখিবনি তশেংনমক ঙসিগী ꠆ ৺বিক লাইশু হৈরবা অৱাংবা থাক্কী ফম পাইরিবা মপা মমা কয়ানা মচানুপী

কয়াগী থম্মোইগী অপান্বা ফিরেপ্তা মাইয়োক্লরকপনি হায়বসে মখোয়না খঙদ্রে পুম্নমক অসি খন্থুরুরগা শুশিনিগী মীৎলুগী পীরাং ইঙা নোংহৌগুল্লকখি।

ঙসিদি শুশিনিনা মতারোই কুমুদিনিগা লোয়ননা অরোইবা খোংথাং ওইনা অলতো তোংলদুনা মাগী থব্বাই ওইরিবা নিংথেমগী শঙ্গাই তম্লক্লী। মচে ইবেমচানা শুশিনিনা নিংথেমবু থিবা লাক্লে খঙলদুনা নিংথেমবু মাগী কাদা লোৎতুনা লৈয়ু তাকপিখ্রে।

"ইচে ইবেমচা নিংথেমদুবু উদবা কুইখ্রে দুকানসু য়াওদ্রমাল্লে, কদাইদা চৎখ্রবগে"?

"শুশিনি নিংথেমদু মাগী অংকলনা দুকান ফম্বদু য়াওহনখিদ্রে মতিক্লী মপানি চাদনা মানা নুংশি নুংওন্নচিংবা খরা দুকান ময়া অদুদা তৌরুবদগী চোপলক্লনি হায়দুনা তোকহল্লবনি হায়দুনা মাগী অংকলনা হায়রম্মী, অদুদগী শুফম নোম্ফম খঙদ্রবা ককঙাওনরবা নিংথেমদু মাগী লৈবাক নুংবাক তৌবা খোৎপা আইজাইগী থবক শুদুনা শেন তানবা হৌখ্রে, হৌজিকসু থবক শুবা চৎখ্রে। নুমিদাংদা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎনা হল্লক্লগা ইরু মাইথজরগা পোখাজগদৌরিবনি"

"ও! অদু ইচে ঐ হয়েংদি মুম্বাইদা চৎলগনি চহি ৪/৫ মুক্তী উন্নবা ফংলরোই অদুদা চুম্না পাউ পিজবা ওইনা চংজরকপনি চৎচরগে।"

শুশিনিদু মিৎলুদগী ইহৌরক্লীবা পিগী ইরা অদু পুরদুনা মতারোইগা লোয়ননা অলতোদা কাখৎতুনা থৌখ্রে। মিৎলুদুদগী পিগী ইরা অদুদি তপ্পা মাইথোং থাজ অদুদা অর অর শিন্থুরকখি।

ঙরাং অহিংদগী কপ্পতনা মমাই পোমখৎলবী শুশিনিনা হৌজিক্কী মপাগা লোয়ননা এরোপ্লেন মথক্তা কাখৎলক্লে। মরাল লৈজদ্রবা মিস্না অনিদুনা নিংথেমতবু কোইলৈ লৈদুনা য়াম্না ইখৌলাংনা য়েংলকখি, চৎলমদাই মিকুপ অদুদা ওইরবসু মশক অদুমতা পেন্না উনরম্লদি থম্মোয় চাক্লা কাইনজরবসু নুংশি মিলন নত্রগা পম্থুং ওইদ্রবসু নুংশিজরবা শক্তম অদুবু অমুক্তা উজরবদি খল্লুবনি অদুবু উবা ফংদ্রবদা প্লেনগী সিট্টা ফমথখ্রে। মিৎলু অদুদগী তৎতনা তারক্লীবা পিরাং অদু মপাবুংগী মমাংদা লোৎচবা হোৎনজবদা ব্রাজরবী শুশিনিদু অব্রাবগী পংখৈ লৈখিদ্রে। খুদক অদুদা মকোক মরু ইচাও চাওরবা নিংথেমদু এলোদ্রোম অদুদা ফিংলপ থুংলরে, অদুবু প্লেন অদুগী চংফম থোং অদু থিংজনখ্রে। নিংথেমদু নুংগী মুর্তিগুম লেপ্পুনা ফুংম্বংননা লৈখ্রে। মিৎলুদুদগী পিরাংদি লেপ্তে, পাইখ্রে। হৌজিক্তি নিংথেমদু কাইনা মৈশা খাঙনা ময়ুমদা খাঙমদা হল্লক্তুনা ফমুংদা ফি কুপ্লদুনা হিপ্লগা

সুৎ সুৎ কপ্পী। ৰাই শিংনা শিংনা মচে ইবেমচানা ঙ্গান তারকই- মনাও নিংথেম্না শুশিনিবু তশেংনমক মোইরাং পর্ব্বদা খম্বনা থোইবীবু নিংশিখিবগুম নুংশিখি অদুবু মচেগী য়াথং ঙাক্তবা য়াদবদগী থম্মোয় কাইনা কপ্পী মহাক্তী ইখং খংদবগুন্নী, মহৌশাগী মোইরাংগী খম্বা থোইবীগী মতৌদু হৌজিক্কী চরাংনরবা মতম অসিদদি চান্নগদবা মতৌদি লৈতে। ঐসু মচে ইবেম্মা খমু অদুগুম্বদুসু ওইবা ঙম্নরোই নিংথেম্না কপ্পীবসে... ও! অদুবু মাগী মিন্না অসিদগী শিঙ্খরিবা অমদি শিঙ্খিগদবা পিরাংশিং অদুদি নোংজু থা লোইখ্রবদি নোংপাক তারক্করোইকো।

# নুংশিরবা সমাজ অসিগী

বজারগী খঙহৌদবা বোম ব্লাস অমদগী মপুরোইবনা লাইবক থিদুনা লৈখিদ্রবগী মতুংদা মনিশংদু ঙসিদি লুখ্রাবী শিংদা চন্দুনা লৈরে। মচাদি নুপা অমগা নুপী অমগতনি, অদুবু মখোয়শিং অদুদি পিল্লবা চাওজদ্রিবা ঙাক্তনি। মকুবোক অদুসু মাংজৌননা লায়না অমদগী লৈখিদ্রবনা মনাও নুপা অদুগা মনেমবোক অদুগনা ফৈগাক ফৈনা হোৎনদুনা অমদি সরকারগী মতেং খরগা মপুরোইবগী কর্ম্মনচিংবা পুম্নমক লোইশিনখ্রে। মনাও নুপী অদুনসু মচেদা মচেমক্লুম মনিশংগী থম্মোইবু থেমজন্দুনা অমদি তেংবাংদুনা ব্রানা পানমিন্নরকপা অদুনা মনিশংগী মপুক্লিং য়াম্না নুংশিখি। ঙসিদি মনিশংবু পোকপিবা মপা ইবুঙো অদুগা মমা ইবেম্মা অদুগনা মচাবু মপুরোইবনা লাইবক থিবা থৌদোক্তা লৈখিদ্রবা অমদি কর্ম্ম পুম্বসু লোয়খ্রবা অদুদা মপাম ময়ুম অদুদা ব্রারবসু ব্রানা মশুশিং অদুসু মপু মবেন্না ময়ুমদা হোৎনজরগে হায়দুনা হায়জবা লাক্লে। মনেমবোক ফজতোন, মনাওনুপা মংলেম্বা অমদি মনাও নুপী নুংশিরৈ অমদি লৈকাইগী তাদা মাম্মা মখুরা কয়ানা মপুরোইবগী য়ুম অদুদা অদুম লৈজবনা ফগনি হায়দুনা হায়জবনি অদুবু মমা মপা অদুনা মচানুপী মথন্তা পোকচবদি মখোয়না ঙম্বা মখৈ মতেং পাংজদুনা অব্রাবা কয়াদগী কন্ননবা অঙম্বা হোৎনজরগে হায়না কন্না হায়জরকপদগী নুমিৎ অফবা অমদা মনিশং অমসুং মচাশিংবু অপোকপা অমসুং অপোকপীনা মপাম ময়ুমদা পুনবা তঙাইফদনা য়ানখ্রে।

ঙসিদি মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মনা লৌবা লাক্লবদা মনিশং অমদি মাগী মচা অনিদু ময়ুম মপামদা চৎননবা শাজেল তৌজরে। মনেমবোক ফজতোন অমদি মনাও নুপী নুংশিরৈনা তেংথা নাওইনা বিদাই পিরক্লে। মনাওনুপা মংলেম্বসু মীৎলু পীরাং ইহৌনা মাগীসু মচা অনিদুগা মচেবু বিদাই পিরক্লে। য়ুমথংনবদা লৈবা লৈকায়গী মনে মন্দোল মখুরা মম্মো কয়াসু মতৌদুদা য়েংঙমদনা পিরাং শিন্থুনজৈ। পুম্নমক অদুগী নুংশিবগী লংলা অমনা খোঙ থাংবা ঙমদ্রবী মমাগা মপাগনা থোরক্লোনে ইবেম্মা গাড়িসে ঙাইদুনা লৈরে হায়না হায়জিলক্লবদা মনিশংনা

থিঙমদ্রবা পিরাংগা লোয়ননা মনেমবোকপু খুরুমজরগা পুম্নমক্তা ঐখোয় চৎলগেকো হায়রম্লগা ভান অদুদা কাখৎখ্রে। মংলেম্বগী জ্ঞান তাদ্রিবা মচা চিংখৈনা লুপা তরা চৎপী অমা পাইদুনা চৎখিগদৌরবা মনিশংগী মচা খেলেম্বদা লুপা তরা অদু তাদা পৈশাসে নঙ হোরেল য়ুম য়ৌরগা অচাপোৎ চাও হায়দুনা পিরি। ময়াম্বুং অদুনা পৈশাদু লৌশল্লগা ইনাও ঐখোয়সু লাকখিনি হায়রম্লগা মোমোন্ননা ভান অদুদা কাখৎখি। চম্লবা পোকমিন্নদ্রবসু মচিল মনাওগী নুংশিনবা অদুদা তিল্লম্লীবা মীয়াম অদুগী মীৎলুদগী পিরাং ইহৌহনখি। মতুংদা ভান অদু থৌবালগী ময়ুম অদুদগী মপাম ব্রাংবলগী লমদম য়ৌননবা থৌথখ্রে।

মতম খরগী মতুংদা মতৈমনা পাও পিরক্তুনা মাগী মচানুপা খেলেম্বদু নবোদয়া বিদ্যালায়া খুম্বোংদা তমহনবদুদা চয়েৎনবা খরা লৈরে হায়দুনা মনাও মংলেম্বদা খঙহল্লকখি। মদুদা মংলেম্বনা খুম্বোংগী বিদ্যালায় অদুদা চৎতুনা ডিষ্ট্রিক লান্না বিদ্যালয় অদুদা তমহনবা য়াবা য়াদবা কয়াগী য়েৎনবা কয়া য়েংশন্দুনা হোৎনজৈ। অসুম্না তান্নজরবসু মনাও ওইরিবা অদুগা মতৈমা ওইরিবা অদুগী থকথা নাইবা লংলা অদু কাইনদনা পাও ফাওনা ঙসিসু হিংনরক্লী। মনেমবোক অমদি নুংশিরৈসু মচাশিংগা লোয়ননা কয়ারক ক্তুনা মনিশংগা উন্নরবৈ, মনিশংসু কিরিগুম্বা থৌবালগী ময়ুম অদুদা লাক্তুনা মনেমবোক অমদি মনাওনুপীদা নত্তনা মনে মন্দোল কযাগা উন্নদুনা পুকমেন পাওমেন্নরি। মংলেম্বগী মচা অনিদুগা মনিশংগী মচানুপী থাবাগসু নুংশি চান্নবা মচিল মনাও মচল মচে ওইবগী মরক্তা মমাগা লাকপদা চিন্দা পাওদানরি।

নিংঙোলগা মৌগা তিন্নবদা মহৌশানা ঈশিংগা থাওগগী মতৌগুম ওইনবনা ঙসিদি মনিশংদু মমা মপাগী য়ুম অদুদগী পাখল অমা শন্দোক্তুনা মচা অতোনবীদুগা তোঙান্না চারে। মহাক শঙ্গোইদা য়োংখমদা ফি শা শাদুনা হোৎনরি। মরক মরক্তা লবুক্কী মতমদা লৌ কুম্বা য়াওজৈ। ফি শাবগী লংলৈবা অমদি ফি শারগা য়োনবনচিংবা থৌবালদা অমদি ইম্ফালদসু চৎপা য়াওই। মমা মপানসু অদুম তেংবাংবা য়াবা তেংবাংদুনা য়েংশনবিরি। অদুম্নমক মথম্মোই অদুনা লৈখিদ্রবা মপুরোইবা অদুবু নিংশিংনা অহিং কয়া পিরাং শিন্থবদি ঙসিসু অদুমক লেপত্রি। মরম অদুনা পনজাওগী মতমদা মনেমবোক অমদি মনাও নুপাদা তান্নজবসু অদুম্মক লেপত্রি। করিগুম্বদা মরক্তা মপুরোইবা অদুনা হিংলিঙৈ মতমদা মনাও মংলেম্বগা মনাওনুপী নুংশিরৈগা মনেমবোক ফজতোনগা মচাও মশুও চাকশংদা য়া য়া নোক্তুনা চামিন থকমিন্নবা হৌখ্রবা মহাক্না হৌজিক ওইরিবা ফিভম অদুগা খেন্নবদু চাংদম্নজরগা থোইনা থম্মোই

শোকচনা কপচবসু কয়া মনাও অমদি মনেমবোক্কী নুংশি মতৌনা ওইহল্লি।

অশোমদনা দুকান তৌদুনা লৈজবনা মংলেম্বসু মথৌদা ইচিন চিঞ্জে চৎথে ক খোৎতোকপা কয়াদা তঙাইফদনা মমাগা শিন্নদুনা চৎনবা কয়ানি। ঙসিদি মচানুপা পুংকক চাওরক্লবা চিংখৈনা ময়াম্বুং খেল্লেম্বগা উন্নদবা কুইরে অমুক্তা উন্নরুসি হায়দুনা খুম্বোংদা চৎকদবা ওইরবদি মখোয়সু খরা য়াওগে হায়দুনা মংলেম্বগী ভান লৈবদুদা লাকখ্রে। মংলেম্বনা ভান থৌদুনা মচা অনিগা মতৈমগা মাগী নুপীগা থাবাগা খুম্বোংগী নবোদয়া বিদ্যলয়া অদু তম্লক্লে। য়ৌবগা চামিন থকমিন্নদুনা পুন্ন মক্তু উন্নদুনা পুকমেন পাওমেন্নরে। চিংখৈগা খেলেম্বগসু হরাউনা নুংশিনা ৱারী তৌনরবা মতুংদা মংলেম্বনা লুপা চাম্মা চৎপী অমা খেলেম্বদা পিবিরে। পুন্নমক্লা থোক্লরক্লবা তাঞ্জা অদুদা খেলেমবগা চিংখৈগা শুরু শুরু ৱারী লেপ্তুনা শান্নজরি। তামোসে লুপা য়াঙ্খেনি পাইশল্লু অসুম্না কল্লপ চিংখৈনা হায়জরগা ময়াম্বদা পি খেলেম্বনা অসুক য়াম্বা পৈশাশিদি নঙদি কদাইদগী হায়দুনা হঙলকই মতমদুদা চিংখৈনা মখোয়দি দুকান ফম্বনিনা পৈশা অদুম লৈ তামোদি মীরমদা লৈবনিনা পৈশা ৱারমগনি, ববানা পৈশা ঐঙোন্দা পিবিবা কয়াদা খবা তুংশন্দুনা থমজল্লগা য়াম্লবা মতম অসিদা ঐনা তামোদা পিজনিংদুনা তামো উন্নরুসি হায়দুনা তকপদগী লাক্কীবনি হায়দুনা লিজরকখি। খেলেম্বগী মীৎলুদা পিরাং ইহৌবকখি। অঙাওবসিদি চৎলো চৎলো লাইরিক কন্না তম্মুকো হায়দুনা মনাওবু থাদোরকখি।

মতমনা কনাসু ঙাইবিয়ু য়াদবনা মনিশংগী মপা শোনজল্লক্তুনা লৈখিদ্রে মংলেম্বা নুংশিরৈ অমদি ফজতোনসু য়াওদুনা মনিশং অমদি মচিন মনাও নুপানা শ্বাধ কর্ম্ম পাংথোকখ্রে। মচানুপা খেলেম্বসু য়াওখি। অম্নক হনখ্রে মনিশংবু চাওয়েং য়েংলম্বতা নত্তনা হিংনবগী লম্বীদা তেংবাং কয়া পিবিরম্বা মপা ইবুংঙো অদুনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মনিশংগী অৱাবা কয়া ওইরকখি। অদুম্নমক মচা খেলেম্বনা অমদি মচানুপী থবানা খরা চাওরকপা অদুনা থম্মোই অদু খরা শাফরগদ্রা খন্না নুংঙাইজৈ। অমবোমদা সমাজ অমদি হিংলিবা মীওইবা হায়বা জাৎসিনা সমাজ অসিদা হিংলিবসিদা মীনুংশি হায়বদুদি শুংলৈ লৈনাব্বা নত্তে। ফনা শাওনরসু চৈনরসু অদুমক থম্মোই থম্মোইশিং অদুদা নুংশিবগী লংলা অমদি অদুমক লৈনরিবা ঙাক্লি। অদুগা তাথিনবা কয়া লৈজরবসু সমাজ অমা লৈরিবনিনা কাহেন্না হেঞ্জন্নবসু য়ানদবা মতৌনি। মনিশংনা হেক পোকমিন্নবা মনাও অদুনা মচেবু ইয়েংমক য়েংলক্তবসু নত্তে তৌবতদি মাগী নুপী অদুনদি অদুম খরা তাথিবগী মতৌসু লৈ।

খুম্বোংগী নবোদয়া বিদ্যালায়দুদগী লায়রিক তম্বা লোইশিল্লগা মখা তমথবদু

পামজববসু খেলেম্বনা মাগী ইমুংগী ৱাববা ফিভম অদুদা লাইরিক মখা তমথবদু পান্নকত্রে। মহাক শেলথোকপা থবক তৌনিংলক্লে। অদুবু লুরিবদি লুখ্রা মচাশু ওইজরিবা অদুগীসু মথক্তা ... তাম পোক্লীবা মচা নুপা খেলেম্বনা মমা লৈবাক্কী সেবাগা লোইননা শেলসু ... পাম্বদগী সিফাই খনবা পান্নীবদুগী ইহুনদুদি মনিশংনা মমা অমা ওইনা যানিংখিদে। মবম অদুদগী মংলেম্বা অমদি খেলেম্বগী মাম্মোনচিংবা অতৈ কযাগা মমাগা খেলেম্বগা খন্নবগী দবকার ওইরক্তুনা খন্নবা হৌরক্লে। মীওইবনা সমাজদা নুংশিননা হিংমিন্নৈ, লৈমিন্নৈ, মীপুম খুদিংনা মাগী মাগী হিংননবা মথৌ শুনৈ। লৌমীনা লৌ শুদুনা শিন্মীনা শিল শুদুনা দুকান্দারশিংনা সেবাগা লোয়ননা পোৎ-চৈ য়োন্দুনা হুমাং তানা থবক শুবা কয়া সমাজগী সেবারী কয়া কম্মচারী কয়া অসিনচিংবনা মথৌ তৌনদুনা মতেং পাংদুনা সমাজ অসিদা স্তান তাননা নুংশিববা মীওইবগী খুন্নাই অসিদা কিহনবা খংহনবা চিংনহনবা মুক্ল হনবা অমদি য়েখাই থিনগাইবা কয়া মনুংদগী অমসুং মপান্দগী মবম চাদবা পুম্নবু থেংননবা লৈবিবা আর্মিগী জৱান হাযবা অদু ওইজদুনা মীওইবগী নুংশিনিঙাইগী মবি অসিদা শান্তি ঙাক্লবা গোৎনবদা থনাই থাববসু থাজগে খন্না খেলেম্বনা কন্না ঙাক্তখৎকপগা লোয়ননা তকশিল্লকপা ... মগাম অদুনা মমানা ফনা য়াজদ্রবসু মীযান্না সমাজনা মখুবা মন্দোল অমদি মান্মা মনেনা যানরকপা হায়বদি মাগী নুপা অমা ওইবগী অপাম্বা মঙল অদুদা মনিং থুংহন্নীংবা মতৌ অদুদগী মমানসু তঙাইফদনা অয়াবা পিবক্লে। মতুংদা খেলেম্বা আর্মি জৱান অমা ওইনা মাগী হোৎনবা কনবগী জবখন্দা এপোইন্ট তৌখ্রে।

ঙসিদি খেলেম্বা মযুমদগী র্জখান্দা খোংশান্নবগী শেম শাবক্লে। মাগী মরুওইবা মবি মতা মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা অমসুং মনে অমদি মংলেম্বা নুংশিরৈ অমদি মচাশিং যাওনা মনি লৈনবা মীয়াম অমা খেলেম্বনা মযুম থাদোক্লমদাই অদুদা তিল্লবে। মমা ইবেম্মা মনিশংনা কপচবগী তেংথাজবগী মতৌ অদুনা তিল্লীবা মীওইশিং অদগী মীৎলু পিরাং খাঙমখিদে। পুম্নমক্লা অঙম্না মতেং পাংনদুনা পাওতাক কয়া পিনরক্লে। খেলেম্বনা মমাবু খুরুমজবগা মম্মো মনে অমদি মখুরা মন্দোমচানচিংবা অমদি অহন লমন কযা অমমমতা ওইনা খুরুমজরগা খোঙ থাংদোরকপদা চিংখৈনা লুপা চহুমখক ময়াম্বদা পাইশল্লু হায়দুনা পিশল্লকপা অদুদা তৌখ্রবা মতমদগী মচিন মনাও ওইবগী নুংশিনবা কযাদু নিংশিংজদুনা মনাওবু মুন্না য়েংলম্নগা পৈশাদু লৌশল্লগা মনাওবু চেজেৎ কোনশিনখ্রে। মনাওগী মনঙ্গলদা কোন্না কোন্ননা তাপ তাপ ফুবগা বাই বাই হায়দুনা পিবাংলোৎনা খেলেম্বদু চৎখ্রে।

# নাথৈখ্রবা ঈচেলদুনা

টুর্বেল্থ পরিক্ষা কুইরক্তবনা রোমেন্দু মানা তল্লিবা স্কুলগী বোর্দিংদা লৈদুনা রিক্ষাগীদমক কন্না হোৎনরি। চেকশীন্না হোৎনরিবা স্কুল ওথোরিটিনা নর্স অমসু মদিকেলগী দরকার লৈরকপদা য়েংশিন্নবগীদমক্তা কন্ট্রেক্ট বেসিস্তা হাপ্তুনা থল্লি। র্স অদুগী মমিংনা মোনিকা কৌই। মশক মতৌ ফজবতা নত্তনা য়াম্না ঈং তপ্পা হা তহাদবা মতৌনা মহৈরোই খুদিংমক্না য়াম্না নুংশিনা লোয়নজৈ, অদুবু খরা াওশিন্নবা রোমেন্দি লাইরিক পারবসু লাইরিক অদুদা নর্স মোনিকাগী ঈংলবা াবলগুন্নবী মায়থোং অদু উদুনতা লৈরক্লি। মরক মরক্তা তাঞ্জা চাবদা রোমেন্না মানিকাদা চম্না ৱারী শাবা হৌই, অমদুসু চম্না অদুমক খুম্মী। অসুম্না তৎতনা ৱারী াবা মতৌদগী মমৈদদি অনীদু কোইনরক্তবগুম্না তৌরক্লে।

- মোনিকা, হন্দক মরকসি ঐসে লাইরিক্তা পুক্লিং চঙউ ইয়া য়ারক্রেবো?

- পরিক্ষা মতমসিদি ৱাখল লম্ফে চৎহন্দনা পবিক্ষাদা মকোক থোংগে য়না চপ চানা খন্দুনা হোৎনৌ।

- পরিক্ষা ময়াসিদা লৈরাং অমগী ফজবদা ককঙাওনদুনা থম্মোই অসি বাংনরক্লিবা অসিবু ঐগীসিবু সাইকোগী খুদমগা ওইরবজাৎলা খঙদ্রে?

- নঙবু হান্না ৱাখল য়াম্না খনগনব্রা নত্রগা হন্দক্তা ইনৌ নৌনা তৌরক্লিব্রা?

- হন্দক্তা নৌনা খনগৎলক্লীবনি।

- ও, অদু ওইরবদি ৱাখল অদু খন্দনা পরিক্ষা অসিখক্তগী খন্দুনা হোৎনৌ। দুগা লৈরাং অদুগী ৱাখলদি কোন্না খনগদবনি।

মোনিকাগী ৱাহৈ অদুনা থম্মোয়বু খর। ঈংবগুম তৌরবসু মেন ইতা তাদে, াইরিক লাইশু পাবা ইয়া য়াদে। মোনিকানসু রোমেন হায়রিনা নাওরেম নকাইদগী মহৈরোই অসি মমীৎ মনা মীৎয়েং নায়েং ৱাহৈ ৱাতাদা মঙোন্দা ইফেক্ট মদি তৌই হায়বসে মহাক খঙই। অদুবু পরিক্ষা ময়া অদুদা মহাক্কী মতৌ অদুদি ফবা নত্তে খনখি, মরক মরক্তা রোমেন্না মহাক্কী মপাদু ওফিসারনি, মবোক্তুসু

এডিস্নেল দাইরেক্তর ওইরম্বদগী পেন্সন চারিবনি। মখোয়গী লৈকাইদা পৈশা নুংশা পায়বদা মমিং লৈবতা নত্তনা মচিন চৎলিবনি হায়বনচিংবা মাগী ইমুং মনুংদুবু থাক হায়রপ ব্বাংনা থাঙ্গৎতুনা ঙাঙ শক্লি। মোনিকানসু হোয় হোয় হায়দুনা লাইরিক পানবা থেমজনখি। অদুম্নমক মোনিকানসু রোমেনবু নুংশিবগুম তৌরকই।

ঙসিদি পরিক্ষা লোইরবনিনা মহৈরোই পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা চৎনখ্রে। মোনিকাসু মাগী মতম লোইরবনিনা লৌফম থোকপা শেল লৌরগা ময়ুমদা হল্লক্লে। অদুবু মোনিকাগী থম্মোয়দা রোমেনবু নুংশিবগী ঈচেল অদুদি ময়ুমদা লৈরগনা হেল্লকপগুম তৌরক্লি। ময়াম্বুং ওপেন্দু এন জি ও তৌবনি। মহাক্না মকোক থোংবা ওফিসারসু ওইরি, মখোয়গী ওফিসতু লাঙ্গোলদা ওইজরবসু চাউনা মওং তানা লৈ, মদুগী হন্দক দ্রাইভর অমা লৌগনি হায়দুনা এদভরটাইজ তৌবদগী রোমেনসু মপা ওফিসারনিনা ওপেনগা খঙনবনা মাগী মচা অদুবু দ্রাইভর অমা লৌগদবদুদা ওইহনবীরো হায়না রোমেনবু শিন্নরম্লে। ওপেন্নসু রোমেনগী ব্বারী ব্বাতাই কয়া তৌনরবদা এপোইন্টমেন্ট অদু থোক্লবা য়ান্নখ্রে।

ঙসিদি ওফিস্তগী ওপেন্দু অনৌবা দ্রাইভর রোমেনগা ময়ুমদা লাকই হায়দুনা মোনিকানা চা লোল্লগা সোফা কাদা পুরগা চঙলকই। রোমেন্না ফমদুনা লৈরম্বদু উবদা ইঙক ঙক্না ব্বারী হৌরকখি।

- হৈমা নঙ ওইরে, নঙবু দ্রাইভর?

- পাবুংনা ইনশল্লক্লীবনিদা...।

- এ! মতৌশাগী ব্বাজাওদুগা, মসিনা এন জি ও অমগী দ্রাইভর।

মোনিকাদু নোক্লীংমনখিদুনা মথন্তা নোকখি। মথম্মোইদা খল্লকই- লম খরা হেল্লমগনি, অদুদা মপাবুং অদুগা তামোগা তান্নরগা অরেম্বদা লৈগদৌ শরুক পরিক্ষা হায়দোক্লীফাওবগী থাজিল্লকপা মওইরিনি। মসি মাগী মহৌশাগী ব্বাহৈ ব্বাতা অদুগী হায়রুরবদি শোয়দনা খরা ঙাওশিন্নরমগনি। অদুবু নুংশিবগীদি নুংশিরি।

হন্দক মরক্তি ওপেন্না রোমেনবু মাগী ময়ুমদা পাখোন থাবা হৌরকই। রোমেনসু ওফিসারগী য়াথংনি হায়দুনা অদুম্মক লাকই। মোনিকাগা চম্না ব্বাবী শান্নে।

মোনিকানা চম্না হংলকই।

- স্কুল থাদোক্লবনিনা সাইকোগী খুদমদু ফরম্লনিনা?

- কদাইদগী, থম্মোইদা চুখ্রবনিনা অদুম লৈরি।

ঙসিদি পরিক্ষা হায়দোক্লে। রোমেন্দু ফেল ওইরে। অদু ওইরবসু মহাক

পাস তৌরে অদুনা লাইরিক মখা তমখিনি হায়দুনা ওফিস্তা পাও পীখ্রে। ওপেন্নসু পাও অদু মচলদা তন্বদগী মোনিকাসু খঙলে। অদুবু মোনিকাদি রোমেনবু উবা ফংলরোইদ্রা খনবদা নুংনাংজৈ।

মোনিকা জে এন হোস্পিটালদা কন্ট্রেক্ট নর্স ওইরে। হরাওরবী মোনিকাবু নহা ওইরিবা ডাক্টর দিজেন্না হোস্পিটালদা তরাম্না তৌরিবা অদুমক্না হেন্না মকা লাম্না নুংঙাইহনখ্রে। দিজেন্না মোনিকাবু তত্তনা উন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নবদা নত্তনা রেষ্টোরেন্ট চঙদুনা অচা অথক ফাওবা চামিন্নরক্লে। ডাক্টর অমনা নর্স অমদা নুংশি নুংওন মরী হায়রপ লৈনরকপদগী নকশিল্লকপা অদুনা মোনিকাগী ৱাখলদা খুদোংচাবা অমনি খন্দুনা রোমেনবু কাউথোকপা ঙমখ্রে।

ওপেনগী এন জি ও অদু কায়খিবদগী সরকারগী থবক অমা তৌননবা হোৎনবদগী উচিন নাচিন্না থবক অমা ফংদুনা তৌখ্রে। অমরোমদা রোমেন্দু পরিক্ষা ফেল ওইরকপা অদুদা ইকাইবদগী গুৱাহাটিদা লৈবা মখোয়গী মাম্মগীদা লৈখি। মাম্মদু পৈশা পায়বা কারবারৱালা ওইবনা রোমেন্না থবক ইনখাং পুক্লিং চঙনা খিংখিং লাউনা তেংবাংবীবদুনা পেল্লদুনা গুৱাহাটিদা অদুম লৈরো হায়না থম্লক্লি।

রোমেন্দু ঙসি ফাওবদা মোনিকাগী শুমহৎলবা শক্তম অদুগুম্না নীংথিজবী অমত্তা থেংনদ্রি। মণিপুরগী নিংঙোল চাক্কৌবা দিপানিতার্নাচিংবা, যাওনীংবনা খাঙম্লক্তদুনা মাগী মাম্মদা মতম খরা চৎলুখিগে অমুক লাক্কে হায়বদগী যান্নদুনা লুপা লিশিং তরামুক লৌরগা ইম্ফালদা থুংলরে। মোনিকাগী খুদোলপোৎ খবসু গুৱাহাটিদগী লৈদুনা পুরকই। মমান্নবী অমগী মারুটি কার অমদা নুমিদাংৱাই মোনিকাগী য়ুমদা লাকই। অদুবু মোনিকাসু মবুং ওপেনসু লৈবমদ্রে। ওপেনগী মমা অদুদা ৱারী তৌনবদগী মবুং অমসুং মচল অনীমক সরকাবগী থবক তৌখ্রে হায়বা তারে।

মথংগী নুমিত্তা খুদোংপোৎশিং অদু বেগ অমদা হাপচিল্লগা রোমেন্দু জে এন হোস্পিটালদা লাক্লে। ইখৌ লাংলম্বা মমিৎ অদুনা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলকপদা ডাক্টর নহা অমগা মোনিকাগা মখুৎও মশাও নোকমিন্নদুনা থোরক্লগা রেষ্টোরেন্ট অমদা চঙমিন্নখিবদু উবা ফংখি। মতুংদা মখোয় অনী নোকমিন্নবদুনা থোক্লকখি। মশক অদুতংদি উহল্লগে মতৌদা মমাঙ অদুদা চৎখি। মোনিকানা মাবু উখি, অদুবু উদবা শাখ্রে। রোমেন্দু ৱাখল অমগা লোয়ননা মখোয় অনিগী তুং ইন্নরকই। ডাক্টর অদুনা হয়েংদি নোংমাইজিংনি হোটেল অমদা অহাওবা চাক চরা অমতং চামিন্নসি হায়খি। মতৌদুদা বোমেনগী মমাঙদা তাখ্রসনু খঙখ্রসনু মতাগুম 'হুৱাই নোট'

হায়রগা অনিদু নোকমিন্নখি।

ঙসিদি হোটেলদা মোনিকাগা ডাক্টর দিজেনগা হাউরবা চাক অমা চামিন্নরে। মতুংদা দিজেন্না মোনিকাবু মনুংগী কাদা চংলুসি হায়দুনা তকখৎলকই। মোনিকানা 'মদুদি মৈতৈগী চৎনবী লুহোংবগী অহিং অদুখক্তদা ওইহন্সী' হায়জখি। অদুবু করাম চাওবা দিজেন্না নমদুনা পুশিন্নবা হোৎনরকপদগী মোনিকাদু তাঞ্জা য়েংলগা মপান্দা চেম্ব্রোরকখি। ময়ুম য়ৌবগা নিংঙমদনা ফমুংদা কপচরবসু থৌদোক অদুদি কনাদসু তমখিদ্রে। হোস্পিটালদা দ্যুটি তৌবা মতমদা দিজেনবু উরবদি লাপথোকচৈ, অদুম্নমক ডাক্টর দিজেন্না মহাকপু তাঞ্জা অমা ঙাইবগী মতৌদি ওইরক্লি। ঙসিদি ইঙাও ঙাওজবা চল্লবা রোমেনগী নুংশি ঈচেল অদুদগী নাথৈরবসু মাগী ইঙাও ঙাওবা শক্তম অদু উনীংলক্লে। পুম্নমক অসি ওইদুনসু মানা চৎখিবা শাজৎ অদুগী খল্লুবদা রোমেনবু উন্নবা ঙমগনি হায়বদি থাজরক্তে।

অসুম্না থা ৫ / ৬ হৌখিবা খঙহৌদে। নোংমদি মোনিকা রোমেনবু উনীংবনা হেনমনখিদুনা ইকাই ইকি পুম্নমক থাদোক্লগা মবুংগী অলতো কার অদুদা মমান্নবী শুশিলাগা লোয়ননা রোমেনগী য়ুম থিরুনবা লাক্লে। সুম হং হংদুনা লাকপনা রোমেনগী য়ুমদা থৌজিল্লক্লে, মাঙ্গোলদা লৈরম্বী মৌ নহাদুদা মোনিকানা হংই।

- য়ুমসিবু রোমেনগী ওইরব্রা?

- মান্নি।

- মহাক মশাবু?

- লাক্লগনি, সোফা সোমদা লেঙখৎপীরকউ।

মোনিকানা মৌ নহাদুগী মতৌদু মুন্না য়েংলগা তপ্লপ হংখি

- রোমেনগা করি থোক্লবিবগে?

- মাগী লোয়নবীনি।

মোনিকাদু শ্বায় হেক লাউই। কুইনা ফম্বা ঙমলক্রে। সোফাদুনা চৎলো হায়না তাল্লকপগুম খল্লক্লে। ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা-

-লাকত্রেনহে, থেঙখিবা তারে শুশিলা চৎলসি। ফরে ইনাও চৎলগে, চুম্না উন্নদবা কুইরে হায়দুনা চঙলকপনি। নোংমা উন্নরবা হায়দুনি। মসি হায়রগা কংনোক অমা নোক্লদুনা শুশিলাগা থোকমিন্নখি। অদুবু খঙহৌদংনা ইহৌরকপা পিগী ইরা অদুবুদি ব্রানা খাঙজখি।

## নুপীনা মশাগী ইজৎ

শুরেশ অমসুং রবি মালোম বজাবদা ঙাওজবা মরুপ অনিনি। শুরেশনা রিমস্তা এম বি বি এস তম্বনি, অদুগা রবিনা এল এম এস লো কোলেজদা বি এ এল এল বি তম্বনি। মখোয় অনি মোবাইল ফোন্দা পাও ফাওনদুনা ইম্ফালদা ওইরবসু মালোমদা ওইরবসু অদুম তৎতনা পাও ফাওনবতা নত্তনা উন্নবসু য়াওই। মালোমগী মখা লৈকাদগী জি পি উইমেন্স কোলেজদা বি এ ফাইনেল তম্বী অমা ইম্ফালদা লৈবা কোলেজদা তম্বনা বস্তা হেক হেক চৎলি। নুপীজা অদু ইম্ফালদা তম্বনিনা রবিসু ইম্ফালদা বস্তা চৎলগা তম্বনা অনিদু তোইনা থেংনৈ। রবিগা খঙনরক্লবী রিনা রবিগা তোরোৎ খোদানরকই। মবম অদুদগী ৱারী ঙাক্তা শান্নৈ। রিনাগা রবিগা মফম কয়ার্দা কোইমিন্নরে, সেনেমা ফাওবা হোলদা য়েংমিন্নরে অদুম্নমক রবি অমদি রিনাগী নুংশিবদি মপাম্থোংদা ওইনা ফোংদোক্লদ্রবসু থম্মোই থম্মোইদা খঙনবনি। শুরেশসু রিনাগা ৱারী শান্ননিংদুনা মরক মরক্তা উন্নৈ। মখোয় অহুম পুন্না উন্নবা কয়ানি, অদুম চৎমিন্নৈ ৱারী শান্নৈ চা থকমিন্নৈ মখোয় অহুমদি ত্রিবেনী শঙ্গমগুম পুল্লি অদুবু ৱাখলগী মরোলদি অর্থ লৈনৈ। নোংমা দিপনিতা নুমিত্তা মালোমদা শুরেশ অমসুং রবি মৈগী কুম্ভে য়েংবা থোবকই। তাঞ্জাদুদা বজারদা রিনাগা কোক থেংনরুরে মখোয় অহুম হোটেলদা চা খুরমানচিংবা চাদুনা নোক্নুনা মতম লেনথোকই। মতুংদা লৈকাইদা রিনাবু থিন্ননবা ৱারী শান শাননা কুমথরকই। রিনা খোইগী থোঙ্গালদা রবিগা বিনাগা লুলুক্লনা ৱারী শান্নৈ। ববিনা থোরক্লবদা শুরেসনা তন্না চংশিন্দুনা রিনাগা ৱারি অমুক চিবোন চিবোন তৌনৈ রবিদু ঙাইদুনা মচি অমদা লৈ, ৱারী লোয়নরবদা বাই তৌনদুনা রিনানা ময়ুমলোমদা চংখ্রবা মতুংদা মখোয় অনিদু নোক্লা খেনা বজাররোমদা অমুক থোরকই। হয়েং হংচিত্তি নিঙোল চাকৌবনিনা হংচিং ফাওবা কোলেজ চৎলরোই হায়দুনা অনিদু হিদাক খরা খরা পাইনখি। শুরেশ অমদি রিনানা খঙই মদুদি রবিদি থকপা হৌখ্রবদি পুম্বমখৈ থকই শিবা নাবা কিদে। হিরম অসিগী মতাংদা রিনানা রবিদা হিদাক

থক্তনবা ফনা কন্না থিংখ্রবনি অদুবু ফনা কুইনা থক্লুদ্রগা থক্লকপদদি খুথকথি, শাথি অদুবু মরুপ অনিদুদি নুংশিনবা ওইখিবনা খুথিবা য়াওরবসু মহৌশানি খন্না অদুমক লোয়নৈ। অমরোমদা রিনা হায়রিবী শকহেনবী লৈশাবী অসিসু মমিৎ ঙাওবা মমিৎ য়াম্বী নুপীনি মরম অদুনা মহাক মী লাই কিদবগুম্না নুপা নহাগা অদুমক গা গা তৌজবীনি।

ঙসিদি মাগী মাগী কোলেজ চৎননবা শেম শারে, পার্কিংদা অহুমদু অদুম থেংনদুনা বস তোংমিন্নরে ইম্ফাল য়ৌরবা মতমদা মাগী মাগী কোলেজগীদমক চৎনখ্রে। শুরেশতী কোলেজ হোস্টেলদা লৈরগা দাক্টর তম্বনিনা মালোমদা পাক লাক্লরোই রবিসু লোগী ফাইনেল একজাম থাগদৌরিবা ফরবা ছাত্রনি মহাক লায়রবা ইমুংগী মচানি। অদুমমক মমা মপানা মহাকপু লো পাস তৌননবা কন্না হোৎনরি। ঙসিদি কোলেজগী ক্লাস লোয়রদুনা ময়ুমদা হল্লকপা লম্বীদা রিনানা পাখং অমগা ৱারী শান্নদুনা চৎমিন্নবদু উকই। মহাক অদুমক রিনাগা নুংশিনৈ হায়নরিবা চজিংদগী নুপা অমনি মহাক্লা নুপা অদুতা নত্তনা অতোপ্পা নুপা খরগসু নুংশিনবগুম তৌই হায়বসে মনানা তাখ্রবনি। ঙসিদি মহাক্লা রিনাবু থাজবা ঙল্লকত্রে মরম অসিদগী মহানা রিনাবু থিদুনা রিনাদা নঙগা নুংশিনরিবা নুপা অসিবু কনানো হায়দুনা তখৎলক্লে। বিনানদি নঙ নত্তনা ঐগী কনাগুম্বা নুংশিনবা লৈতে হায়না হায়জবগা লোয়ননা মহাক্লা মরক মরক্তা য়ু ঙাওরিবদু থক্লীবদু তোক্লনবা হায়জখি। ববিন। হায়খি মৈচাক ফংদ্রিবমখৈ য়ু থক্তবা ঙমই অদুবু য়ুমগী ইমুং মনুংগী মৈচাক্লী খঙদে নঙগী নুংশিবগী মৈচাক্লী খঙদে মৈচাক অমবু খাঙমদ্রবদি মহাক য় শাথিনা ঙাওরে মরম অদুনা মৈচাক ফংননবা প্রোব্লেম য়ারিবমখৈ থেংনহনবীগনু হায়না ঐনা ঐগী ইমা বাবাদসু কন্না হায়জরিবনি। ঐনা তাবদা নহাক ললানবুংদগী নুপা অমগা নুংশিনরে হায়রে অমুকসু চজিংদগী নুপা অমগসু নুংশিনরে হায়রে অদুনা শুরেশনা কমদৌবা শুরেশকা নঙগনা ঐঙোন্দা খঙহন্দনা ঙাঙনা শান্নবতা নত্তনা পাও তুমিন্না ফাওনরি। ঐবু করিদা থমগে হায়রিবনো ঐ অসিবু নঙগী বোই ফ্রেন্দ কয়া শুবনো? অসুম্না রবিনা কন্না তখৎলক্লবা অদুদা রিনানা শাওরংননা নঙ নত্তবা ঐগী কনাসু লৈতে মদুমক খংহন্নবা হয়েংমক বজাবদা চৎতুনা নঙনা চিংনরিবা মীওই খুদিংমক্তু ৱাফংনগনি হায়না হায়রক্লে রবিনসু ৱাফংনগনি হায়না য়ানরে।

মথং অয়ুক্তা ঙল্লপ বজারদা চৎমিন্নরে রিনানা অহানবদা ললাম্বুংগী হেরো অদু উন্নহল্লে অমসুং মচিন মৌপ্পাগুম লোয়নবনি খঙহল্লে। মতুংদা চজিংগী ফেলোদুসু উন্নহল্লে, চুম্না লোয়নবনি অদুগুম্বা ৱাখল লৈজদে হায়রক্লে রিনানা

মফম খঙদনা পংচিংদা চিংনৈ সাইকো লৈরব্রা হায়না রবিদা নোকশনবি অদুম্নমক রবিগী থম্মোইদা চিংনবদি হন্থহনবা ঙমদ্রে। ঙসিদি নঙ অৱাং বি ও সিদা পুনি হায়দুনা পুরে রিনানসু অদুম য়াদুনা লাকমিন্নরক্লে। অদুবু হোটেল অখন্নবা অমদা রবিনা চংসি হায়বদদি বিনানা যাখিদ্রে। রবিদু শাওরংননা উপাই লৈতনা নঙনা থোকপা তৌরে হায়রম্লগা রিনাবু হুন্দোক্লম্লগা চৎখ্রে।

ঙসিদি অয়ুক্তো মমান্নবা অমা লাক্লুনা ববিদা তম্লরে রিনা নম্বোল নুপা অমদা চেনখ্রে ববি জ্ঞান মাঙবগুম তৌখি। অদুবু মবুক্লিং অদু ফাথরগা খল্লকই নম্বোলদগী নুপা অদু মতম অয়াম্বদা কোলেজ চৎপগী বস তোংবগী নম্বোলদগী সিট হেক হেক কন্দুনা মালোমদগী রিনাবু ফমহল ফমহল্লগা কোলেজদা চৎহনবা অদু শোয়দনা ওইবম্লনি। মহাক্কী মমিৎ খুৎয়াম অদুগদি ৱানিঙাই লৈত্রে মরমচৎকী হন্থবা থাক্কী নুপা অমদা লৈবানি অদুবু হৌখ্রবা নুংশি দ্রশ্য কয়াদুবুদি করম্না কাওগনি কাওননবা য়ু থকচল্লগনি হায়দুনা বাবদু য়ু থকপা হৌখবে।

মমা মপানা য়াদবদগী বিনাদু নুপা ময়ুমদা লুহোংখ্রে। মতম খরা লৈরগা মনে অমা বিনাগী য়ুমদা লাকই মহাক্কী মচিন্দগী রিনানা তারে ববি য়ুদা থক্লুনা লৈরে, নোঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ঙাওদুনা লৈবে। কোলেজসু চৎত্রে মহাক লো তম্লুব্র হায়ববু লোদা লোংবা হায়বদু ওইরে। মপাদুনসু লুনা চান্না তৌজবনি মহাক্না তৌবমখৈ য়াদুনা লৈরে মাংলে পুন্নমক মাঙনা হায়বদু ওইরে করিদগীনো খঙজবা পোৎ নত্তে হায়দুনা লাংলম্লগা চাক চাবগা নুংথিল নুমিদাংৱাই হনখি রিনাদু করিমতা হায়জবা ঙমজদে। নুমিদাং হিপ্পবকপদা বিনানা মহাক্না তৌবিবসি করিনো? ঐনা তশেংনমক ববিবু মাঙহল্লগে তৌবিব্র হায়না তৎতনা মথন্তা ৱাহং কয়া হংজরকপগা লোয়ননা মমাঙগী হৌখ্রবা ববি অমসুং মহাক্কী চম্লবা নুংশি দ্রশ্য কযাদু নিংশিং নিংশিং ফুম্বংননা তুম্না য়াখিদ্রে।

মথং নোঙানবদা মপুবোইবা অমসুং মকুবোক্না থবক চৎনখ্রবদা মমা ইবেম্মা অদুদা অরুবা থবক অমগীদমক মালোমদা য়ৌরুখিগে য়াম্না থুনা লাকচগে হায়রক্লে। মমাদুনা মকুবোক অমসুং মচা লাকত্রি ফাওবদি চৎহন্নীংদে হায়রকই-মদুমক মপা মমানা ইম্ফোক্লবী অমা ওইবগী মথক্তা লুহোংবা কুইদ্রিবী অমা ওইবগী হায়রকপনি অদুবু বিনানা নমদুনা থেমদুনা ময়ুম অদুদগী মালোম তম্লকই। মহাক্না মালোমদা রবিবু হং হংদুনা থিরকই মমৈদা মমান্নবী অমা পান দুকান ফম্লীবদুগী মনাক্তা ফমদুনা ৱারী তৌদুনা মতম লেনবা ওইনা রবিবু ঙাইজরকই। নুমিৎসু ফনা থেংজল্লক্লে রবিগী মরি মখোংসু খঙদ্রে উসু উদে, ঐসে মীৱা তাবা য়াই

হায়রম্লগা রিনাদু মমান্নবীগী দুকান অদুদগী পার্কিং তম্লক্লে। বস্তা পুক্লিংদু তয়াং তশোয়না পোখাফম খণ্ডদনা কাখৎলে বসতু থৌরক্লে, অদুবু লম্বীগী চিদাই অমদা রবিদু লেপ্তুনা লৈহৌবদু বিনানা উখি। থম্মোইদগী মীৎলু পিরাং ইহৌননা ময়ুম মাইকৈ য়ৌশল্লক্লে। ময়ুমদা মকুবোক অদুনা চৈবিরে, মরা অদুমদি করিসু হায়দ্রে মতুংদা মফি মরোল হোংদোক্লগা চাকশংদা চংখ্রে।

শোমদনা পান দুকান ফম্বী শানৌবীনা রবিদা রিনানা য়াম্না কুইনা ঙাইরম্মী মরাকত্রবা অদুদা চিঠি অমা ইরগা থম্লমই হায়দুনা পীরে। রবিনা চিঠি অদু মচি অমদা মমান্নবা অমগা পারুবে। চিঠিদুনা হায়বনা ঐহাক্কী লাইবক্তা শোইখিবনি নহাক য়ু থক্লগনু নহাক্লা য়ু ঙাওরগা লৈবা তারগা ঐ পূক্লিং য়াম্না ৱাই অমসুং নুংশি নহাক্কী সেবাদি ফিভম্না হন্দক্কী মপোক অসিমদি লমনশিংবা ঙমজদ্রে হয়েং অমুক্কী মপোক হায়বদু লৈরবদি ননাইনুপীনা তামোগী লমন শিংজরগে। চিঠি অদুগী ৱারোলদা পিরাং শিন্নদেতা খাল্লগা ববিনা ঙসিদি পেন্না থক্লগে হয়েংদগীদি থকপা তোক্লগে হায়দুনা য়ুদু গ্লাস অমা থাঙ্গংলক্লবা মতম অদুদা খণ্ডহৌদনা রবিগী মীম্লাদো রিনাগী নিংথিজরবী মাইথোংনা নিংবা কাইনা লাওরক্লীবা নঙবু য়ুদু থক্লগনু হায়বদু য়ুদগী গ্লাস মনুং অদুদগী উরক্লে। গ্লাস্তগী য়ু অদু খণ্ডহৌদনা নাকলদা হৈদোক্লম্লগা য়ুমদা পন্থদনা চংলগা লাইবিক পাবা হৌখবে। কোলেজ চাং নাইনা কাখ্রে। মবুক্লীং চংনা পরিক্ষা থাখ্রে।

শোমদনা মচা পোক্তবী খুংলবী লৈশাবী অমা লৌশল্লদনা হায়দনা মামাদগী চৈবনে লাওবনে খোংবনে য়ু থকচল্লগা মকুবোক অদুনা লাংবা নিনবা হেনগৎলক্লে। বিনাসু কারি তৌগদবনো হায়লদ জ্ঞান তাবা ঙমদ্রে। নোংমা মনেমবোক্লা মচা নুপীগীদা চৎখ্রবা মতম মরা মপুরোইবা অদুনা থবক শুবা চৎখ্রিঙে মতমদা রিনাবু য়ু ঙাওবা মকুবোক অদুনা কনানস্যু খণ্ডলবোই মতাগুম মানা হায়বা ইন্দ্রবদি থাঙনা থিন্দুনা হাৎলগনি মতাগুম বিনাগা মিনিত ১০ অমুক লাক্লা ফাল্লদনা তৌরবা মতুংদা মশাগী ইজৎ কন্নবগীদমক্তা বিনানা অহল অদুদা শুবিনা মবক্তা থিনখ্রে। অহনদু জ্ঞান ঙাওবনে ইখেংলক্তা জ্ঞান মাংদুনা তাখ্রে। রিনা ফিভম অদুদা পাখৎমনখ্রদুনা মশাগী ফিশিং পুবা য়াবদু পুরদুনা নম্বোল পুলিস ষ্টেসনদা পিবাং চোল্লবা মাইথোং অদু পুরদুনা থুংলরে। ও সি সাহেপ অদুদা ৱাবা পুম্নমক অদু শেংনা লিজরগা মহাক্কী বোদি অমদি ফিরোলশিং অদু মেদিকেল চেক অপ মাংজৌননা তৌহৌবিনবা মবানদু য়াজবে। ও সি অদুনা তৌফম থোকপদু তৌননবা অপোকপা মপাবুংসু কৌদুনা থৌরাং পুম্নমক অদু শিনখ্রে। রিপোর্ট পুম্নমক্কা

লোয়ননা কেস অদু কোর্ট্রা হৌখ্রে। রবিগা শুরেশকসু কোট্রা তিল্লরে কেস অদুগী উকিল রবিনা ওইখ্রে। কেস অদু কন্না ঙাঙনরকপদা ইজৎকীদমক্তা (নুপী ওইবীগী) ওইরবসু মী অমা হাৎলুরবনিনা হায়বসিদা কেস অদু লোইশনবা ঙমদনা লৈখ্রে জেলদা রবি অমসুং শুরেশনা রিনাগা উন্নখ্রে। অনিমক্তু রিনাগী ব্রারী অদুদা য়াম্ন পেনখিদে অদুবু মহাকপু শরং অদুদগী করম্না শৎকদগে হায়বদুদি রবি অমদি শুরেশনা ময়ুমদা হল্লগা খন্নরক্লে।

রিনা নুপী ওইবীগী মশাগী ইজৎ কন্ননবা ওইরবসু রিনানা মকুবোক অদুবু হাৎলুরবনিনা আইন্না মহাকপু কনবা ঙম্নবা শক্তি লৈতে।

শুরেশ ডাক্তরগী টেস্তা রিনাবু নমদুনা রেপ তৌগে তৌরে হায়বগী রিপোর্ট ফংলে অদু ওইবা তারবদি মকুবোক অদুনা মহাক্কী পুন্সি অদুবু মাঙহনগদৌবগী তৌবনি Right to private defence তা মকুবোক্তু হাৎপনি মসিগী কেস অসি মখোয়না ঙমবা তারবসু সুপ্রিম কোর্ট্রা পুখৎতুনা আপিল তৌবদা কান্নবা রিনাগীদা নত্তনা নুপী মীয়ামগী ফংগনি।

রবি মদুদা চুমগদবা অমদি লৈরে সুপ্রিম কোর্টনা দিসিজন অসি ফজনা খন্নরবা মতুংদা পলিয়ামেন্টতা পুখৎতুনা নুপীগী মশাগী ইজৎ তঙাইফদনা কনবা তারবদা ইজৎ মাংহনগে তৌরকপা মী অদুবু হাৎপদা দন্দি ফংহল্লোইদবনি মরমদি মহাক্কী পুন্সিবু মাংহনগে তৌবদুবু ঙাক্নবা মহাক্না মী অদু হাৎলুবনি অসুম্না আইন অসি ভারত সরকারনা শেমখ্রবদি নুপী খুদিংমক্না নুপীবু নমদুনা ইজৎ মাংহন্নবা হোৎনরকপদা করিগুম্বদা নুপীদুনা খুজিল খুনাম্থোক্তগী হাৎখ্রবদি নুপাদুগী পুন্সি লোইগদবতনি।

অদুম্না অনি অদুনা কুপ্না খন্ন নৈনরবদা কেস অদু সুপ্রিম কোর্ট্রা পুখৎতুনা আইন অমা শেমহন্নবা পান্দম থমখ্রে।

# গ্লোবেলাইজেসন্দা

গুজরাৎকী সেন্ট সেবিওর কোলেজদা শুনিলনা তম্নক্লীবসি থা অহুমলোম শুরবনি। অদুবু মহাক্লা কোলেজ অদুদা মপুক্লিং চংনা বি এস সি ফাষ্ট ইয়ার অদু তমজরকপা অদুদা মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা কোলেজ অদুদা তৎতনা থেংনরি। গুজরাৎকী ছাত্রাসু নত্তবা পঞ্জাবী ছাত্রা মরক্তা তিকি তিকি মখ্বাংদা হোৎপদুদা মহাক্লা তৌগনু হায়দুনা কযারক হায়জবনি অদুবু পাঞ্জাবী মচা অদুনা য়াবা মরৈখিদে। নোংমা কেমেস্ট্রিগী লেবোরেটোরিদা পাঞ্জাবী মচা অদুনা সুনিলনা প্রক্তিস তৌরিঙৈদা তিকি তিকি খোৎপা হৌরকখি। সুনিলনা মহাক্লা পাঙথোক্লীবা ক্লাস অদু য়াম্না লুবা ক্লাসনী মবম অদুনা অদুম্না তৌবিরক্কনু হায়না হন্না হন্না হায়জৈ। অদুবু পাঞ্জাবী অদুনা হনবা লৈতনা তিকি তিকি অমুক নোক খেনা হোৎলকপদগী সুনিলগী অশাওবা অদু ফাথবা ঙস্বগী পাঙ্গলদি মৱাখি। মমৈদা গুজরাতি অমদি ইউ পি মহারাস্ত্রনচিংবগী ছাত্রা কয়াদুসু খরনা ৱা ৱা অনিদুগী মতৌ অদুদা নোকখি। মমৈদা সুনিলদু কা অদুদা লৈ লৈদুনা চেনখি। অদুম্নমক পাঞ্জাবী অদুনা কা অদুদা সুনিলবু হে পহারী হায়দুনা কোইতান তান্নখি। মমৈদা তুশিন্নবদগী লেবোরেটোরিগী গ্লাস অমদি ত্যুবচিংবা পোৎচৈ কয়া কাইহনখি। ওঝা চংলক্লবা মতম অদুদদি কনানা থুইগাইরিবনো হায়রক্লবদা পাঞ্জাবী মচা অদুনা সুনিলনা থুগাইরিবনি হায়খি। ওঝানা সুনিলবু থিনা চৈথখি সুনিলদু মহাক্লা নৎচদে হায়দুনা হায়জরগা মমাই ঙাঙশঙ ঙাংনা লুলুক্লা লেপ্তুনা লৈখি। ওঝা অদুনা অতোপ্পা ছাত্রানা ওইরম্লবদি ফাইন ফাওবা তৌগদবনি অদুবু সুনিলদি য়াম্না লাপ্পা মফমদগী লাকপা মরম্না অহানবগী ওইনা ঙাকপিরবনি তাকপিখি। মতৌদুদা সুনিলদু খজিক্তংদি মপুক্লিং নুংঙাইবগুম তৌখি, অদুম্নমক পাঞ্জাবী অদুনা মহাকপু কোলেজ অদুদগী তাম্থোক্লবা শিনবগুম তৌরে হায়বসে সুনিলনা খঞ্জখি।

শোমদনা মহাক্লা ভরা লৌদুনা লৈরিবা বিল্ডিংগী য়ুম অদুদা ছাত্রা ২০ লরি। মৈতৈ মচাসু ৯ লোম য়াওরি। য়াম্না মোৎ মান্ননা ইংনা মখোইশিং

অদু লৈমিন্নজে। মরম অদুনা সুনিলনা মহাক্কী স্তদিদা থোইদোক্লা অশা অমা থমজখিবনি। মরক অসিদা য়ুম্বু অদুগী মচানুপী লৈশাবী মশা য়াম্না চাওবী মমাইদা উরিং হায়রপ কারবী অদুনা মঙোন্দা মীতা অমা তৌরকপদু কুইরবনি। মহাক মমা মপাবু ঙন্বী য়ুম অদুগী সুপ্রিম পাইবী হায়বদু ওইরমই। মহাক্লা ইনশন্দুনা য়ুম্বু অদুনা সুনিলবু চা থকসি হায়দুনা মখোয়গী কাদা কৌরকখি। লৈশাবী সরমিলিগা মপা সুন্দর মমা ইবেম্মা হেমা লোয়ননা সুনিলগা সোফা কাদা ফম্মিন্নদুনা চা থকমিন্নখি। সরমিলিনা সুনিলবু মমা অমসুং মপাগী মমাঙদা য়াম্না থাগৎলক্লমই। সুনিলদি মণিপুর মচা ওইরবসু য়াম্না ইং তপ্পী রা লাং পঙনা ঙাঙগন্দে। লাইরিক লাইশু তৌদুনা মশাগী তুংগী ফিরেপ শেম্নবা কন্না হোৎনজে মতৌ অদুদা মপা সুন্দরনা লাপ্লবা লমদমদগী মহৈ মশিং তম্বা লাক্লগা অরেম্বদা পুন্সি মাঙহনগদবগী শরুক্তো মী অমা ওইনবা হোৎনবা হায়বসে মথৌমক্কী মথৌবু ঈশ্বরগী থৌদানি খনবা মীওইতনা ঈশ্বর ফংগদবনি। অসুম্না নুমিৎ অদ কাউনখি। মতুং খবা লৈরগদি সরমিলিনা সুনিলবু মরক মবক্তা কৌদুনা রাবা শাবা হৌরকখি। করিগুম্বদা সরমিলিনা সুনিলবু কৌশিন্দুনা মখোয়গী শোফাগী কাদা অচা অথক ফাওবা চামিন্নবকই।

শোমদনা কোলেজদা ঙসিসু পাঞ্জাবী জগৎ সিংনা সুনিলদা 'পহাবী পহাবী সিংহাজ সিংহজি' হায়দুনা লক্লবতা নত্তনা জংগলী ফাওবা হায়দুনা লক্লবা য়াওবকখি।

মীরমান খন্দুনা থম্মোই ফাথদুনা লাক্লী। ক্লাস্তা মহাকপু জগৎ সিংনা তথি তাওইনা তৌরিবদু ক্লাস অদুদা তিল্লিবা ছাত্র ছাত্রি কয়ানা খঙদবা নত্তে। অদুম্নমক পাঞ্জাবী মচা অদুগী রাহৈ রাতা অমদি শক্তিদা পুম্নমক্লা হঙ্গৈইনরমই। কোলেজ অদুদা তল্লীবা ছাত্রা কয়ানসু পাঞ্জাবী ৩/৪ খক কোলেজ অদুদা লাওবগী মনুংদা মহাক্লা তৌরিবা হায়বদি সুনিলদা মহাক্লা পিরিবা হাবাসমেন অদু খঙনবা ঙাক্লী। সুনিলবু নুংশিবিবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে, অমরোমদা সুনিলনা মমা লৈবাক মণিপুরদা মৈতে মচাশিংনা মীয়ান-মচাশিংদা কা হেন্না তাথি তাওইনা তৌবসে থেংনদে অদুগা মফম মীরম অসিদা পাঞ্জাবী মচা অদুনা তৌরিবা অসিদি অমনা অমবু হন্থনা খনবা নত্রগা জাৎ তোনবা তোন্দবগী মতৌ নত্রগা জাৎ কুচুগী খেৎনবগী দিসক্রীমিনেসনগী মতৌবা হায়বসু খন্দবা ঙমদে। মসিমক অমরোমদা নোংমা মহাক্লা মহাবাস্ত্রাগী জগা অমদা কোইরুবদা খুঙ্গংগী লমহেনবা মীওই খরনা মহাক্লা লমাংনদুনা অশেংবা লন্বী অদু থিরকপদা মহারাষ্ট্রগী মীওইশিং অদুনা

মখোয়গী মরোলদা মখোই ৪ / ৫ না ওমশিন্দুনা ব্রা ব্রা ঙাঙশিল্লক্কুনা পংনোক্তো নোকশিল্লক্কুনা সুনিলদু মমিৎতগী মপি ফাওবা তাগে তৌরবদা মশা নানবা নুপা অমা লাক্কুনা মহারাষ্ট্রগী অতৈ মীওইশিং অদুদা লাওখোংদুনা তাম্থোক্কুনা অচুম্বা লম্বী অদুগীদমক্তা লমজিংবিদুনা বস্তা হাপকৎপিরগা থাদোকপিরকপদু নিংশিংলকখি। মতম অদুতদা খঙলকই ইমা লৈবাক হায়বসিনা পুম্নমক্তগী মহেল্লী অদুবু মতম অসিদা গ্লোবেলাইজেসন হায়না তৌরক্লীবা অসিবু মীশি মীনা কয়া থোরক্লোইদ্রা?

মণিপুর মচা দিল্লিদা কয়া হাৎলি। মণিপুরদা নন-মণিপুরী কয়া হাৎখ্রে অসামদা বিহারী কয়া হাৎখ্রে। অষ্ট্রেলিয়াদা ভারত মচা কয়া হাৎখ্রে। মসিদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম কযাদা ফোবেন্নর কয়া হাৎনরি। অমেরিকা ফাওবদা ফোরেন্নর কয়া হাৎলি। রুস্তস্ ফোবেনব কয়া হাৎলি জর্মন্দা খঙদে চিনাদা খঙদে অমদা খঙদে অবাপ্পা লমদগী লাকপা লম্লানবশিংবু উশিংতবা হায়বসিদি শোযদ্রবনি অমসুং মখোয়শিংবু হাৎপা হায়বা তোসনমক নত্রবসু মবক মরক্তোদ খবদি অদুমক থোক্লী অমসুং থোক্লকখিগদবা মতৌস্ লৌরিবগুৰ্ম্মী।

ভসিসু কেমেস্ত্রিগী প্রাক্টিকেল ক্লাস্ত জগৎসিংহনা স্যনিলদা লক্লবা তৌরকখি। সুনিলনা মাগী মথৌদা পুক্লিং চংখিবনা জগৎসিংহনা লক্লরিবদু থওইকদে। মতৌ অদুদা পঞ্জাবী অদুনা অহোযননা সুনিলগী মনাক্তা চংলক্কুনা সুনিলগী মখ্নাংদা তিকি তিকি অসুম হোৎপা তৌরকখি। সুনিলনা তৌবক্কনু হায়না হন্না হন্না হায়জৈ অদুবু হনবা লৈতনা জগৎসিংহনা তৎতনা তিকি তোৎলকপা অদদা সুনিলদু শাওনিংবগী মতৌদু খাঙবা ঙমখিদে। ফনা হন্দুনা খাঙলবসু মখেঞ্জল্লক্লবা অদদাদি শিবগা শিরে হায়দুনা পঞ্জাবী অদুবু খৎতুন্না থিন্দৎখ্রে। আন অদুসু তৌজিক্লী খুৎ থোক্লদুনা ফুনরকপদা তুনবকপা চেন্না চোংনরকপা কাওনরকপনা কা অদদা লৌবিবা খুলাই কয়া কাইদুনা মাঙ তাকখ্রে। ছাত্রা ময়াম অমনা খাম্বা লাক্লরকপা অমাদ হুপচিন্নরকপা অদুদা কেমেস্ত্রিগী ওঝা অদ চেংশল্লক্লে। ওঝা অদুনা স্যনিলদা খুপাক্লা থাবিরে। অদুগা কোলেজ অদুদগী তাঙ্গোক্লবা প্রিন্সিপালদা রিপোর্ট পিগনি হায়খ্রে। সুনিলনা পিরাংগা লোয়ননা নুংশুক নুংজান্না লেপলিঙৈ মতমদদা ছাত্রাশিং অদনা ওঝাদা সুনিলদি মরাল লৈতে মহাক্তী খাঙবা যাবা খাঙভবনি অদুনু পঞ্জাবী জগৎসিংহনা তৎতনা ওৎপী নৈবিদুনা কোলেজ আসদগী ফাওবা তাংখোক্লে খন্না থৌরাং তৌবা মাল্লি হায়বা ছাত্রাশং অদুনা পুন্না থৌনা লৈনা ওঝাদুদা দাবক্লে। অদুদগীদি ওঝা অদনা মপুক্লীং নুংশনা মমিৎতগী পিবাং শিন্থনা

সুনিলনা লেপ্লীবদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবিরগা পঞ্জাবী মচা অদুদা লুপা লিশিং তরা ফাইন পিনবা অমদি মতম চুপ্পগী ওইনা কোলেজ অদুদগী চৎখিনবা প্রিন্সীপালদা রিপোর্ট পিদুনা মথৌ পাংথোকহন্নবা ফোংদোকখ্রে।

শোমদা অমুক সুনিলবু সুন্দর অমদি সরমিলিনা কৌদুনা সোফা কাদা চা থকমিন্নরি। সরমিলিগী মমা ইবেম্মসু য়াওরি। সরমিলিনা সুনিলগী কাগী ফি অদু লৌবিদনবা মমা অমসুং মপাদা হায়জখি। মমা অমসুং মপানসু য়াখি। অমুকসু সরমিলিনা মপাদা মখোয়গী দুকানশিংগী পৈশাশিং বেঙ্কতা থমজিনবা চৎপদা সুনিলবু পুবিদুনা বেঙ্কনচিংবা অমদি হিসাবনচিংবা খঙহনবিনবা হায়জখ্রে। মপানসু মদুমক য়াখ্রে মতৌদুদা সুনিলনা সরমিলিগী মতৌ অদুদা মীপাইবা হেনগৎলক্লে।

অহোয়ননা হৌজিক্তি মরক মরক্তা সরমিলিগী য়াথং মতুংইন্না সুন্দরগা সুনিলগা ড্রাইভরনা কার থৌদুনা কারদা বেঙ্কতা পৈশা থম্নবদু মরক মরক্তা চৎলক্লে। অদুম্নমক সুন্দরনা সুনিলবু বেঙ্ক মনুং অদুদা পুশন্দুনা হিসাপ অদুদি খঙহনদ্রি। লম্বীদা জগৎসিংহনা মাগী খোংলোই খরগা মরক মরক্তা ঙাইদুনা লৈরম্বা মতৌগুম তৌবদু কার তোংদুনা চৎপদতা নত্তনা কোলেজ কাবদসু উরকই। করিগুম্বা মতম্দা মখুৎনা থিন্দুনা মাগী খোংলোইশিং অদুদা মশক তাকপগুম তৌবা মানবসু য়াওরকখি। জগৎসিংহগী অসিগুম্বা খোঙথাং অসিনা অমদি মাগী খুনেক্লা করি তৌরকপা...।

অমরোমদা সরমিলিনা অচিকপদা মহাকপু কৌবকপা য়াওরকই। চুম্না অচা অথক চামিন্নবতা নত্তনা মহাকপু সোফা মচাদা ফম্লীবদুদগী অশাংবা শোফাদা পমদুনা থাংদোকই। করিগুম্বদা পুন্সিসি সুনিলদা কৎথোক্লবনি। মহাক্কী মমা মপাগী লনথুম পুম্নমক মখোয় অনিগী ওইদুনা নুংঙাইরবা পুন্সি অমা ওইরগদবনি। সুনিলদু তু চুংবা অমা পোক্লকই। শাজাও অদুগী মাইজাও অদুদা উরিংশিং কারিবা অদুগা মহাক ফাওবা পম্লগা থাংলিবা পুম্নমক্তুদা অকিবা ফাওরকই মসিবু করম্না ঐগী নুপী ওইগদৌরিবা মদু ওইথোকপা য়াবা নত্তে। ও! ইমা লৈবাক মণিপুর ইমা নঙগী নতম্বাক্তা হিংলকপদু নুংঙাইবনিদা।।

# খুঙ্গংগী ঐখোয়না নখোয়গুম্বা

পব্লীক ৱার্ক্স দিপার্তমেন্টতা দ্রাইউফ্‌স্‌মেন ওইবী থোইদোক্লা শকহেনবী লৈশাবী ঙানথোইদু গাড়িমচা তোংদুনা পূং ১০.৩০ দগী পি দব্লিউ দি ওফিসকি খোয়াথোংগী হেড ওফিস্তা নুংতিগী চাং নাইনা কারি। মোরেগী এ:ই, এস: ও পুম্ন মক্তু কমপ্যুটরগী কা অদুদা ফম্নদুনা অয়াম্বা মতমদা থবক শুই। মোরেদা পুরিবা শকহেনবা এ:ই: পাখং মৈরাবনা মতম কয়াদগী শকহেনবী কেবা নৌবদা মপা লৈতনা ফজরবী ঙানথোইদু মিতারকপা কুইরকপগা লোযনন। নুংশি লম্বীদা চৎমিন্ননবা তৎতনা হৌরকই। ওফিসার অমসু ওইবা অদুগী মথক্তা পাখংসু ওইরিবা মশক হায়রা কা হেন্না থিবসু নত্তবা মৈনা॰গা নুংশি লিচিংদা খম্থরক্তবদি নত্তে। এ:ই: নহা হায়বসি মথৌ ফজনা তৌরবা শঙ্গা লৈরবা অদু ওইরবদি চীফ ইঞ্জিনিয়ার ফাওবা কারোই হায়বা লৈতে। মতম অসিদা থাক ৱাংবদা তান্নবা হায়বসে মতমগী শকহেনবীশিংগী অশাসু ওইবনা ঙসিদি ঙানথোইদু মৈরাবনা শুমহৎখ্রসনু মতাগুম নান্না শারি ফুল নুংতিগী হোং হোংদুনা ওফিস কারকপনি।

অসোমদনা য়াইফবা হায়রিবা ইম্ফাল ৱেষ্টকি মনুং চন্না লৈবা খুঙ্গং শৈজাং হায়রিবদুদগী পাখং বি:এ: দি পাস তৌজরবসু ৱার্কচার্জ রেকোর্দ এসিষ্টেন্ট ওইনা লৈরগা ক্লার্ক ওইনা থবক পুবা বিল্ডীং দিভিজন্দা থবক তৌরিবা অদুনা মতম অয়াম্বদা তুমিন তুমিন হুরপ হুরপ ঙাম্থোইগী শুমহৎনিঙাই শক্তমদা ঙাওজদুনা ঙাম্থোইনা নুংতিগী ওফিস কারকপদু ঙাইদুনা য়েংজবনি। মহাক্লা তশেংনসু খঙই অসুক ফজবী অদুগী মথক্তা দ্রাউফ্‌স্‌মেন গ্রেট টুসু ওইরিবী নুপীজা অসিবু মহাক্লা অশা তৌরিবা অদু অরেম্বনি, মরমদি মাগুম্বা করিসু লৈত্রবা অমনা ঙাম্থোইগুম্বা অমবু ফংবদি ঙসি ঙসিগী মতম অসিদদি ওইথোক্রুবা ৱাফম্নি। ঙাম্থোই শোয়দনা হায় ওফিসার অমগা থুংনখ্রগদবনি। অদুবু ফজবা হেনমনখিবা থম্মোইনা শুমহৎখিবনা চুম্না পামজদুনা য়েংজরুবতনি। হায়বগুম্লদুনা য়াইফবগী মিৎমাং অদুদা এ:ই: ওইরিবা মৈরাবগা ঙাম্থোইগা প্রোগ্রাম কয়া তৌবদু মমিৎমক্লা শং শংনা

কয়ারক উরিবনি। অমরোমদনা ঙাম্থোইনসু মপা মপু হাক্তকতগী চৎনরকপা লুহোংবগী অহিং নত্তনা লমখাংদা নুংশি মিলন ওইহনবদি মশাগী ওইনা অমদি শাগৈগী ইজ্জৎ শনমানগী য়েংদুনা পামজদবনা হৈশিংনা ঙসিসু চৎতবা নত্তে।

ঙসিদি শকহেনবী অশা চাওবী ঙাম্থোইনা য়াইফবা কৌবা খুঙ্গংগী শুপ্লগী ব্রার্ক চার্জ ওইবা মখা থাবা অমনা তোয়না মাবু ইখৌ লাংনা য়েংলিবদু খঙলকই। ঙাম্থোইগী মপুক্লিংদা মসিগী খুঙ্গংগী নুপা অসিনা ঐবু তৎতনা ইখৌ লাংনা য়েংলিবসিবু করিগীনো মতিকসু মপাসু চাদনা হায়দুনা থম্মোয়দা খোইশাওন চরাংনবা পোক্লকই। মতৌ অসিদা ইশাও শাওনিংলবা ঙাম্থোইনা "নঙনা ঐঙোন দা তোয়না তোয়না য়েংলীবদুবু করিগীনো য়াইফবা" হায়না নোংমদি তাঞ্জা অমা লৌরগা হংলকই। ব্রাহং অদুদা য়াইফবনা, "চুম্না অদুক য়েংজবনি য়েংবদি য়াইনা" হায়না খুম্লকখি। উপাই লৈত্রবা ঙাম্থোইনা খঙলকই য়াইফবা হায়রিবা পাখঙ অসি লমলাইদগী খরা চৎলগা লৈবা শৈজাং হায়বা য়াম্না চাওখৎত্রিবা খুঙ্গং অমদগীনি। মহাক লৌ শিংউবা, শীং য়ানবা অমদি অশংবা মতমদা ঙা ফাবা মীওইনি। মহাক্না খোয়াথোং পি দব্লিউ দি দা থবক তৌজদুনা কারক্লীবসু ব্রার্ক চার্জদনি। মহাক্কুম্বনা খ্বাই য়াইস্কুলদা পোকপী রেগুলর দ্রাউফ্স্মেন অমসু ওইরিবী মঙোন্দা চুম্না পামজদুনা নুংশিদুনা য়েংজবদু ঙাম্থোইনা মতুংদদি মঙোন্দা য়েংলক্লনু, মহাক্তী ইনাক কৈরাক খুনবা অচৌবা ওফিসার অমগী মৌ ওইখ্রগদবনি হায়দুনা হায়জরবসু য়াইফবনা লৈকোনগী লৈরাংদা য়েংজববু হায়দুনা য়েংবদা অকায়বা পীহন্নীংদবগী মট ফোংদোকখি। অদুবু শাউরবা ঙাম্থোইনা 'লৈগা প্রমান তৌগদবা নত্তে নহাক ঐবু অমুক হন্না য়েংলক্লগনু নঙগী করিসু কান্নবা ফংগদৌবা লৈতে' হায়না অকনবা ব্রাহৈ থাখি। মতম অদুদা য়াইফবনা 'অদুদি নুপী হায়বদু অমতা য়েংবা য়াদ্রে মরমদি নুপী অতৈদা য়েংলকপা মতমদা নঙোন্দা মপা থোক্লুবসু য়াই হায়না তখৎলকপদদি, 'অহোই কদাজিৎ ওইখিবদুনা ওইখ্রে' হায়দুনা ঙাম্থোইগা য়ান্নখ্রে।

ঙসিসু মৈরাবগা ঙাম্থোইগা তোইনা চৎমিন্নরি। মতৌ অদুদা ঙাম্থোইনা য়াইফবনা য়েংলকপদা থেংনবদি য়াওখি অদুব খোইজংলুদে। মহাক্লসু মহাক্কী শাগৈ নাতৈগী চৎনা লোনচৎ অমদি ইজৎ অদুদি কনজগে হায়দুনা থব্রাইনা তাজরবা মৈরাবদা হায়জদুনা ঙসিসু নুপী ওইবী ইজৎতি ঙাক্কুনা চৎলি। অমরোমদা মরাল লৈজদ্রবা য়াইফবগী মীৎয়েং অমদি মহাক্লা ঙাঙবা মওং অদুদা মিনুংশি পোকখিদবদি নত্তে।

নোংমদি ঙাম্থোইগী পাউনিলখোলদগী ব্রাংখৈদগী এ:ই: ওইবা মৈরাবনা

য়াইফবদা ঙাঙখি। 'থিক নেম্বনা থক্তা থোকপা থাজ লামবা ফংগনি হায়বদুদি খনদবা ফৈ, নহাক সার্বিস্তসু মখানি লৈফমসু লোয়া লমগী খুঙ্গংনি। নঙগুম্বা অমনা য়েংলিবা মিৎয়েংদুনা মঙোন্দা ইফেক্ট তৌগদবসু লৈতে অদুগা নঙগুম্বা অমনা ঙাম্থোইগুম্বী অমা ফংগদবসু লৈতে। নহাক লৌমীগী মচানি লৌমী ওইনা নাপী অশোংবা শেংহন্দুনা লৈহনবসু ঐনা ঙম্মি' হায়না চাউনা ঙাঙখিবা ৱাহৈ অদু য়াইফবতা নত্তনা ঙাম্থোইনা পোংনা য়েংদুনা তাখিবা অদু য়াইফবনা শেংনা উহৌই খঙহৌই। অদুম্নমক মহাক মখোয়গী অশাগী মাইয়োক্তদি মাইয়োক্লনা লৈজবা নৎচদে, 'সার' হায়দুনা নমস্তে তৌখিবদুসু ঙাম্থোইনা মমিৎ পেন্না য়েংখি। নোংমা শওম্বুংদা মৈরাবনা ঙাম্থোই চাক চরা অমা চামিন্নবা অমদি অরুবা তুংগী অশা খঙনবা ইম্ফাল ইষ্টকী দিভিজন অমদা পিওন ওইবা হাওরৈঙুখোইগী য়ুমদা হান্না শিন্নদুনা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা থুংলরে। পিওন হাওরৈঙুনা য়েনশানচিংবা থোংদুনা সাহেবকী সেবা ফংজরি। মৈরাবা এ:ই: না য়ু অঙাংবা কারদগী লৌথোক্তুনা থক্তুনা চাদুনা হাওরৈঙুগা লোয়ননা শিন্নদুনা অচিকপা অনানবা কা অমদা ঙাইহাক পোত্থানবা থৌরাং তৌজৈ। থোঙদু হায়রপ ঙাশিল্লম্নগা হাওরৈঙু মপান্দা থোকখি। মৈরাবনা ফমুংদা হিপ্লদুনা ঙাম্থোইগা ৱারী চিকথরকপদা লমহেনবা শাজৎ নিশানা ওইরো হৌরকই। অহানবদা শকহেনবী পুকচেল লেপ্পী ঙাম্থোই য়াবগুম তৌরম্লবসু মমৈদা লুহোংবগী অশেংবা শক্তমদা কাইরক্কদবা কয়াদু নীংশিংদুনা নুংশিজরবা মাগী মৈরাববু ইম্থোরকখি। শাউববা মৈবাববু থেল্লদুনা 'মতম খজিক্তুং খাঙবনা মখোয় অনীগী য়াইফগনি' হায়ববসু মৈরাবনা লম হেনজিল্লকপদগী ঙাম্থোয়না চেন্নবগী হোৎনরকপদা থোঙ মাঙজৌননা লোল্লমদুনা চেননবগী উপাই লৈখিদ্রে। মৈরাবনা নুপা ওইবগী শক্তিদু নিশানা তৌরক্লবদা ঙাম্থোইনা 'ঐবু কনবিয়ু, ঐবু কনবিয়ু' হায়দুনা লাউরকখি। তাঞ্জা অদুদা লম্বী অদুদা ঈশ্বরগী নোংদমদগী চৎলম্লীবা য়াইফবনা খোঞ্জেল অদু ঙাম্থোইগী খোঞ্জেল মানখ্রেদা হায়দুনা হাওরৈঙুগী য়ুম মনিংদগী তাকবদা 'ইক আক' তৌবা খোঞ্জেল তাবদুদা 'হৈ কনানো মশানা য়াদবা নুপীদা নম হাবদি' হায়দুনা থোংনাও থুগাইরকই। মৈরাবগী অশা পুম্নমক কায়খ্রদুনা থুনা য়াংনা থোং হাংদোক্লগা গাড়ী য়াংনা থৌখ্রে। য়াইফবগা হাওরৈঙুগা তন্না চেনশিল্লক্তুনা থোং অদু হাংদোক্তুনা চংশিল্লুবদদি ঙাম্থোইগী ফি খরা শেগায়রম্লে। হাওরৈঙুনা ফি খরা হুনজিনখি। য়াইফবনা হৌজিক্তি পুম্নমক্তু তশেংনা ভাব তারে। অদুম্নমক পুম্নমক অদু শক ম্নায় অমসুং মিনুংশিদা অরান অহুই ঙাক্লরে। হাওরৈঙুনা পীরকখিবা মফি মরোল অদু

শেৎচিন ইনশিন্দুনা মাগী অৱাৎ অপা কয়া হাওরৈঙুগী মচলগী মতেংনা শিনজদুনা হোৎনরবা মতুংদা য়াইফবনা ঙাম্ব্রোইবু পাওখোলগী শক্তমদুগা লোয়ননা হাওরৈঙুদা ইম্ফাল বজার তম্না তম্থদনা থিন্নবনা শাউগৎলক্লে। তঙাইফদনা হাওরৈঙুনা মাগী গাড়িদা ঙাম্ব্রোইগী গাড়ি থম্ফম অদু তম্না য়াম্না চেকশিন্না থিল্লক্লে। মতম অদুদা ঙাম্ব্রোইনা য়াইফবদুদি ময়েক শেংনা উহৌই। ঙাম্ব্রোইনা ময়ুম য়ৌরক্লবদা ওফিসার মচা অদু নোংমদি শোয়দনা অচৌবা ওফিসার অমা ওইরক্কদবনি খল্লুবদা পুকচেল তিংনা মৈতে ওইবগী চৎন লোনচৎতা নুংঙা‹ য়াইফনা পানমিন্নগদবা মতৌগী তুংগী অশা পুম্বদু থৌদোক্কুনা অরেম্বা অশা তাহনখ্রে। লুখ্রেদা মখোয়গুম্বগা য়ুম্বাননবনা কান্নগনি চাওখৎকনি খল্লুবা অদুদি খাঙ্ু থক্তা লৈমন চলহনগে থৌরাংবগা পাংখক ওইরম্লে খল্লুবদা ঙাম্ব্রোইনা হেন্না নীংবা কায়না মঙলানগী ফুরা অদু থুগাইখ্রে। মথম্মোয় শেংনা কৎথোক্লুরবা মহকচাং অদু ইজৎতুম মাঙহন্দুনা লমখাংদা শান্নপোৎতুম ওইহনবা য়াবগী মতৌসু লৈবজাৎ ওইরে খঞ্জরকখ্রে। অসিগুম্বা মতৌ কয়া অসি হায়দোক্লদনা তুমিন্না লৈশিনবা কয়া ঙসিগী সমাজসিদা শোয়দনা য়াওরম্বা তারে হায়বসিদা ঙসিদি ঙাম্ব্রোইনা খল্লক্লে। মহাক্না অচৌবা অশা তৌরবসু অৱাংবা লম্বীদা চৎপা পাল্লবসু নত্রগা পামদ্রবসু মরাইবক্না তমজবদা ওইরবসু ওইবা য়াবদা ওইজবদা অশা তৌরক্লে।

ঙসিদি মতম খরা ওফিস্তা উরুদ্রবা মাবু য়েংবা লেপখ্রবা য়াইফববু মউরক্ত্রবদা মপাবুংগী কার অদু তোংদুনা ঙাম্ব্রোইনা মতারোই অমগা য়াইঙংপোকপি লম্বীদা জিরি জিরি থৌথরক্লে। নুমিৎতুমক্তী য়াইফবগী লুহোংবা নুমিৎ ওইরমই। অয়ুক অদুদা য়াইফবগী য়ুম থিরক্কুনা চংশিল্লকপদা য়াইফবনা 'ঙসিদি মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎনি' হায়দুনা পিরাং লোৎনা হায়জখ্রে। ঙাম্ব্রোইনা, 'মহৌশাদগী মহাকপু নুংশিবগুম্না তৌরকপা অদুদি মঙলাল্লা' হায়না পিরাংগা লোয়ননা হায়জরক্লে। মতৌদুদা য়াইফবনা হায়জখি, 'খুঙ্গংদা লৈজবা ঐখোয়না অদোমখোয়গুম্ববু অশা তৌবদি থিক নেম্বনা থাজ লাম্বগুম্বনি। সুপ্নগী ফজবা নিংথিজবা অদুগী য়েংজবনি, ঐখোয়দি খুঙ্গংদা লৈবনি, খুঙ্গংগী পুন্সিদি চরু চনাই মরক্তা লেনবনি। মরম অদুনা মদুগা চান্নবা খুঙ্গংগী শানৌ ওইবীশিংতনা খুঙ্গংগী মীওই ঐখোয়গী মপু ওইফম থোকপনি, ৱারৌবিগনু' হায়না লুলুক্লখি।

# শেগায়রবা ফোটো

শিংজমৈ চীংঙা মখোঙগী মাতা সেনেমা হোল মমাঙদা লৈশাবী শকহেনবী অহুমগা মৌনহা অমগা সেনেমা য়েঙনবগীদমক্তা নোক্নুনা ৱারী শাদুনা লৈরি। পাখঙ মচা দিপক্লা টিকেৎ ককপা চৎখ্রি। রাজুদু মরুপ মণিগা লোয়ননা সেনেমা হোল মমাঙ অদুদগী য়েংসি হায়নদুনা চংশিল্লকই। মীনা হায়রপ তিনখৎলক্লবা সেনেমা হোল মমাঙ অদুদা লৈশাবী নীংথিরবীশিং অদুগী মনুংদা থোইদোক্লা নীংথিরবী অমবু উরুবদা রাজুদু শুক্মৎখ্রদুনা মরুপ মণিদা 'অসিমদি ঙাওই' হায়না তম্লকই। মণিনা 'নঙবু শক ফজবা নুপা অমনি হায়দুনা কৈদৌদগে নুপী অমদা নোংমতা ৱা অমতা ঙাঙবা ঙমদবদুবো' হায়দুনা লক্লরকই। তশেংনমকসু রাজুদি নুপী অঙাংদা ৱারী শাবা, ৱা ঙাঙবা, হঙবা য়াবমখৈ তৌজদে, মশাগী হৈনদ্রবনি অদুবু মরুপ মণিগী ৱাহৈ অদুনা থম্মোইদা নুংঙাইতবা মতৌ অমদি ওইজখি। মরম অদুদগী নুপা থোকপা শাদুনা নাকলদা লেপ্লীবী লৈশাবীশিং অদুদা ওনশল্লগা 'ইবেম্মখোই সেনেমা য়েংদোইরো' হায়না হঙলুরি। নীংথিরবী অহুম অদুদগী থোইদোক্লা নীংথিজরবী, রাজুগী থম্মোইনসু খোইদাজরিবী অদুনা শৎ ওনশল্লক্নুনা খুল্লকই, - 'ঔ, য়েংদোইনি' মতাং অদুদা রাজুনা - 'ঐখোয়সু খরা য়াওজগে হায়দুনা মখা শমথখি। শকহেনবীদুনা - 'য়েংমীন্নসি' হায়রম্লগা মখোয়শিংদু নোকখি। রাজুদো জ্ঞান মমই। মতৌদুদা মণিনা- 'অদুনিদনা নুপামচা হায়রদো' হায়দুনা থৌগৎলকই। অদুদগী মণিগা মখোয় অনি পিচরগা য়েংদুনা ৱারী শারিঙৈদুদা দিপক্লা টিকেৎ পুরকপদগী নুপীশিং অদু হোল মনুংদা চংননবা মমাই লৈবা হৌরকপমক্তদা শকহেনবীদুনা 'তামো লাক্লোদনা' হায়রম্লগা মমান্নবীশিং অদুগা ৱা-ৱা নোক্লদুনা হোল মনুং অদুদা চংশিনখি। রাজুদো ফাগী ফাগীদগী থম্মোইদা চয়েৎনবা অমনা লৈতাফম খঙদে, পৈশা খঁরা ফুরিৎখাউদগী শৎলগা 'ভাই সেনেমা য়েংসি' হায়দুনা টিকেৎ ককখি। সেনেমা হোল মনুংদা শকহেনবীশিং

অদুনা ফল্লিবা সিট পরেং অদুগী মনীং হেক থংবা সিট পরেংদা ইরাপ লাপ্লদনা অনিদু ফম্বা তারে, ফম্লে। রাজুগী মমিৎ অদুনা লৈশাবী অদুদা য়েংলকপদা লৈশাবী অদুগী মিৎয়েংগা চান্নরুদুনা ঙাইহাক মীচান্নরুই। অদুবু সেনেমা হৌখ্রে। রাজুদো সেনেমা য়েংফম খঙদে মঙলান অমদা তাওই। সেনেমা হাপ থাহন্নীংবনা মাগী খৌনাও খৌগংনৈ। ঙাইববু কল্লবদি ফংদবা লৈতে হায়বগুম্না উচিন নাচিন্না হাফ থারে। ফিল্মসে ফজরি হায়দুনা মতাং কয়া রাজুগা নৈনরকই অদুবু রাজুদো ভাব ইতা তাদবগুম্মী। মণিনা জর জর ঙাঙথরকই, অদুগী মতুংদা অদুনি অদানি....।
'তামো অচাপোৎ চাওসে' অসুম্না ফজরবী অদুনা মাগী ফমফমদগী লৈথোরক্লুনা মনিং ওইরপ ফল্লিবা রাজুদা অহাও অথুম খরা পিরকই। রাজুদো লৌদ্রবসু ফজদ্রে হায়দুনা ইঙাও ঙাওনা লৌজে। মণিনা 'পাল্লেদনা' হায়দুনা ফাগী তৌরকপদুনা অর্থ চেলহনবা থম্মোইদু ইরাংলাংলবা রাজুনা মখাদা কুমথদুনা অচাপোৎ লৈজরগা ফজরবীশিং অদুদা পিসিরা খঞ্জানৈ অদুবু পৈশাসু য়াওদ্রে, অচম্বা মমল য়ামদবা অচাপোৎসু লৈদুনা পিবসু ইকায়জে, হেক্তা শোৎলক্লসিরা হায়দুনা ফমফমদগী লেপখৎকে তৌরকপদা সেনেমা অমুক কাপ্লক্লে। অদুদগীদি মহাকসু অমুক ফমথরে। হৌজিক্তি সেনেমা অদু য়েংনা য়েংনা মরক মরক্তা শকহেনবী অদুদা মুনা মুনা য়েংজরি। লৈশাবী অদুগী ফজবা অদুদা পামজরুবনরা নত্রগা নুংশিজরুবনরা করিনে: মথম্মোই অদু করিনো অমা অসুম অসুম তৌবা হেনগৎলক্লি। রাজুদো পুমঙাও ঙাওনা সেনেমাগী ৱারী ৱাখোঙ থোইনা খঙলুদ্রে। সেনেমা লোয়রে, 'ভায় কদাইদগীনো অমুক্তদি খঙদোকসি, ইন্নরুসি' হায়দুনা রাজুদো মণিগা লোয়ননা চীংঙা মখারোমদা নুমিদাংৱাই মতম অদুদা লৈশাবীশিং অদুবু ইন্নরকই। লৈশাবীশিং অদুসু চনম পুখ্রি মপালমক্তগী ওইবনা পংলাপ লাপ্তনা খোঙনা মৌনহা অদুগা নুপামচা দিপক্কা চৎলি। রাজুনা লৈশাবী অমদা তপলপ ৱারী হৌই।

- করি লৈকাইদগী ওইবীরবনো?
- চনম পুখ্রি মপালদগীনে।
- মীংশিং খঙজনিংই?
- মাগীনা সুনিতা, থংনবসিনা শরজু, অদুগা ঐগীনা বন্দনা।
- শ...র...জু, মীংশিদি,... শরজু।

মীংগা য়াম্না থুনা খঙই, তামোগীদি হায়দুনা নোক্লা নোক্লা শকহেনবী শরজুনা রাজুদা হঙলকই। রাজুনা

- ঐহাক্কী মীংদি রাজু কৌজে, থোকচোম লৈকাইদগীনি।

হায়জে। মতুংদা শরজুনা 'নোংমা উন্নরসে' হায়রল্লগা পুখ্রি মপালদুগী নোংচুপলোমদা চংলিবা লৈরক অদুদা নুপীশিং অদু দিপক কৌবা পাখং মচা অদুগা চংমিন্নখ্রে। রাজুদো চৎখ্রিবশিং অদুবু য়েংদুনা মুক্ত্রিগুম্না লেপ্তুনা লৈহৌই। মণিনা রাজুগী মখুদাং অদু পাইরদুনা 'ময়ুম খওলবগুম্বনি, নোংমা লাক্লসি' হায়দুনা চিংবদগী মখোয় অনি চীংঙা মথকলোমদা খোঙনা অদুম লাক্লে।

রাজুদো মমা মপা অনিমক লৈখিদ্রবা, মচেসু ময়ুম পানখ্রবদা ময়াম্বুং অমসুং মতৈমগা মখোয়গী মচাশিংগা থোকচোম লৈকাইদা লৈজবনি। অমসুং মতৈমগী মখদাং মখাদা লৈবনা ক্লাস এলেবেন পাস তৌরবা মতুংদা ময়াম্বুংগী মতেংগীদমক্তা য়া শেম্বা য়াওদুনা খুৎ হৈবা অমদি ওইরক্লি। ময়াম্বুংনা তাকপি তম্বীবা অমদি ময়াম্বুংনা য়াগী অনাবা কয়া লায়েংবদু উবদগী হৈরক্তুনা ময়াম্বুংনা ক্লিনিক্তগী চৎথোকখ্রবা মতম কয়াদসু মহাক্লা য়াগী লায়নাগী লায়েংবা অদুম তৌই। ঙসিদি নুংথিল নুমিদাংৱাই অদুদা বন্দনানা শরজুগা দিপক্কা লোয়ননা অঙাং চহি তরেৎমুক শুরবা শরজুগী মনাও অমা য়া নাবদগী ফরে ফরে হায়রে হায়দুনা শৎননবা লাকই। রাজুনা শরজুবু উজবদা ককঙাওনবা ৱাখল অমগা লোয়ননা তরাম্না কৌরকই। ৱারী শান্নরবা মতুংদা শরজু অমদি বন্দনানা রাজুবু য়া শেম্বা ডাক্তর মচা অমনি হায়না খঙখি। মতুংদা রাজুনা অঙাং অদুগী ময়া অদুবু নিংথিনা য়েংলগা হিদাক লাংথক কয়া উমহন্দুনা পিথক্তুনা সিরিঞ্জ অহনবা অমনা য়ারিদা হিদাক কাপ্তুনা মিকুপ খরা ফাগী জুগাই তৌনরবা মতুংদা য়া অদু শৎখি। রাজুগী য়াম্না নান্না হৈশিংনা মথৌদা চেকশিন্না হোৎনবা মতৌ অদুদা শরজুগী ৱাখলদু পেঞ্জখি। শরজুনা পৈশা খরা পিননবা হোৎনরকখি, অদুবু রাজুনা য়াখিদ্রে। শরজুনা তৌহৈদে হায়দুনা হায়জবনি অদুবু রাজুনা ময়াখিদবদগী 'হয়েং নুমিদাংৱাই কোইথোরকউ, ইনেগী পোৎফম মনাক্তা ঙাইরমগে' হায়রল্লগা মখোয়শিং অদু চৎখ্রে।

নুমিদাংৱাই অদুদা মরুপ মণিগী কাইনেটিক হোন্দাদা মরুপ মণিগা রাজুদো চনম পুখ্রি মপালগী পোৎফম ফম্বী অদুগী মনাক তম্লকই। তাঙ্গা চানা শরজু, বন্দনা অমদি সুনিতা শিংজু চাদুনা লৈরম্মী। শরজুনা 'ঙসাইদগী ঙাইদুনা লৈরকপনি, ঙাইবা ঙমদ্রদুনা চাবা হৌরবনি, চাসি লাও' হায়দুনা রাজু অমসুং মণিবু তরাম্না কৌশিল্লি। অদুদগী রাজু অমদি মণিসু ইকোই কোইদনা লৈশাবী অহুম অদুগা শিংজু কাংহৌনচিংবা মথং অমুক কৌনদুনা চামিন থকমিন্নদুনা ৱারী তৌনরে। পাখং লৈশা অনিদুগী মচিন্দগী অমনা অমবু নুংশিনজবগী মতৌদু নাকোইননা

ফোঙদোক্লবসু থম্মোই থম্মোইদুনা নুংশিনরে হায়বসে খঙনরে, অদুগা তিল্লিবশিং অদুনসু অনিদুগী ব্বাঙাওনা নুংশিনরে হায়বসি খঙনরে। অসুম্না নুমিৎ অদুসু হৌখ্রে।

অসুম্না অনিরক অহুম্লক উন্নরকপা অসিদগী সেনেমা প্রোগ্রাম থান্নদুনা ফ্রেঞ্চ তকিজদা মখোয় অনিদং সেনেমা য়েংমিন্নরে। রেষ্টোরেন্টতা চংদুনা থম্মোই নুংগী য়াব্বা কয়া পুক্সিগী ব্বারী কয়া লিনরবা মতুংদা থম্মোই অনিদুদা অচেৎপা কিশি কিনরবা মতৌ ওইখ্রে। চৎলমদাইদা ফোটো অমতং কাপমিন্নরগা শিংজমৈরোমদা কেন্টরদা হায়থরক্লে। শরজুনা ময়ুম য়ৌবদা নুমিদাংব্বাই অদুদা বোরোবগা মবুং শিতলগা মাঙ্গোলদা ফমদুনা ব্বারী তৌরমই। শিতলনা মচলবু 'কদাইদা চৎলুবগে, চৎকে খোংকেসু হায়রমদে' হায়দুনা ঙাঙ শকই। মতাং অদুদা শরজুবু পামজবা হাওবম মরক্কী পৈশাপায়বা বোরোনা 'খিৎ ঙাঙলুরনুবা, মীসু লৈশাবীনি করিনো' হায়দুনা খামজিল্লি। মবুংগী মতৌ অমদি য়েংনিংদ্রবা বোরোবগী মতৌ অদুদা শাওনিংনা মফি মরোল হোংদুনা করিনো তৌবা য়াবা তৌজরি। মমা ইবেম্মা অমসুং মপাবুংনা শরজুদা চা গ্লাস অমমমতং থকসি হায়রকখিবঁদুনা শরজুগী খোইদৌ শাওনিংবা হায়বদু ওইখি। তাঞ্জা অদুদা চা লোল্লবদি বোরোবদসু লানবা তাবনি। নমদুনা চা লোল্লে, পুম্নমক শুনা পিদবা য়াদদুনা মপাবুং অমসুং মমাগী পিরুরবা মতুংদা মবুংগী অমদি বোরোবগীসু পিজরে। চা থক্লবা মতুংদা বোরোবনা 'ইচল শরজুনা লোনবা চাসে ওম্থোক্লসু হাওই' হায়দুনা লাওরপ মবুং শিতলদা হায়খিবদুনা অমুক হেন্না শরজুনা তনখি।

মমা মপানা লুনা তৌজবী শরজুনা ইমুং মনুংগী থবক অয়াম্বা মমাগা মতেংগীদমক শুদুনা লাকখি। নুপী থিয়ু য়াদ্রবা ময়াম্বা ঠিকাদার শোয়নৌ অদুনা ইষ্টিমেটকী, ব্বার্ক ওর্দরগী, বিলগী ব্বারীদা বোরোবগা শঙ্গা ওইবনা তত্তনা বোরোবা লাকই। মনাও অদুসু শান্নবদা য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক লৈতে। মপা হায়রা ওফিসতা চৎলি, করিগুম্বা ইমুং অদুদা মমাগতা লৈবা মতমদসু বোরোবদু হেক্তা লাক্কুনা মমাগা মাগদা ব্বারী তৌরে। করিগুম্বা মথন্তা লৈবা মতমদসু লাকপা য়াওই। মবুংগা তিন্নবনিনা শাওহনবসু য়াদে, ব্বানা ব্বারী তৌজে। শরজুনা খঙই, বোরোবনা মাবু পামই, নুংশি। মবুংনসু খঙই। মমানসু খঙবগুম তৌই, অদুবু পৈশা পায়বা মীনিনা য়াবগুম তৌরি।

শোমদনা নুমিদাংব্বাই অমা শরজুনা রাজুগা উন্নদুনা ব্বারী ব্বাতাইদু থোঙাম লৈকাইগী হোটেল অমদা শান্নে। রাজুনা ঙহান নোংমা কাপখিবা ফোটোদু শরজুদা কোপি অমা পি, ফোটোগী ফজবা মওং তাবা মতৌ উবদা শরজুনা পেঞ্জনা ময়ুমদা

ফাইলদা হাপ্লগা লোন্না পেন্না পেন্না য়েংজগদৌরিবনি হায়দুনা চৎখি। অসুন্না অনিদু থম্মোই থম্মোই পিননা মরক মরক্তা উন্নরকপগী পাও বোরোবনা তারকই। মরম অদুদগী বোরোবনা মখোয় অনিনা পুষ্রি মপালগী পোৎফম অদুদা উন্নগদবা তাঞ্জা অমা ঙাইদুনা লৈখি।

নোংমা নুমিদাংৱাই অমা বন্দনানা, সুনিতা অমসুং শরজুনা অচাপোৎ চাদুনা পুষ্রি মপালগী মনে পোৎফম ফৰী অদুগী ফানশাং অদুদা ফমদুনা নোক্তুনা, খেদুনা, চাদুনা, থক্তুনা লৈরম্মী। তাঞ্জা অদুদা বোরোবদু মাগী পলসর অদু তোংদুনা লাক্লগা মনাক অদুদা খান্নরে। চিনগনবী বন্দনানা 'তামো বোরোবা অচাপোৎ লৈরো' হায়দুনা হায়রকপা অদুদা 'লৈথগে হায়দুনা লাকইবনি' হায়দুনা ফানশাং অদুগী নাকল অমদা ফমথরকই। বোরোবগী লৌ লৈরবা ৱারী কয়াগা লোয়ননা লৈশাবী অহুম অদুনা বোরোবগা লোয়ননা অচাপোৎ চারি। মতম অদুমক্তদা রাজুদো সাইকল অমদা মফম অদুদা তাঞ্জা চানা থুংলরে। সুনিতানা অমসু লাক্লে হায়দুনা কৌশল্লকবা অদুদা রাজুদো মোড়া মচা অমদা পোৎফম ময়া অদুদা ফমথরে। রাজুনা চম্না ৱারী শাবগা লোয়ননা ইকোই কোইদনা লৈশাবীশিং অদুগা অচাপোৎ চামিন্নরকপা অদুদা বোরোবগী মিকাবা হেনগৎলক্লে। বোরোবগী ৱাঙাংদা কল্লকপা অদুদা রাজুদো জ্ঞান খরা লৌশল্লগা ইংথজে। মতৌ অদুদা বোরোবনা মকা হেন্না ঙাঙ শক্লকপা অদুদা শরজুনা ৱাহৈ খরা ঙাঙলুবদগী বোরোবনা অচোপোৎকী পৈশা পিরম্লগা মহাক্কী পলসর অদু তোংদুনা শাওনা চৎখি। রাজুদু জ্ঞান ফজনা তাখি। মতম অদুদা পাখং লৈশাবীশিং অদু ৱারী ৱাতাই খরা শান্নরম্লবা মতুংদা কাইনখি।

ঙসিদি বোরোবনা পুষ্রি মপাল অদুগী শিংজমৈ চীংঙা মখোঙলোমদগী লাক্কদবা লম্বী অদুদা মমান্নবা অনিগা ৱারী শান্নদুনা লৈরি। রাজু লাকপা উবদা বোরোবনা খাল্লকখি। ঙাইহাক চম্না ৱারী শারম্বদগী 'নুপী অদু নত্তবা অমা থিয়ু, মখোয়সু মতেং পাংগে, নুপী অদুদি মাগা শোয়দনা লুহোংলগদবনি, মাগী ওইরগদবনি' হায়দুনা বোরোবগা লোয়ননা মমান্নবা অনিদুসু য়াওনা ধমকা তৌরকই। রাজুনা 'নঙনা লুহোংদুনা লৌবসু নত্রিবা লৈশাবী অদুবু নঙগীনি হেক্তা হায়রিবদুবু নম্বর থারৱ্রা'? হায়দুনা হঙলকপদা বোরোবনা কৈ নোংশাগুম শাওনা ঙংদুনা শিংনরকই। রাজুদো মথৱায় য়াম্না নুংঙাইরমদে। নুপা অতোপ্পা অনিদুগী মরক্তগী অমনা 'মীগী মচা লৈশাবী অমগীদমক্তা খৎন চৈনবা ফত্তে, লৈশাবী অদুগী অমদি মখোয়গী ইমুংগী ইজ্জৎ য়েংসি' হায়দুনা ইংথরকপদগী বোরোবনা

মুরুম মুরুম শোন্না শাওনা চৎখ্রে। লৈহৌরিবা নুপা অদুনা রাজুবু থেমজন্দুনা 'ভাই করিমতা নুংশা থিরুনু, ঐখোয় লৈরি, হাওবম মরক্তগী মহাক্লা লাক্লগা, থিকা খরা তৌজরগা, শেল খরা পাইরগা ফুতানি তৌবা য়াবা নত্তে, পোরম পুম্নমক ঐখোয়না য়াৎকনি, ঙসি ঐখোয়.মরি চাক চান্নগদৌরি ভাইসু য়াওরো। ঐখোয় লৈকাইগী মী ঙাক্তনি নঙগীসু মীচং শঙ্গ ওইবগী খুদোং চাগদবনি, মানা তুবুম নাম্মা শোকপা য়াহন্দনবনি, শরজুখোয়গা ইরাপ লাপ্নদ্রবা য়ুম মনিং অদু ঐখোয়গী য়ুমনি, করিমতা নুংশা থিরুনু' হায়দুনা থেমদুনা রাজুদো পুরকই। মরুপ অতৈদু থিনরগা মখোয় পুন্না লৈকাই অদুদগী য়েন থিদুনা লৈদুনা, য়ুনচিংবা লৈরদুনা ধনা কৌবা অনৌবা মরুপ অমগী শঙ্গোইদা রাজুদো ইপেন পেন্দনা চাক চান্নবা অদু য়াওরে। মহৌশানা য়ু তোইনা থক্তবনা পেগ অদুমা চিংবদা হায়রপ ঙাওরবা রাজুগী মাইকৈদা মরুপ মরি অদুসু পুকচেল চাওনা মাইরোং য়াগনি হায়দুনা মত কানা ঙাঙলকপা অদুদগী রাজুদো, হেন্না থকচিনখ্রে। মরি অদুগী মরক্তগী অমদি পেগ অনি চিংলম্লগা 'ঐদি ওক্লে হায়রম্লগা পুংখাই অমুক্কী মতুং চাক তোক্লবা মতুংদা সিরিঞ্জ অমা পুথোরক্তুনা নম্বর ফোর কাপখি। নুমিৎতু রাজুদো মফম মরাং খঙদনা অহিংদা থোকচোম লৈকাইগী ময়ুমদা য়ৌখি।

নোংঙাল্লকপগী অয়ুক পুং তরেৎলোম তারকপা মতমদা শরজুগী মবুং অদুনা মমাদা শরজু তানানবা তল্লি, 'ওম্থোকপনি ইমা, ঐখোয় শরজুগা খঙনা চানবনি হায়ব্রা করিনো থোকচোম লৈকাইদগী য়া শেম্বদু, মদুনা শরজুগী মরমদগী বোরোববু ফুননবা মী খোল্লীবনি হায়দুনা ধনাখোয়দা চাক খাঙদুনা য়ু লৈদুনা, নম্বর ফোর কাপ্তুনা অহিং চুপ্পা থক্তুনা চাদুনা কাপ্তুনা লাংদুনা লৈ হায়, মমা অদুনা অয়ুক্তা ব্রাই শিৎকে তৌরুবদা শিরিঞ্জনচিংবা কয়া তারমই হায়দুনা ধনা মমা মচাদো অয়ুক অঙনবদা লাওনবদা মহা য়ৌখ্রবনি। অদুননে নচা নুপীসে চেকশিন্দবা য়াদে, নম্বর ফোর চাব্রা করিনো অদুনা পুদুনাগাক চৎখ্রবদি ইমা মথা শাজনিকো। মতাং অদুদা মমাইবেম্মা অদুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ ইচাসে মাঙবা তারে কমদৌনি, ঐনা অদুম শেন্নদুনা লৈবা ঙম্বসু নত্তে, নঙগী বোরোবা হায়বদুবু নচল নুপীসিবু তশেংনা নুংশিবজাৎলনে।' মতাং চারবদা 'ইমাংদদি করম্না ঐঙোন্দা হায়গনি, মীনা হায়রকপদদি শরজুদা মহাক ঙাওরি হায়, নচানুপীগী মত লৌরগা দোক হেক পিথোকহৌরসি ইমা' অসুম্না মমাগা ঙাঙনরিবদু তারবদা শরজুদো খোইরাং খোইশাওননা মপি তাদেতা খাক্লা ব্রানা খাংখি। মমা চংশিল্লক্লবদি করি করিনো ঙাঙলকপা য়াই হায়দুনা তুমিন্না লেত্রিন্দা চংশিনখি। মবুংসু থোকখ্রে। মমাদো

মুরুম মুরুম শোন্না ইমুংদা চংলকখি। নুমিদাংব্বাই খরা খরা মমথরকপা মতম অদুদা মমানা ব্বারী পুম্নমক লিরদুনা 'থোকখ্রগনুকো নম্বর ফোর চাবদুগা উন্নরুরনুকো' হায়দুনা ঙাঙবা শকপা অদুদা শরজুদু নুমিৎতু চাবা থকপা খঙখিদে। পুম্নমক্লা তুমনখ্রবা মতুংদা পিরাং পিরোইননা হৌগৎতুনা ফাইল মনুংদগী হৌখ্রবা রাজুগা মখোয় অনি কাপমিন্নখিবা ফোটো অদু লৌথোক্তুনা মুন্না নুংশিনা য়েংলি। মমৈদা খঙহৌদনা ফোটো অদুগী ময়াইদা ফৎ লাওনা শেগাইখি। নাকল অমনা শরজুনি, নাকল অমা রাজুনি, মতুংদা হিক হিক কপচখি। মমানা তারব্রা করিনো 'ইবেম্মা তুমদ্রিব্রা' হায়দুনা চংলকপগুম তৌরকপা অদুদা ফাইল মনুংদা ফোতো মচেৎ অনিদু শৎ হাপচিল্লগা ফমুংদা হিপথখি। 'তুল্লে ইমা' হায়জখি। মমা অদুনা ফরে ফরে পোখারো পোখারো হায়দুনা হন্দুনা চৎখি।

মবুংগী পোলিসি য়াওব্রা করিনো মচল শরজুদু বোরোবগী খুনেকশিংগী মতেংনা বোরোবনা ভান অমদা পুদুনা চৎখ্রে। খরনা মচিন মেন্দুনা ফাখিবনি হায়নৈ, খরনা মশানা য়ানা চৎখিবনি হায়নৈ। মমানা শাওরবা মপাবু থেমদুনা ইংথহনখি। নোংঙানবগা হায়দোকপা লাকই। শরজু উপাই লৈত্রে, মহাক্কী পুন্সিদু খুনাং চারবনি খন্থরুরগা লুহোংবা য়ান্নদুনা লুহোংনবা মতম লেপখ্রে। চনম পুখ্রি মপালদগী তারক্লিবা পেন্দ্রবা পাও অদুনা মফম অদুদা চৎপা ঙমদ্রবা রাজুনা নোংমা বন্দনাগা উন্নবদা ব্বারী পুম্নমক অদু শিৎ নান্না তল্লে। মহাক্লা য়ু থক্লুবা অদুগীদমক্তদি লাল্লি অদুবু মাবু ওক্তুবা ফৎত্রবা মরাল শিননবা বোরোবনা পুম্নমক্কা মান্নরগা তৌরম্বনি। মহাকসু মমৈদা খঙলকপনি, শরজুবু মহাক্লা তশেংনা নুংশিজৈ মরম অদুনা মাগী মরাইবক থিরবা পুন্সি অদুদি নুপী কৌবদা থিদনা লেল্লগে হায়না ব্বাশকখ্রবনি। শরজুনা মাবু কাওথোক্তুনা নুংঙাইনা পানখিসনু মদুনা মাগী নিংবা থুংজবা ওইরজগে হায়না থম্মোই শোক্লা তমজখি। বন্দনাদু হয়েং লুহোংগদৌরিবী শরজুগী পোৎপাং পিননবা নুমিদাংব্বাই অদুদা লাক্লি। বন্দনানা শরজুদা ব্বারী পুম্বদু শেংনা লিথরক্লবদা নিঙমদ্রবা চৈনানা চাকখিদুনা শরজুগী মীৎলুদগী ইফুৎকী মতৌগুম্না পিরাং শিম্থনা শুৎ শুৎ কপখি। অদুবু মমানা চা পুশল্লক্লবদা কপ্তবা শাদুনা বন্দনাগা ব্বারি তৌনবা শাখি। অহিং অদুমক্তদা বোরোবগী নম্ফু হাফুগী ওইবা ফৎত্রবা মতৌ কয়া অদু নিংশিংনা থম্মোইদু প্রোক প্রোক চাক্লিবা শরজুনা মিৎলু পিরাং থিংঙমদনা মপুন্সিবু নিন্দা তৌজরগা মাগী ফাইল অদু পুথোকচরদুনা শেগাইরবা ফোতো অদুবু নপশিন্নবা হোৎনরকই। গমসু লৈত্রবা অদুদা উপাই লৈতনা অথেংবা অহিং অদুদা উপাই লৈতনা চাকশংদা চংদুনা চাক খরা কোৎলুরগা

শেগাইরবা ফোতো অদুদা তৈশন্দুনা নপশিন্ননবা হোৎনজে। মহাক্রা নপশিল্লিবা ফোতো অদুবু মহাক্রা বোরোবগী ময়ুমদা লৈরবসু লোন্না লোন্না নিংঙমদনা য়েংজরগা পেঞ্জরগে খন্না লাক্লরিবনি, অদুবু নপশিন্নৌ হায়বদু শুকয়া য়াখিদ্রে। মমৈদা মানা হিক হিক কপ্পদু মমানা তারক্তুনা চংশল্লকপদা ফোতো অদু উরুবদা 'মাংলেদনা' হায়দুনা শরজুদগী ফোটো মেচেৎশিং অদু শেগাইরদুনা মৈ থাদোকখ্রে। শরজুনা কপ্পা কপ্পা খাঙমদনা ব্বারী অদু লিদুনা মমানা অচুম্বা অদু খঙলবসু 'ইবেম্মা নরাইবক্কীনি' হায়দুনা থেম নৌদুনা নোংঙানবগা ধুম ধাম মরক্তা শরজু বোরোবদা লুহোংখ্রে।

# ফ্রিদম

এশিয়া মহাদেশকী মফম অমদগী নহা ওইরিবা পাখং অনিখক লমদম অদুদা অসুম লৈদুনা লৈশিল্লকপা অদুদা হৈনিংদবা পুন্সি অমা ওইরকপগুম্না তৌরকপদগী মখোয় অনিদু তান্নদুনা মমা মপাদগী পৈশা হুরান্দুনা মহাদেশ অসিগী মশক নাইবা লৈবাক অমা ওইরিবা ভারত্তা লাকখি। ভারতকী কোনুং দিলিদা মখোয় মতম খরা লৈরকখি। কোইবা য়াবা য়েংবা য়াবা কয়া য়েংলুরবা মতুংদা মখোয়গী মশক্কা য়াম্না মান্নবা মীওই খরা কেপিটেল সিটি অদুদা লৈবদু থেংনরুই। মখোয়না খঙলে মদুদি মীওইশিং অদু ভারতকী নোর্থ ইষ্টরন রিজন্দগীনি। মখোয়না মীওইশিং অদুদা তোরোং খোদানরবা মতুংদা ঙসি নিনি হুম্নী অসিদা মিজোরামদা চৎকদবা মী অনি অমগা মণিপুরদা চৎকদবা অমগা লৈবদুদা মখোয়গা লমদম অদুদা চৎমিন্নবা হায়জখ্রে। উমং হায়রিবা পাখং অদুনা ঙসিদি মণিপুরী মচা অমগা ইম্ফালদা থুংলরে। মহাক্না হোটেল অম্লেদা লৈদুনা মণিপুরগী ইম্ফালদা মফম কয়া য়েংবা হৌরক্লে। শকমান্নরবসু লোনদি ইংলিস নত্তনা ফাওনবা ঙমদে। মহাক্না লৈরিবা হোটেল অদুগী মথক থংবা বিল্ডীংগী শরুক খরদা 'ফ্রিদম' হায়না পোষ্টর থাদুনা থাগী মণিপুরী চেফোং অমা ফোংলিবদু মহাক খঙখি। চেফোং অদুগী এডিটর অদু হোটেল অদুগী মপু ধবলোগী মচা নুপী অহলনি, মখাদা মনাও অমা লৈরিবদুদি মণিপুরগী মপান্দা ডাক্টর তম্লী হায়বা মহাক্না খঙখি। মতমনা অসুম হৌজিনখিবনা মাগী পোকেট্রা য়াওরম্বা পৈশাশিং অদু তুম্না লোয়শনখ্রবদা হোটেল অদুগী মপু ধবলোদা মহাক মপা মমা লৈখিদ্রবা মীজো মচা অমনি মরম অদুনা মহাক্কী পুন্সিবু হিংনবা অমদি অহল ধবলোগী হোটেলগীসু মতেং ওইননবা ৱেটর ওইনা লৈজরগে হায়জরকপদগী ধবলোনা মমা মপা লৈতবা মচা ওইরবদি লৈরো হায়দুনা য়ান্নদুনা চাবা থাক্লগা থা থাগী লুপা খরা খরা পীবদা য়ানদুনা হোটেল অদুদা মহাক লৈখ্রে।

উমংনা ধবলোগী মচানুপী শকহেনবীদা থম্মোই য়াওনা শুমহৎখিবদগী অহোয়ননা ইম্ফাল অসিদা পুন্সি অদু য়ারবদি লেল্লগে খন্না লৈরকপনি। য়ুম অমদা লৈবগুম লৈমিন্নরবনিনা শকহেনবীনা উমংদা য়ুমগী মতেং পাংবগী লৈবগী মতৌদুনা পাখোল নুংখোল শিজন্নরকই। উমংনসু শকহেনবীনা হায়বা খুদিংমক থুনা য়াংনা তৌজে। শকহেনবীগী বোইফ্রেন্দ উতম কৌবা অমা লৈ। করিগুম্বা শকহেনবীনা উতমদা উমংগী লমচৎকী মরমদা ৱারী তৌবদা উতম্নদি মীনাই অশেংবনি হায়দুনা অদুম লৌই। মতমগী মতুং ইন্না ৱেটর ওইনা উমংনা ইংরাজি ফজনা ঙাঙবা অমদি খিং খিং লাওনা থবক ওইনবা তৌবা মতৌ অদুদা মপাগী অয়াবা লৌজরবা উমংবু মরক মরক্তা রিপোর্টর ওইনা শকহেনবীনা শিজিন্নরকই। লাইবক্লা থিরিবনা উমংনা মণিপুরগী মালোমদা সিফাইনা মীচম ১১ রোম মরাল ইরৈ লৈতনা হাৎখিবগী থৌদোক অদুগী রিপোর্ট লৌখি। মতুংদা রিপোর্ট অদুগী মতুং ইন্না ফোটোগা লোয়ননা মাগী জর্নেল 'ফ্রিদম' দা ফনা ফজনা হাপখি। মদুগী মতুং তারকপদা মথং শকহেনবীনা উমংবু থাজরকপদগী ৱেটর ওইবা তোক্কুনা রিপোর্টর ওইননবা মপাদগী অয়াবা লৌখ্রে। উমং মশামক্লসু য়াখ্রে। মথংদা খঙনিংবা অমগা উমংনা এ আরনি চিংনবশিংনা মোরেদা মীওই অমা ফাখিবগী মাইয়োক্তা মৈরা পাইবীশিংনা ২৪শুবা এ আরগী গেট্রা ঘেরাও তৌখিবা। এ আরনা ফুবদা মৈরা পাইবী ১০ অশোক অপন নংখিবদু রিপোর্ট লৌখি। অমুকসু সেক্তাদা নুপীশিংনা খুৎলাই পাইদুনা চীংদা লালহৌবশিং লৈব্রা হায়না থি হুমখি হায়বদুসু য়েংশল্লুই। ময়াং ইম্ফাল পি এসকী মনুং চনবা ফিৱানবুং মনাক্কী মফম অমদা কম্বাইন ফোর্সকী খুৎতা লালহৌবনি হায়বা মীওই অনি শিখিবদুদসু পাও লৌবা চৎখি। মখাতানা মহাক্লা পোরোম্পাৎ পিএসকী মনুং চনবা সলানথোঙ খোঙদা ইম্ফাল ৱেষ্টকী কমান্দোশিংগা কাপ্লবগী থৌদোক্তা লালহৌবনি চীংনবা অমা শিখিবদুসু য়েংশনখি। অমুকসু ইম্ফাল ইষ্টকী ডিষ্ট্রিক্কী মনুংদা টিনসিদ রোদ লম্বীদা কমান্দোগা অমদি ৩২ শুবা এ আরগী খুৎপুগা কাপ্লবদা লালহৌবনি চিংনবা মীওই অনি হাৎখিবদুসু য়েংশল্লুই। হৈঙাং পুলিস ষ্টেসনগী অৱাং নোংচুপ্তা কিঃমিঃ মরিরোম চৎলগা লৈবা সঞ্জেল্লোক্তা নোংমৈ কাপ্লবগী থৌদোক্তা মীওই ৩ শিখিবগী রিপোর্ট লৌখি। কুম্বী পিএসকী মনুং চনবা সলান কোঞ্জিল লম্বীদা ৭শুবা এ আরগা নোংমৈ কাপ্লবদা চীংনবা অমা শিখি, অসিনচিংবশিং শেংনা শেংনা রিপোর্ট লৌদুনা ফ্রিদম চেফোঙদা ফোঙখিবদুনা শকহেনবীনা পেঞ্জবতা নত্তনা ফ্রিদম চেফোংগী মগুন হেনগৎহনখ্রে। মতৌ অদুদা উতম্না কল্লক্লদুনা উমং হায়বা মীনাই

অদুনা পাও লান্না লৌশিন্দুনা নঙগী চেফোঙ অসি মাংলগনি, অফা অপুন য়াওরক্লগনি হায়দুনা অচুম্বা প্রামান খরগা লোয়ননা শকহেনবীদা ইনশনবীবদগী শকহেনবীনা থাজরদুনা উমংবু থিনা চৈ থাংখ্রে। অমরোমদা অতোপ্পা পাওচে অমগী পাওমী অমনা উমংনা পিরিবা রিপোর্টশিং অদু অচুম্বা ঙাক্তনি, মশাগী মথ্বাইবু য়োন্দুনা সমাজগী কান্ননবা অমদি শকহেনবীগী মন্থুলি জর্নেল ফ্রিদমবু মগুন লৈহন্নবা হোৎনরিবদু অতাংবনি হায়না পাওদমখি। মমৈথংদা ব্রেটর ওস্থখ্রবা রিপোর্টর উমংদা শকহেনবীগী থম্মোই য়াওনা নুংশিরকখি। অমসুং মশামক লাল্লে হায়বদু উমংদদি হায়দ্রগসু মপাবুংদা হায়জদুনা উমংবু অমুক হন্না রিপোর্টর ওইনা লৌশিনখ্রে। শকহেনবীগী হন্দক মরক উমংদা উৎলক্লীবা নুংশি শক্তম অদুনা উমংনসু শকহেনবীবু কয়ামুক থম্মোই শোক্লা নুংশিজখি। অদুবু পাখং লৈশা অনিদুগী নুংশিবদি থম্মোই থম্মোইগীনি। অদুম্নমক অনি অদু পোম্বী চেক্লানা জুরা ওইনা পাইমিন্নবগুম্না ফ্রিদম চেফোংগীদমক্তা থবক্তী কন্না শুমিন্নরক্লে।

মতম অদু হোটেল অক্লে অসি মরাই খরা চাইথরকপগুম তৌরকই। শকহেনবীগা নুংশিনরম্বা উতম্না শকহেনবী অমসুং উমংগী মওং অসিদগী নীংবা কাইরক্তুনা অতোপ্পা নুপী কোইবা হৌরকই। মীজো মীচম অসিদা কা হেন্না লোনদিন্নবা মতৌ অদুদা চাকথেক্তুনা নুপা অদুনা য়ু ফাওবা থকচন্দুনা ওক্তবী নুপীগা ফাওবা লোয়নবা য়াওরক্লে। অশোমদনা শকহেনবীনা হায়রিবমখৈ য়াদুনা নুংদি নুংশিরগা ফোঙদোকপদি ঙমদা উমংনা থব্রাই চাক্লা লেপ্লিবদু শকহেনবীনা খঙখিদবদি নত্তে। মরম অসিনা অমনা অমনা মচিন্না নুংশি ফোঙদোক্লদ্রবসু ঙসিসু ফ্রিদম চেফোংবু মগুন লৈহন্নবা অনিদু য়ারিবমখৈ থাদোকনদ্রে। মতম অদুদা উতম্না শকহেনবীগী মমাংদা তৌগে মতাগুম নুপী অঙাংদা কারন্নচিংবা তাশিনবা অদুদা শকহেনবীদু খাঙমখিদে, মমৈদা নুপীদা ঙাওবা ওকত্রবা নুপানি হায়বা খন্দোক্তুনা মাগী ব্রাখল কাওননবা হোৎনখি।

শোমদনা থাইলেন্দগী নিংথৌনা মাগী মচা কোইহন লাইহন ওইরিবা জেমসনা থা ৭/৮ মফম খঙদনা মাঙখিবা অদুদা মৈচাক খাঙমদনা ব্রানা মচাবু থিবা লাক্লখি। মমৈদদি ভারতকী এম্বেসিদগী পাউ অমা ফংদুনা নিংথৌগী মচাদু ভারতকী জগা অমদা লৈরে হায়না পাও লাক্লে। পম্থদনা নিংথৌ অদুনা মাগী পাত্রা মন্ত্রি খরগা ভারততা থুংলরে, ভাবতকী ফোরেন এফিয়ারস মন্ত্রিগা ব্রাতান্নরবদা ভারতকী মফম খুদিংদা পাও থাখ্রে।

মরক অসিদা নোংমা সাউট এসিয়ান ত্রেদ সবমিতকী মণিপুরদা মিফম

অমা তৌখি। মতম অদুদা এসিয়াগী লৈবাক কয়াগী মীওই ৪/৫-৪/৫ য়াওখি। ম্যানমার, শিঙ্গাপুর, শ্রীলংকা, থাইলেন্নচিংবা কয়াগী মীহুৎশিং লাকখি। অদুগুম্বা কনফরেন্স অদুগী পাও লৌননবা শকহেনবী অমদি উমংসু কনফরেন্স অদুদা শরুক য়াখি। মতম অদুদা উমংদা থাইলেন্দদগী লাক্লীবা নুপা ৪/৫ অদুনা খুরুখুদক কুম দুনা খুরুমখি। উমংনা লৈথোক্লবা লাক্লজে। মতৌ অদুদা শকহেনবীনা উমং অসি অচম্বা মীদি নত্তে হায়বসে খঙখি অদুম্নমক উমংনা মীজো মী ঐঙোন্দা ওন্ন তৈননা খুরুমলিনে হায়দুনা শকহেনবীদা হায়জল্লি। অদুম্নমক শকহেনবীগী থম্মোইদা চরাংনবা চিংনবা অমদি অদুমক লৈখি।

ঙসিদি থাইলেন্দগী নিংথৌনা মাগী পাত্রা মন্ত্রি কয়াগা এক্সটর্নেল এফিয়ারস মন্ত্রি অমদি মাগী কাঙবুগা মণিপুরদা থুংলরগনি হায়না মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর য়াওনা মন্ত্রি কয়াগা লোয়ননা এরোড্রোমদা ঙাইদুনা লৈনখ্রে। থাইলেন্দগী নিংথৌ অদুনা লাক্লবদা সি এম অমদি অতৈ কয়ানা গণ সেলুট পিদুনা তরাম্না ওকখ্রে। থাইলেন্দগী নিংথৌ অদুগী অথু অহাগী অপাম্বনা মণিপুরগী ইম্ফাল সহর ময়োলমক্তা লৈরিবা সোসিএল অপলিপমেন্টকী মন্থুলি জর্নেল ফ্রিদমগী ওফিস্তা হান্না লাক্লনবা খন্নদুনা সেক্যুরিতি তাইদ ওইনা চংলক্লে। হোটেল অল্লেগী মপু ধবলোগা উন্নরবদা ধবলোদু ঙক্লদুনা নিংথৌ অদুবু খুরুমখি। নিংথৌ মনাই অমদা নিংথৌ মচা অদুগী ফোটো অমদি থাইগী লুপা অদুদা নিংথৌ মচা অদুগী মমাইদগী মঙক ফাওবা য়াওরিবা ফোটো অদু উরুমদা উমংনা মমা মপা লৈত্রবা মিজো মচানি হায়দুনা মফমদুদা থবক তৌবনচিংবা ধবলোনা শেংনা লিথোরক্লে। মমৈদা হৌজিক হৌজিকমক হোটেল এক্সিলেন্সীদা পাওমীশিংগী ফংসন অমগী চৎখ্রি, মহাক্লা মাং থাজরগে হায়দুনা পুম্নমক্লা য়ান্নরদুনা হোটেল এক্সিলেন্সীদা চৎখি। মাংখ্রে খল্লুবা মচানা ময়াম মরক্তা লৈরম্বা উবদা মচাবু নুংশিনা কোনশনখি। মতৌ অদুদা শকহেনবীনা চঙক্লনা হান্না চিংনরম্বদগী হেন্না চিংনরকখি মদুদি উমং মহাক্লা মীনাইগুম্না শিজিন্নরম্বা অদুদি নিংথৌ মচা ওইরম্লে। নিংথৌ অদুনা মচাদুগী ৱারী পুম্বা তারগা ধবলোদা য়াম্না থাগৎচরদুনা মচা অদু ময়ুম মাইকৈদা পুজখিনবা ভিখ্যা নিজখ্রে। ধবলোনসু কপ্না কপ্না মানা খঙলুদদুনা লংজরম্বা পাপশিংদুবু ঙাকপিয়ু অদুগা উমংবুসু কোনশিনবীরগা চৎলোকো হায়না বিদাই পিখি। উমংনা মপাদা মণিপুরদা চৎনরিবা অফম্পা অমদি মীওৎ মীনৈ অসে পামদে, মসিদগী কন্ননবা থবক শকহেনবীগা লোয়ননা তৌনিংলি হায়খি। অদুবু মপা নিংথৌনা উমংবু নমদুনা মীয়াম অদুগা লোয়ননা থাইলেন্দগী কোনুং বেঙ্কোক য়ৌখি। বেঙ্কোক য়ৌরবদা

নিংথৌনা উমং হায়না খঙনরিবা জেমসতা নুপী অমা লুহোংনবা কন্না থেমজখি। অদুবু জেমসনা লুহোংবা অদু সুকয়া য়াখিদ্রে। কোন্না থংদা মপানা শকহেনবীবু পুথোরক্লবদা জেমসনা পুমঙ   ঙক্লা হরাও ঙমখৈ লৈতনা লুহোংবা অদু য়াখি।

# মানা ঐবুদি নুংশিরিমাল্লে

সপনাগা নিংথেমগা হেক খণ্ডনরকপদগী থম্মোয় থম্মোয়দা নুংশি কিশি কিনখি। উনদ্রবদি লৈঙমদবা মতৌনা অমনসু অমনসু তোয়না উননবা মতৌদা তাঞ্জা পীনজৈ। করিগুম্বদা সপনানা মমাঙ পৃথ্রী তম্না নাকলদা সনাবুল কোন্দুনা ঈশিং শোকপা নুমিদাংৱাইরম মতারোই কয়াগা তত্তনা থোরকপদুনা নিংথেমনা সপনাবু তোয়না উনবা ফংজবা মতৌনি। ৱারীদি অয়াম্বা মতমদা চম্না শানজৈ, অদুম্নমক অনীদুগী থম্মোয়দা নুংশি মরী অমদি লৈ হায়বদি তত্তনা সপানাগা লোয়নখিবা বসন্তিনা খণ্ডখি। সপানাসু বসন্তিদা নিংথেমবু তত্তনা উজনীংবা অমদি নুংশিজবা ফোঙদোকচৈ। বসন্তিনসু অফবা নুপানি মশকসু ফজৈ হায়দুনা পূক্লিং থৌগৎলি। নিংথেমনা সপনাগী নুংশিবা মতৌসু বসন্তিনা খণ্ডই অদুগা বসন্তিনা মখোয় অনীনা ৱারী শাবদুদা ফাগী তৌদুনা নখোয় অনীগী নুংশি ৱারীসি তোয়খ্রেদা সিনেমা প্রোগ্রামদি শুংতৌ তৌনদে হায়দুনা ফাগী ওইনা ফোঙদোকই। অদুদগী ইকায় খাঙদুনা নিংথেম্না য়েংমিন্নসিবু য়ারবদি য়েংসিনে হায়দুনা ফাগী তৌরকপদা অওই ওইনা য়াদুনা সপনাগা বসন্তিগা লোয়নননা হয়েং নোংমাইজিংগী পূং ১ গী সিনেমা শো য়েংলুসি হায়দুনা য়ানখি। হরাওবনা থূমহৎলবা থম্মোয় অনীদুনা নোংমাইজিং নুমিৎতা উষা সিনেমা হোলদা বসন্তিগা লোয়নননা থুংলখি। নুংঙাইবনা থল্লবা থম্মোয় অনীদুগী মথুম মরাং হৌরিবা থম্মোয় অনীদু খণ্ডলবী বসন্তিগা লোয়নননা সিনেমা হোল অদুগী বেলকোনিদা কাখৎলকপদা সীটতি থংননা ফমিন্নবা ফংদ্রে। বসন্তিগা সপনাগা অমা মমাঙ সীটতা থংননা ফমিন্নরে অদুগা মনীং সীটতা নিংথেমগী তাখ্রে। থম্মোয় থম্মোয়দা ইপেন পেন্নদবা অমা ফাওবগুম তৌনখি, অদুবু সিনেমাদি য়েংলে। ৱা খণ্ডবী বসন্তিনা হাফ মতুংদা অচা অথক চারবা মতুংদা সপনা অমসুং নিংথেম ফম্মিন্নহল্লে। মহাক্না মনীংগী সীটতা নাইতোম ফল্লে।.হৌজিক্তি তপ্না তপ্না পাখণ্ড লৈশাবী অনীদু চিবোন চিবোন ৱারী শানরে।

অমনা অমবু নুংশিয়ে হায়বসি অনীদুনা খঙনয়ে। অসুম্না নুমিৎ অদুমা হৌগ্রে। অদুম্নমক থম্মোয় অনীদুনা নুংশি ঈখৌ লাংনবদি নুমিৎ অদুদগী হেক্লিন্নকপগুম তৌনগ্রে। কুম্মে ফিয়োং কয় না অনীদু তৎতনা চৎমিন্নরক্নে। নুংশি চিন্নোক্লনা অচীকপা মফম কয়াদা ফমিন্ননা নুংশি ৱারী তৌনরে। মতমদুগী সপনাখোইগী লৈকায়দা তৌবা গৌর লীলাগী কুম্মে অমদা অনীদু তুং ওইরগ্না ফমিন্ননা য়েংমিন্নে। অচাপোৎসু চামিন্নে। ৱারীসু চীক্লা অদুম শানখি ফাগী তৌনদুনা নোকমিন্নে। বসন্তিগা সপনাগা ফি অমনা ইনমিন্ননা ফমিন্নে। অদুবু ঙসি ফাওবদা নিংথেম্না নুংশিবদা কা হেন্না নুংশি মিলন অমগী অপাম্বা ঈঙ্গিৎতি পীবা লৈখিদে। ঈখৌ লাংলবী সপনানা অচীকপদা তাঞ্জা কয়া পীখি। অদুবু মদুদা নিংথেম্না তাঞ্জা খঙনা খঙনা থৌওইদনা লৈজখি। মসিমক নিংথেম্না সপনাসে শোয়দনা মাগী পুক্সিগী খোঙলোয় ওইরগদবনি হায়না খঞ্জবদগীনি। অদুবু সপনাদি করিগুম্বা মতমদা নিংথেমগা ঙাথু থেংথুবনচিংবদা মঙলান অমদা তাউথহল্লি।

নিংথেম মখা লৈকায়দগী শক চু ফজবা পাখঙ অমনি মহাক বি এ লোইরবনি, মরম ওকপা মমা মপানা য়াম্না লুনা চান্না তৌবগা ওইবগা ওজা ওইহন্নবগীদমক্তা শেল পীগ্রবনি। শোয়দনা ওইরগনি হায়বগী মতৌসু লৈগ্রে। ইনাক কৈরাক্কা হেন্না খুনবা নৎত্রগসু অদুম্মক চাবা থকপা ৱাৎতনা নে-না তানা হিংবা ইমুং অমগী মচানি । মশক মতৌসু ৱাং চাউনা ঙৌনা রাশি লৈনা ফজবা নুপানি। সপনানা অৱাং লৈকায়দগীনি, মমা মপানা লুনা তৌজবী সপনাগী ইমুংদি নিংথেমখোয়গা য়েংনরুবদা খরা নোপ্লপ লৈ, অদুম্নমক অনীদুনা খেন্নবা মতৌ লৈনজদে। ঙসিদি লাংবন পূর্ণিমাগী ফজরবা অহীং অদুনা নোবাপ মখোঙদা অনীদু চিবোন চিবোন নুংশি ৱারী শানজে। শকহেনবী সপনানা মাগী ফজরবা ঙৌরবা ৱাং চাউরবা তনোই তনোইরবা হকচাংদুবু শুমহৎগ্রসনু মতাগুম মোমোন মোমোন থাবলগী লুপা মচুগী মঙালদা ঙাথু থেংথরকপদুনা নিংথেমবু মঙলান অমদা পুখিদবদি নত্তে। অনীমক্কী থম্মোয় অনীমক তনীক তনীকখিবনি। তনীক্লবা খোঞ্জেলনা অনীদুনা পুক্সি লৈপুন ওইনসি ৱাশক্লখি। অদুবু সপনাগী যৌবনগী মংলান অদুবু থৌওইদনা করিমত্তা খঙবীদনা নিংথেম্না চৎগ্রিবদু সপনানা য়াম্না নীংঙমখিদে।

সুখির মনীং লৈকায়দগী ইনাক কৈরাক খুনবা সপনাবু য়াম্না খোইদাজবা নুপানি। মহাক মী কয়া কিদবা তৌবা ঙম্বা নুপা অমনি। মহাক সপনাগী মপাগা তোরোৎ খোদান্নে। মরক মরক্তা সপনাখোয়দা মহৌশাদগী অদুম লাকই। সপনা

মপাগা মরক মরক্তা য়ু থকম্মিন্নে। সপনা মপাসু শেম্ভোক ব্রাংপনা সুধিরদগী শেলগী মতেং লৌবসু অদুম য়াওই। সপনানা মঙোন্দা সুধিরনা য়েংলকপা মীৎয়েং খঙদবা নত্তে, অদুবু মপাগা লোয়ননা মরক মরক্তা থক চাবদুদা করিসু হায়রুদ্রে। অদুবু সুধিরনা হন্দক সপনানা নিংথেমগা তত্তনা ব্রারী শাবা, উনবগী পাউ ফংবদগী সুধিরনা ময়াই কাবা অমদি কল্লক কঞ্জাউবা মতৌ অমা ওইরক্লি। মাগী ওইনা সুধিরনা মপাদা মমাদা সপনাবু মঙোন্দা পীগদবনিকো হায়দুনা ফোঙদোক্লবদা সপনাগী মমা মপাসু মঙোন্দা করিগী পিরোইদবগে ইয়াসিদি হায়না ফাগী ওই... তৌরিবনি। লৌখাও শেল, লৌয়ে শেল সুধিরদগী অদুম পুই। মমাঙথক্তা হার লৈনবা পৈশা ফাওবা পুখি। অদুবু শিংগে য়াখিদে। সুধির ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা...

তোরোৎ খোদানবা মতৌনা সুধিরনা সপনাগী মমা মপা অমসুং সপনাদা মৎ কাবদু সপনা মমা মপানা খঙই। সুধিরগী মমা মপানসু সপনাখোয়গী ইমুংদা লৈত-লায়র য়েংলিবনি। মরম অদুদগী হন্দক সুধিরনা কা হেনবা ব্রাঙাঙ কয়া সপনাদা থন্নকপা অদুনা সপনাগী অব্রাবা অমা ওইরকই। সপনানা সুধিরবু তৃক্কৎচরকই। মহাক লাক্কনি খল্লুবদা পাখৎচৈ, ব্রাজৈ। মদু মমা মপাদা নত্তনা সুধিরদা ফাওবা সপনানা ফোঙদোকখ্রবনি। অদুবু মমা মপানসু থৌওইদবগুম তৌখি অমসুং ইকায় খঙদ্রবা সুধিরনসু থৌব্রা ইশা শাদে। সুধিরনা সপনানা মাবু নুংশিদে হায়বা খঙলবনা, নুংশিনবা শেম্থাংনচিংবা কয়া পীনবা লাক্লে, অদুবু সপনানা লৌখিদে। মমা মপানদুম মরৌখি। মদু সপনাসু খঙদবা নত্তে অদুবু মমা মপাদা হঙ্গৎনা হায়জবা ঙমখিদে। সুধিরদি তত্তনা লাক্লি। সপনানা লাপ্না লৈনবা লাক্লজে। মিপাইরবী অদুনা নিংথেমদা চেল্লসি হায়দুনা কয়ারক হায়খ্রবনি অদুবু নিংথেম্না মাগী থবক অদুতা হায়দোক্লগা থা অমনিদা থবক পায়বা ফাওবদং ঙাইখিসি হায়দুনা খাঙনরি। মতম অদুদা সুধির অমদি সুধিরগী মপা ইবুংঙো অদুনা সপনাবু মাগী মমা মপা অদুদা কন্না মৌ ওইননবা তকশিল্লকই। মমৈদা সপনাবু মপানা ফাব্রা পুনব্রা চেল্লে হায়বগী নমাদা থোক্লো অদুগা লুহোংথোক্লসি হায়দুনা শিন্নরকপদগী খঙহৌদনা নোংমা সপনাবু সুধির অমদি মাগী খোঙবুনা মচিন মেন্দুনা ভেন অমদা ফাদুনা পুখ্রে। নিংথেমসু পাউ অদু তারে, সপনাদু ফাবোই করিবোই সুধির হায়বা গুন্দা অদুনা পুখ্রে। অহীং অনী লেল্লুরবা মতুংদা শেলগী শক্তি অমদি নুপী ওইবীগী ইজ্জৎকীদমক লুহোংনবা য়ানখ্রে। নিংথেম হৌজিক করিদি তৌগনি। হৌখ্রবা নুংশিগী থৌদোক কয়া নীংশিংদুনা অনুতাপ তৌজৈ। মীৎমাঙদা উরিবা হৌখ্রবা

থৌদোকশিং অদুগী মনুংদা নোংমা লাংবনগী পূর্ণিমাগী অহীং অদুদা সপনানা মাগী থোৎ নৌরবা হকচাং অদুনা ঙাথু থেংথুখিবা অদু পাউখোং অমা ওইরক্লে। নীংঙমদবনা মৈ হৌনা চাক্লক্লে। সপনাগী তথোৎলবী ৱাহৈনা "চেল্লসি, চেল্লসিবা" হায়দুনা সুধিরগী শাফুদগী কয়ারক হায়জখিবদুগী তেন্না থম্মোয়দা য়ৈররি। মপুন্সিদা য়ু হায়বদুগী মহাও খঙখিদ্রবা নিংথেমনা য়ু থকচিল্লদুনা হাইরপ ঙাওনা লাক্লুনা নীংঙমদনা লেপ্লদুনা দোলাই থক্তা সপনানা মীৎলু পিরাং চোন্না চৎখ্রিবদু উহৌখি। খাঙমদ্রবা চৈনারক্তা য়ুগী নিশানা পেৎথরক্লুনা মায়থোঙদু পিরাংনা চোন্না হীক্লা হীক্লা কপ্লকখি। মতৌ অদুদা মরূপ নিরঞ্জন্না হায়বীখি, "হায় অঙাওবা নুপী কায়নবগীদমক্তা মমা মপা শিখিবগুম্না কপ্লীনহে, কান্নদে লাউ পেগ অমা অনী থক্লুখিসি" অসুম্না নিংথেমগী মখুৎ পায়দুনা চিংখি।

নিংথেমদু হন্দক্তা ওজা ওইরবগী মতুংদা অহানবা থাগী তলব ফংলবদা মমা ইবেম্মদা পৈশাদো লোইনা পীশিনজৈ। মমানা ঙা লৈদুনা মচাগী অহানবা তলব ফংবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা মচাবু ঙা পীজনবা হাউনা থোংখি। অদুবু নিংথেমদু য়ু পঙনা ঙাওদুনা ঙা থোংবা অদু চাদনা ফমুংদা তূমখি। মমা অমসুং মপানা হন্দক নিংথেম্না মমানা পোকপদগী য়ু থক্লমদবদগী থক্লকপা অদুদা য়াম্না থম্মোয শোক্লা পেনজখিদে। মমা মপানা ফত্তবা সঙ্গ তৌদনবা য়ু থক্তনবা কয়ারক হায়জৈ অদুবু নিংথেমদি মবক মরক্তা য়ু থক্লগা লেনবা হৌরকই। ফরমখ্রবা মচা অদুগী মতৌ অদুদা মমা মপা অদুগী ৱাবগী পনখৈ লৈখিদ্রে। মতৌ অদুদগী মখুরা মতোন তান্নদুনা নুপী অমত্তং থিজিল্লগা য়েংলসি হায়দুনা খন্নরকপদগী মচাদা হৌদোকলুবদা মচানুপানা য়াবা মরৈখিদ্রে। উপায় লৈত্রবা মমা মপা অনীদুনা থা অনী অহুম অসিদা কন্না তকশিল্লকপা অমদি মাবু হেক পোকচবী মমা ইবেম্মা অদুনা মীৎলু পিরাং তানা কপ্লদুনা "ইমানা হায়বসিমত্তং য়াবীয়ু মদুতবু ইল্লবদি ইমাগী খোল্লাংগী চিখাক অমগী লমন শিংজবা ওইয়ু" হায়জরক্লবদা নিংথেমদু উপায় লৈতনা মধুমতি কৌবী শরুহেনবী অমগী বর ওইনা লুহোংখ্রে। নিংথেম য়ু থকপদি চাং খরা হল্লে অদুবু মরক মরক্তা থকপদি লেপত্রি। মহাক্লা য়ূম ফাওবা পাল্লরোই হায়না পুন্সিগী ওইনা লেপ্লুবনি অদুবু অপোকপী মমাগী পিরাংনা চোল্লবা মায়থোঙগা লোয়ননা হায়জরকখিবা "ইমাগী খোল্লাংহগী চিখাক অমগী লমন শিংজবা ওইজরো" হায়বা ৱাহৈ অদুদা খাঙমদনা লুহোংখিবনি। পৃথিবীদা পান্দবকী আর্জ্জুন নত্তনা কনানসু মমাগী খোল্লাং চিখাক অমগী লমন শিংবা ঙম্বা লৈখিদে হায়বা ৱারী লৈবনা নিংথেম্না মমাগী য়াথং কোকথক্তা হাপখিবনি।

অৱাং লৈকায়গী লাই হরাওবা লোইবা নুমিৎতু য়ু খরা খরা ঙাওবদগী মরূপ নিরঞ্জনগা লোয়ননা ঙাইহাক য়েংলুসি হায়দুনা নিংথেমদু লাকখিবনি। ইখঙ খঙহৌদনা মংগুম হাগুম, তনান তনানবী চাউদম শাংদম্বী মতৌ পুৰী সপনাদু অঙাং অমা পল্লদুনা কুম্মে য়েংলিবদু লাপ্পল্লা নিংথেম্না উরুই। তু খ্যাও চুংনা থুরপ নাকলদা কল্লিবা পোৎয়োনবী অদুদগী হাওরবা বিসকুট অমা লৈরদুনা ঙাওরপ তৌনা নিংথেম্না সপনাগী মনাক তল্লকই,

-সপনা।

-তামো।

- অঙাংসে নুপারাও?

- মানি তামো, নুপানি।

- সে বোই অচাপোং চাওসে।

অঙাংদো মমারোমদা ওনশনখিদুনা অচাপোং লৌখিদে। মমানা নুংশিনা “লৌ বুংচা” হায়রকপদুদা নোকফেৎ তৌনা অঙাং অদুনা পীক্লবা মখূৎ অদুনা বিসকুট অদু লৌখি।

# মপোক অসিমগী নুপী কৌবদা থিখ্রবোই

উতমগী মরুপ থোইথোইদু এদুকেসন ওফিসকী সাইন্স সুপরভাইজরনি। উতমদি বি.এ পাস তৌজরবসু সরকারগী থবক ফংদ্রি, ফংননবা মচাক মতৌসু লৈত্রিবনি। মমা লুখ্রাবী কৈথেল লুকমাই পানবীনা য়োকপনি। মনাও নুপা অমনা কোলেজ তন্নি, মচল নুপী অমসু হায় স্কুল তন্নি। মচল অমসুং মনাওবু লুনা চান্না তৌজবা উতম অনি অদুগী মহৈ মশিং তম্বগী অমসুং মমা অদুনা পুরিবা য়ুমগী পোৎলুম অদুগী মতেংগীদমক্তা ফর্নিচর ফার্ম অমদা উ শুবা য়াওদুনা হিংজরিবনি। মশক মতৌদু চুং ফিরাল চানা, ভৌনা রাশি লৈনা ফজবা পাখঙ উতম্বু মমান্নবা কয়ানা লোয়নিংই, নুংশিবী, মরুপ থোইথোইনসু মরক মরক্তা মাগী য়ামাহাদা হাপ্পুনা উতম্বু কোয়বা পুই। অদুবু উতমদি সরকারগী সার্ভিস তৌবা নত্তনা হুমাংমন্না শু নোমদুনা পৈশা তানবা ওইবনা মতমদি কয়া শংজদবনি। ঙসিদি মখোয়ী লৈকায় শগোলবন্দদগী থোই থোইনা মাগী য়ামাহাদা হাপ্পুনা ক্বাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকায়রোমদা পুরকই। মদুমক্তি থোইথোইনা মাগা নুংশিনজবী তোমথিন ওইনা শকহেনবী শরিতাবু উন্নবগী প্রোগ্রামগীদমক্তনি। লৈকায় অদুগী মখোয়গী মরুপ ধনানসু ঙাইদুনা লৈরমই। মখোয় অহুম লশ্বী ময়াগী পান্দুকান অমদা ব্রারী তৌনদুনা বিস্কুট লৈদুনা য়েন্নদুনা চাদুনা লৈরিঙৈ, নুমিদাংব্রাই অদুদা শকহেনবী শরিতা অমদি মমান্নবী দশু খোঙথাং তপ্পা থোরক্লে। লশ্বী ময়াগী চা হোটেল অদুদা মখোয় মঙাদু ফম্মীন্নদুনা নোক্লা খেনা ব্রারী শাদুনা চা বোরা চামিন্নরি। শরিতানা উতম্বু কনানা খঙদে, হংসু হংলুদ্রে, থোই থোইগা লোয়ননা লাকপদি অনিরক অহুম্নক শুখ্রে। মাগী ব্রা লাং কয়া ঙাঙগন্দবা, মোং হাদবা মতৌনা ময়ামগী মতুং ইন্দুন লৎ-লৎ অদুম চম্লা য়াওজরিবা মতৌ অদুদা শরিতানা উতমবু কনানো খঙনিংখি। অদুম্নমক মতম অদুগী ব্রারীদি মপুং ওইনা থোইথোই অমদি মাগী ব্রারীনি।

ঙসিদি শরিতানা লৈকায়গী মবুং ধনাদা থোইথোইগী মরমদা ব্রারী শারম্বদগী

হৈশিংনা থোইথোইগা মরক মরক্তা লোয়নরক্লিবা মশক মতৌ ফজরবা ঈং তপ্লবা পাখঙ অদুবু খঙনিংনা হংজরকখি

- থোইথোইগা তত্তনা লোয়নরক্লিবা নুপাদুবু কনানো?

- উতম কৌই, য়াম্না চম্বা মীনিদা।

- ব্রা লাংসু কয়া ঙাঙদে, মাগী মতৌদুদা চম্না নুংশিবা অমসু পোকই তা ধনা।

- ওহ্মোকপনিহে, মঙোন্দা অমুক নুংশিরক্তোইরা? নখোয় ইনাক খুনবী নুপী জাৎসিদি মিৎ য়ামখ্রেহে।

- নত্তে হায়মী, মহাক্কী মতৌদু চম্বদুদা থোইথোইগী মরমদা খঙনিংবা কয়া হংবদা শোয়দনা শেংনা মহাক্লা লিথোরক্কনি, থোইথোই মশাদদি করম্না হংলুগনি।

- খঙঙে, খঙঙে ইবেম্মা, নঙগী অপাম্বা অনিংবদুতা থুংহন্নবা ঐ তৌরগেকো।

অসুম্না সরিতা অমসুং ধনানা ব্রারী শান্নখ্রবগী মতুং নুমিৎ হুম্নি শুবদা ধনানা উতম্বু উন্নবগীদমক্তা শগোলবন্দ তম্লকই। তান চাবা হায়গদ্রা থবক চিনজখ্রবা উতমদু ধনানা ময়ুমদা উন্নবা ফংজখি। ধনানা শরিতাগী ব্রারী পুম্নমক অদু তম্লবদা উতম্না মহাক্তি উন্ননিংদে, অরোন অথুপ লৈরবসু মশা মশা ব্রারী শান্নহনবনা ফগনিদা হায়দুনা ধনানা হায়জখি। অদুবু ধনানা 'মাগী মায় অমুক্তদি য়েংউ, মানা উতম্বু শোয়দনা পুরক্কুনা উন্নহনগনি হায়জিল্লুরে' হায়দুনা প্রেসর পীরকখি। উতম্না মকোক্তা হোৎলদুনা তনখ্রেদা ভাই নঙ অসিমা হায়দুনা ব্রাখল ঙাইহাক তৌরবা মতুংদা তঙাইফদবদগী - হংচিৎ নুমিদাংব্রাই নখোয়দা লাক্লগে হায়দুনা হায়নরে। ধনাদু হরাওনা মাগী সাইকলদু থৌরদুনা লাকখি।

ধনাগী চম্লবা কা অদুগী টেবলগী নাক য়েত্তা চৌক্রি অমমমদা শরিতা অমদি উতমদু ফম্লি।

- তামোবু করি থবক তৌবিরিবগে?

- ঐদি লায়রবনিনা নোংমগী হিংননবগীদমক্তা ফর্নিচর ফার্ম অমদা য়াওজদুনা থবক শুজবনি, উশুবনি।

- নুপী অঙাং লৈবিদ্রিবো?

- ঐদি নুপী অঙাং থিগে খনজদ্রি, থিবা তারবসু ইনাও অসিগা ইচল অসিগা মওং অমমমতং তাহল্লগা কোন্নগী কোন্না থোক্লবা অমা লাক্লি খল্লি।

- এ! নুপা ওইনা পোক্লগা, ইনাওগীসু ইনাওগীনি, ইচলগীসু ইচলগীনি, মীওইনা পোক্লবনা মতম চানা য়ুম পানবদি ফবনিদা।

- অদুনবু কোন্না কোন্নগী হায়জরিবসিনি। হৌজিক কালসিদি নুপীবু থিগ্ত্রবদি নুপীগী য়াকাদা মচিন মনাও মমা মপা কয়াবু মীরাইবগী থৌদোক কয়াগী শক্তম সমাজদা ঙসি ঙসি তত্তনা থোক্লি, লীলা, দ্রামা, সিনেমাদসু তত্তনা উন্নরিবদুনি।

- য়াম্না ফজবা আইদিয়ানি, অদুবু নুপী খুদিংমক্লা নুংশিনজরবা ইমুং পুম্নবু থুগায়নবদি নত্তেদা, মদুদি কদাজিৎনি। চিকোন নাওকোনবা, অফবী নুপী কয়া লৈরিকো।

- মদুদি অতাংবনি, অমরোমদা অফবা নুপী ফনা ওইরবসু নুপানা নুপীবু থিগ্ত্রবদি মওং অমদি অদুম শোয়দ্রবনি। মরম অদুনা অৱাবা মশক খঙলবা ঐনা ৱারবা ইনাওশিং অসিগী মওং তান্ননবা শেল্লম্বদি পাল্লি।

- নঙগী উশুবগী থবক অদুনবু মদু ঙমগদৌরিব্রনে? হায়বদি কনাগী মতেং য়াওদনা?

- নত্তে, নত্তে, ঐদি মপু অদুগী মখাদা থবক শুজবনি, ঐখোয়গী ফার্ম অদুগী মপু অদুদা এঙ্গেজ তৌবিরবদি ঐগীসু অঙম্বা মতেং পাংজগনি।

- ঐগী লুহোংবদা করিমত্তা পাংবদি ঙল্লরোইদ্রা?

- মরুপ থোইথোইগী মায় য়েংদুনা অঙম্বা খরদং ঙমজনবা হোৎনজগে।

- মরুপকী মায় য়েংদুনা নত্তে, ঐগী য়েংদুনা হায়বিয়ু।

মতাং অদুমক্তদা ধনাদু চাগা ওমলেটকা পুদুনা চংলকই। উতমগী ৱাহৈদু নাকল অমদা পুথোক্লগা ধনানা চৎকে তৌবদু কন্না খামদুনা মাগীসু চাগা ওমলেটকা পুরক্তুনা ফম্মীন্নদুনা নোক খেনা ৱারী শান্নদুনা অহুমদু চামিন থকমিন্নখি। অহুমদুগী ৱারীদু চমখি অদুবু অর্থ লৈখি।

ঙসিদি শরিতাগী থম্মোয়দু য়াম্না খোইরাং খোইশাওনৈ, তৌফম খঙদে, মদুমক ঙসিগী নুমিদাংৱাইরম অদুনা থোইথোইনা লাকপদা উতম নত্তবা অতোপ্পা নুপা অমা লোয়নরকপা অদুদগীনি। ৱারী ৱাতাই কয়া শানৈ, অহাওবা অচা অথক কয়া চামিন্নখি, অদুবু শরিতাগী ৱাখল ইঙাও ঙাওই, ইতাও তাওই মেন ইতা তাখিদে।

ইকায় ইকি হুন্দোক্তুনা ঙসিদি মাগী কাইনেটিক হোন্দা ইস্থোক্তুনা হেমলেট উপ্তুনা নানবা য়াবমখৈ নাল্লে খল্লগা মতারোই দশুগা লোয়ননা নুমিদাংৱাই অদুদা ককঙাওনরবী শরিতানা শগোলবন্দ মাইকৈ তম্লকই। ধনানা তাকপা লম্বী অদুদা

থিজদুনা কাইনেটিক হোন্দা অদু উতমখোয়গী ময়ুমলোমদা থৌজিল্লকই। মতমদু উতমগী ময়ুমদা মচলনুপী খক্তা লৈরম্মী। শরিতানা লৈশাবী অদুদা য়ুমসিবু তামো উতমগী য়ুম্না হায়না হংলুবদগী খঙলে মদুদি য়ুম অদু উতমগী য়ুমনি, অদুগা লৈশাবী অদুনা উতমগী মচলনি, শুশিলা কৌই। অদুব খৌরাংলিবা উতমদি উশুবা চৎখ্রে, থবক চিল্লবগদি নুমিদাং অথেংবা ফাওবা শুই হায়বদুনি। শরিতানা শুশিলাবু য়াম্না নুংশিনা খোম্না ব্রা ঙাঙবদুদা মতারোইগী থম্মোয় খঙলবী দশুনা "মমাংঙৈগী থোইবীগা খমনুগা শকখঙ মায়খঙনবগা পাংখক ওইরে" হায়না হায়দোরকপদগী অহুমদু নোকমিন্নখি। অনিদু থোরক্লে। অদুবু শুশিলাগী মনাকোংদা দশুনা হায়খিবা ব্রাহৈ অদুগী খোঙ্গাং অমা য়ৈরক্লি, মরমদি মাগী মবুং, নুপী অঙাংগী ব্রাখল লৈতবা ওইরগা করম্না ফজরবী নুপী অমনা থিরকপা, হংলকপা ওইগদগে, অদুগা অমরোমদনা নুপী অদুগী মতারোই অদুগী ব্রাহৈ অদুগী অর্থনা করি ওইফম থোকপগে অসিনি।

পাউ অদুমক লাংতক্লনা মথংগী অয়ুক্তা শুশিলানা মবুংদা তমজে। অদুবু মবুংনা মাগী তামো থোইথোইগা নুংশিনজবনি চম্না অসুম চংলকপা ওইরমগনি হায়দুনা ইরাই লাইনা খুমদোরকখি। অদুবু উতম মাগী মথম্মোইদসু চরাংনবা অমনদি ঙাওহন্দবা, নুংনাংহন্দবা নত্তে। অদুগা মচল অদুনসু মাগী মবুংগী পাউখুম অদুদা পেনখিদে।

থম্মোয় নিংঙাই অমনা কন্না ককঙাওনরক্লিঙৈ মতম অদুদা মরুপ থোইথোইদু লাক্লনা 'শরিতাসে নাপল অমা তৌখ্রে, অহেনবা অমা লৈখ্রমাল্লে, মতমসিগী শকফজবী ইনাক কৈরাক খুনবী নুপীশিংসে মমিৎ য়াম্বা ব্রাখল য়াম্বা য়াওই হায়না তল্লরি। অদুবু উতম্না নুংশিনরগা পুশিনবা ঙমদ্রবা নঙসু অঙকপনি হায়জবা নত্তনা কা হেন্না মখা তাবা ঙমখিদে।

কুইদে থোইথোইগী নুপী অমা চেল্লে হায়দনা লুহোংবগী বার্ত্তন য়ৌরকখি। শরিতাগা নুংশি নুংশিননা কোইবা নুপীনি। শরিতাসু পাউ অদু তাদবা নত্তে, অদুম্নমক মহাক্কী নুংশি লম্বীদা য়াইফরবনি হায়বসে শরিতাগী ব্রাখলনি। মহাক্না থোইথোইগী মমিৎ য়াম্বগী মতৌ মাংজৌননা খঙখিবনি, মরম অদুদগী মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনখিবা মায় পাকখিবনি। হৌজিক্তি শরিতানা থোইনা হেন্না উতমবু উন্ননিংবনা লাংতক্লহল্লি। মরম অদুদগী মাগী তাদা ধনাদা উতমগা অমুক্তা উন্নহল্লু হায়দুনা পিগা ইরা হেক চেন্না হায়জরকখি। ধনাদু উপায় লৈত্রদুনা উতম উন্নবা লাকখি। মতমদু উতমগী মমাদু নাদুনা ইয়ুংদগী হেন্দ্রিবা মতমনি। মরম অদুনা পৈশা নুংশাগী,

চান-থক্লবগী উতমগী মথা য়াম্না শাবা অমসুং মমা লুকমাই পানবী অদুনা নাদুনা শোঙ্ঘরকপা অদুদা মীপাইরকপনা ধনানা ফনা কন্না হায়জরবসু মহাক্লা শরিতাগা উন্নবা ওন্নোইদৌরে তন্নরে। শরিতগী ৱাখল তয়াং তশোননৈ। তশেংনমক উতম্না মাগীদমক্তা করিমত্তা খল্লমদবা, নুংশিরমদবদি ওইরোইদবা মতৌনি হায়বসি মহাক্লা নোংম্না ধনাগী য়ুমদা উতমগা উন্নদুনা ৱারী শান্নখিবদা খঙখিবনি। লমহেনবী তৌওশ্নীসু তাজরবসু, ৱাখল অসিনা মাংওইননা ঙসিদি য়াম্না কেনা, নান্না মাগী কাইনেটিক হোন্দা অদুদা মতারোই দশুবু পুরদুনা উতমগী য়ুমগীদমক থোরক্লে।

উতমগী য়ুমদা শরিতানা মচল ইবেম্মা শুশিলাগা হান্না মায়োক্লে। শুশিলাগা ৱারী কয়া শান্নরবা মতুংদা শরিতা অমসুং দশুবু মমা অনাবদুনা হিপ্লিবা কা অদুদা পুশিল্লকই। মদুমক শুশিলানা মবুংনা কা অদুদা মোরা অমদা ফমদুনা মমা অনাবা অদুগা ৱারী শারিবা মতৌ অদু খঙনা তৌরকপনি। মোংলবা ফম্ফম কা অদুদা শানানবী শরিতা অমসুং দশুবু খঙহৌদনা মচলনা পুশিন্দুনা চংলকপা মতৌ অদুদা উতমগী হকচাংদু তু খ্যাও চুংখি।

- শরিতা, দশু নখোয় অনিনা লাকপসি ঐদি মঙগুম্ন থোক্লেহে।

- মঙ নত্তে তাইবংনি। ইম্নাবু কয়াম কন্না ঙমদবনো?

- য়াম্না কা হেন্না কন্না ঙমদবদি নত্তেদা, মশাগা খরা শোনবা অসিদা লায়না অমনা নারকপদা হেন্না শোল্লকপনি।

মচা পাখঙ অদুগী খঙনা চান্নবনি হায়দুনা ফজগ্রবী লক্ষ্মী সরস্বতি মতৌগুম্নী নুজা অনিনা মাগী ফম্মাং অদুদা অনাবা হংবা লাক্লিবনি হায়দুনা মোরা অমমমদা ফম্নরিবা মতৌ অদুনা মথম্মোয়দু পেন্না নুংঙাইজরিবী মমা ইবেম্মা অদুনা লৈশাবী অনীদুগা তপলপ্না ৱাহং পাউহংনদুনা নুংঙাইজরি। ৱা খঙবী মচল শুশিলানা চা লোল্লক্লুনা ময়ামদা শকখঙ মায়খঙননা য়া য়া নোক্লুনা চাদু থকমিন্নখি। মতুংদা শকহেনবী শরিতানা চামঙা চংপী অনিখক বেগ অদুদগী শত্তোরক্লুনা 'শে ইম্না চানিংবা করিনো অমা চাবিয়ু' হায়দুনা য়াম্না নুংশিনা পিনিংনা মমা ইবেম্মা অদুদা পিজরকই। উতম্না 'এ! এ! শোল্লিঙৈদা মমা অদুনা ইচানা পিবা পৈশা অসিনা ইমাগী অনাবসে ফগদৌরিবনে' হায়দুনা লৌশিনখি। উপায় লৈত্রবা উতমদু কাইনেটিক হোন্দা তোংদুনা চংখ্রিবী শকহেনবী অনিদুবু য়েংদুনা শুমাংদা লৈহৌখি।

ঙসিদি শরিতাগী অকনবা পাউজেলদগী উতমগা শরিতাগা ধনাগী কা অদুদা অমুক ফম্মীন্নরে। পিরাং পিরোইননা শরিতানা 'মপাবুংনা মাবু ইঞ্জিনিয়ার অমদা থাজখ্রে, মহাক্কী ৱাখল ইয়েং য়েংবিদে, মহাকপু কদাইদনো অমা পুবিরো' হায়দুনা

উতমদা কন্না তকশিল্লকই। উতম্না মহাক্তি লাইরবনি, উ শুবনি শরিতাগুম্বগা লম্বা পাবা মতিক চাজদে, শরিতানা মপাবুংগী য়াথং ইনবনা ফগনি' হায়দুনা উপায় লৈত্রবা মতৌদা হায়জরকই। অদুবু শরিতানা মতম কয়াগী মমাংদগী উতমগী ৱাখলদা ঙাওজরকপা, উতমগী মরুপ থোইথোইবুসু ইন্থোকখিবা অমসুং মাগীতা লাইনিং ওইদুনা লৈজরকপা পুম্বা পিরাং পিরোইননা হিক হিক কপ্পুনা হায়জরকপগা লোয়ননা 'মহাক্না উতমগা লৈমিন্নবা ফংদ্রবদি নত্রগা লুহোংদ্রবদি মাদি হু চাদুনা শিজগনি' হায়দুনা উতমদা অকনবা শাফু পীরক্লে। মতৌ অদুদা উতম্না 'মদুগুম্বা থবক অদুদি সাইক্রিয়াটিক লৈবা মীওইতনা তৌগদবা থবক্নি, লাইরিক লাইশু হৈরবী শকহেনবী অমগী ৱাখল ওইফম থোক্তে, মদু লাইরিক লাইশু খঙদবগী থবক্নি'' হায়না কন্না ঙাঙনরিঙৈ তাঞ্জা অদুদা ধনাগী য়ুম অদুগী মাঙ্গোলদা শরিতাগী মপা ইবুংঙো অদুনা শরিতাবু থিরকপগী কৌরকপা হংলকপদু অনিদুনা তাখি। শরিতানা পাখৎনা উতম্বু মনিংলোমদা থোকখ্রো কোন্না অমুক উন্নখিসি হায়দুনা হায়জবকখি। মতাং অদুদা উতম্না মখুৎ লোন্নজবদুনা ঐখোয় অনি অমুক উন্নরগুমসি, নহাক নপাগী য়াথং ঙাক্লোকো হায়দুনা পিবাং পিরোইনরম্লগা মাংথোকখ্রে। চরাংনবা ৱাখল ককঙাওনববী শরিতানা থোরক্নুনা মপাগা উন্নদুনা ৱারী ঙাইহাক তৌনরবা মতুংদা মপাবুংগী তুংইন্দুনা মখোয়গী মারুচিদা ময়ুম মায়কৈ পাংখ্রে।

শরিতাগা উন্নখিবগী থা অমরোম ফজলক্লবা মতুংদা উতম্না মাঙ্গোলদা মচলগী লাইরিক তাক্লিঙৈ তাঞ্জা অদুদা ধনাদু মায়থোং ইমক মকশিন্না মিৎলু ইরা চেন্না থুংলখি। উতম্না মোমোন্ননা মরুপ্প ওক্লবা মতুংদা ধনানা 'শরিতা হু থক্নুনা ফমুংদা শিদুনা লৈরম্লে' হায়দুনা শুৎ শুৎ কপ্লকই। পাউ অদুনা মচল শুশিলাদু খঙহৌদনা হিক হিক কপ্লম্বদগী 'তামো নঙগী থম্মোয়সে নুঙদগীসু হেন্না কল্লি' হায়দুনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্লক্লে। নিঙমদবগী অকনবা শাফু অমনা কনখ্রবা থম্মোয় অদু খাঙমদনা মিৎলুদগী পিরাংনা ঈহৌরক্নুনা মিম্নাদু থল্লক্নুনা লৈমায়দা তপ তপ তারকই। মতাং অদুদা ধনানসু 'অশেংবনি শুশিলা, নঙগী তামোগী থম্মোয় নুঙদগীসু হেন্না কল্লি' হায়না শুৎ শুৎ কপ্লি। উতমদু মমিত্তগী পিরাংদু তপ্না.....

# মমাগী খোল্লাও

লম্বীদা খম্বতোন্দু য়ু ঙাওরদুনা হায়রং হায়রং লাকই। হায়রপ ইংলিবা ফাইরেন থাগী অথেংবদুদা নিশানা ওমচাক্লবদগী মথবাক্কী কুদামদু থাদোক্লুনা ঈশৈ মতেক মতেক ঙংনা লাক্লবা লম্বী অদুদা নিংতম্না হায় হুমদুনা চৎলি। ময়ুম য়ৌরবদা 'ইমা ইমা' হায়দুনা খোনগাইদা কৌকই। মমা ইবেম্মা অদুনা মচাদু হল্লক্ত্রী হায়দুনা ঙসাইদগী মথমোইদু চরাংননা ঙাইদুনা লৈরম্বনা থোঙ অদু তপ্না হাংলকই। মমাদুনা মচাদুবু ব্রারৌনা শাওরগা হায়বকই, "নঙ অমা হেনমল্লেকো, লাইবিক লাইশুসু ফনা হৈরিবনি অদুগা নশাগী থবকসু তৌরিবনি, ইমা অসি ব্রারেকো খন্না ইমৌ অমা থিনবা হোৎনগেদি হায়দ্রগা য়ুদা ঙাওদুনা লৈরে। ঐবু লৈকাই অসিদা য়ু ঙাওবগী মমা হায়বদু চপ চানা তাহল্লেদনা, ও! পেন্দেদা পেন্দেদা অসুম্না ঙাঙলম্বদগী মচানা ফমুংদা কাখৎতুনা তুমিন্না হিপখিবা অদুনা "চাকশু শুকচা চারনু নশাদু ফরনি, চজিক্লা মরোল অমা লেম্লীবা ঐ ব্রা ঙাঙনিংদ্রে শিজরগে হায়দুনা হু থক্লগবু ঐনা করম্না কনবা ঙমগনি পেল্লেদা পেল্লেদা অসুম্না ঙাঙলল্লগা নিঙমদনা ফমুংদা হিপথখি।

খম্বতোনগী মমা ইবেম্মা থরোশংনা মচানা ঙরাং ওফিস্তগী হল্লকপদা ওইরকখিবা ফিভম অদুদা কা হেন্না শাওনিংনা মচাবু অমুক অয়ুক্লুদা ঙাঙবা হৌরকখি, "মহৌশাদগী য়ু থকপদগী কযা ইকাইবা নঙলে, কয়াদা ইজ্জৎ মাংলে, লৈকাইনসু য়ু থকপা অঙাওবনি হায়দুনা ঙাঙনা শক্লবে, মরম অসিমক্তগী লৈকাইগী চাকচা হৈজান্নবা লুহোংবা, শোরাৎ ফিবোই, না হুৎপা লুগুন থাংবনচিংবা কর্ম্ম অমতা নঙবু য়াওহন্নিংদ্রে। মসিগী মথক্তা লৈকাইগী লৈশাবী কয়াগী চাকচা হৈজানবদসু নঙবুদি বার্ত্তন তৌনিংদ্রে। ফিভম অসুক শাথিনা লৈকাইনা তুকৎচনবা অসি ফাওবদা নঙগী থম্মোই অদুনা নশাগী হৌজিক্কী পুন্সি অমদি তুংগী পুন্সিগী বিচার অমত্তা তৌদবা অসিবু নঙবু মীরা নত্রগা শারা? মীনা তুকৎচনরবা শাজৎ দি লায়না অমনা নারবগুম্বনি। লাযনা অদুনা অসুম হেনগৎলক্লবদি পুন্সিনা

নগুগীনি হায়বা কনাসু লৈরয়োইদবনি। নহাক ৱাখলসে খম্বুবা মতম হেল্লবনিকো”।

মমানা ঙাঙম্লিবা ৱাহৈশিং অদুনা নীংঙমদ্রবা থম্মোই অদুনা য়ু অমুক হন্না থক্করোই হায়না মনিংখি। অদুমকপু থক্করোই খন্না খন্না অয়ুক অঙনবা অদুদা শোম্বুরিবা মতৌ অমদি মকোক অদুদা অমুক্তং চৎতুনা ঙাওবোই চিকপোই তৌদুনা ওল্লীবা অদুনা ওফিস কারমদাই অদুদা লুপা ৫/১০ দং য়ুনিং হল্লগে খল্লকী। ৱাখল অসিগা লোয়ননা মনাক নকপা য়ু য়োনফম অদু তম্মা লাকপদা ওফিসতা ওফিসারশিংনা য়ু থক্কগা কারকপদুদা শাওনরকখিবা অদু নীংশিংলকপদা শকহেনগা ইঙোগা য়ু থক্কদবগী ফল্লম্বদুগা হেক মাইয়োক্করুরে। লুপা ৫/১০ দং হায়না থোকখিবা খম্বতোন্দু মরুপশিং অদুগা লোয়ননা লিক্কী মখাই অমতংদি লোইশিনমিন্নদবা য়াদ্রে। মাদি গ্লাস অমতং থক্কগা চৎচরগে হায়বনি অদুবু ইঙোনা য়াখিদবদগী লিক্কী মখাই অদুমতদি অদুমক নমদুনা লোইশনমিন্নরে। মতৌ অদুদা শকহেন্না ভেন্দর অদুদগী পান্না অমগা অমুক লৌদুনা লোয়শিনমিন্নরসি হায়দুনা তঙাইফদনা খম্বতোনসু য়াওনা লোইশিনমিন্নরে। তাঞ্জা অদুদা খেলেম্বা অমুক লাক্তুনা তংখাই অমমুক থকমিন্নরে। খুদৈ শেৎলগা ঙাওবদি হঞ্জিনফম খঙদে হায়দুনা অমগা অমুক লম্বা তৌ অমগা অমুক লম্বা তৌ খম্বতোনদু ফিভম অমা কাইরক্লে।

অশোমদা মমা ইবেম্মা অদুনা মচাবু চাকশঙ অদুদা ঙাইবা ঙল্লক্তুদুনা থোঙ্গাললোমদা থোরক্তুনা থোঙ্গালগী লম্বী অদুদা লাকপা মীওইশিংদা খম্বতোন উরম লাক্লম্ব্রা হায়দুনা হঙজরি। অদুদা মমা ইবেম্মা অদুনা হু তৈরবা তেন অমনা পানবগা চপ মান্নরবা, পাউখুম অমা ফংলকখি, মদুদি মচানুপাদু মফি মরোলগা মফম খঙদবমখৈ য়ু ঙাওদুনা কুম্মৈ ওইনহৌরি। মমা ইবেম্মা অদু উপাই লৈত্রদুনা ইমুংলোমদা চংশিল্লক্লে। মচাদুগী ৱাখলতনা মরাল লৈজদ্রবা মিৎম্রা অদুদগী তরংগী লাইজা শিম্বুখি।

ঙসিদি খম্বতোন্না মমাদা খুরুমজরগা “ইমা হন্দক অমুক ঐনা য়ু থক্কবদি ইমাগী মীৎলুদগী পিরাং থকপনি হায়না খল্লগে, ঐনা অমুক হুন্না য়ু থক্তনবা হোৎনজরগে’ হায়না হায়জখি। তশেংবমকসু খম্বতোন নুমিৎ খুদিংগী য়ু থকপা, নোংমগী য়ু খরা থকহৌদ্রবদি য়াদ্রবা মীওই অমদি নত্তে, মহাক্তি মরক মরক্তা থকপনি, অদুবুমাগী মচিন্দা নোংমা ফাদোক লিক্লা অমত্তংবু তাপ্রবদি মদুগী মখাতাবা চাগনি তুমগনি খঙদবমখৈ মানা করি অকাই অতোই তৌখ্রে, মশানা জ্ঞান

তাদবমখৈ ঙাওবা মতৌনী। মসিমক্তা মরক মরক্তা থকপা ওইরবসু নুমিৎ খুদিংগী য়ু থকপা মীদগী হেন্না শাথিবা মতৌনি।

ঙসিদি খম্বতোন য়ু ঙাওরগা লম্বীদা লাকপদু নিশাবন্দগী ইমা ইবেলশিংনা উরে। মখোয়না অখাং কন্না কন্না হোৎনরকপদগী লৈকাই অসিদা য়ু ঙাওবা থকপা য়োনবা লৈত্রবগুম্লবা মতম অসিদা মমাগী মমাই য়েংদুনা মাবু কয়ারক ফাদদুনা লৈবনি অদুবু ঙসিদি ৱারকহৌদবা য়াদে হায়দুনা শিন্নরক্লে। মতৌ অদু খঙলবা খম্বাতোন্না মনিং হন্দুনা হৌদুনা চেনখ্রবদা ইমা ইবেনশিং অদুনা হৌদুনা লাওদুনা খোঙদুনা তান্নরক্লে। খম্বতোন্দী ফাহৌদ্রে। নাম্ভোকপ্রে। অদুবু লৈকাই অদুনদি নুপীশিংগী খোল্লাও অদুগীদি ৱারীনখি। অহিং অথেংবদা ময়ুমদা য়ু ঙাওরিবা খম্বতোন্দু ওনিং ওনিং তৌবদগী ফমদুনা মবুক্তা নমদুনা ওদনবা খাঙলি। খঙহৌদনা ওক হায়দুনা ওথোরকপদা ঈ ঙাক্তা ওথোরক্লে। মহাক মিপাইবা হেঞ্জিল্লক্লে। ফিরোলদা ঈ ঙাক্তা ঙাইখিবা তারে হায়দুনা খুদেংদুদা ওশিল্লে। মমাবু কৌবসু হঙ্গোইরে। মমানা ঙাঙখিবা কয়াদু নিংশিংজরগা মমিৎতগী তরংগী লাইজ শিন্থরক্লে। মথন্তা খঙজরকই, ইমাগী মিৎলুগী পিরাং হঞ্জিন হঞ্জিন থকপগী মচা ওইবা ঐগী দোশ ফংলিবনি। মচানা ওক ওক তৌদুনা ওবগী মখোল অদু তাবদা মমা ইবেম্মা থরোশংনা তপ্না হৌগৎতুনা য়েংলকই, খুদেংদু ঈগী ঈমক্তনা তত্থাই য়ৌরল্লে "মাংলেদনা ইমাগী ইবুংঙো, ইস হায়দুনা মমানা মচাগী মবুক অদুদা পাইরকই, হন্না হন্না ওক ওক হায়দুনা ওরকপনা ঈতনা খুদেং থল্লগদবা মতৌনি। তৌফম খঙদ্রবা মমা ইবেম্মা অদুনা য়ুমলোন্নবা মচিল মনাও কয়াবু লালতেন অমা পাইরদুনা চৎতুনা হৌদোক্লুই। কনানসু খুম্বীরক্রে, থোংসু হাংলক্রে, উপাই লৈত্রবা মমা অদুনা তন্না অমুক য়ুমদা চরাংননা হল্লকলে। তশেংনমক মচাগী ফিভম কাইরে। খঙহৌদনা মমাঙ লৈকাইগী রিক্সো থৌবা শিতলখোয়দা লাক্নুনা হায়জররে। উচিল নাচিন্না শিতলনা য়াবিরক্লে। শিতলগী মনাও শিদামদা থরোশংনা খম্বতোনগী খুন্দোলদা লৈবা মাম্মা ধবলোদা পাও অমতংদি য়ৌহনবিরম্মু হায়জরমই। মতুংদা শিতলগী রিক্সোদা মমা ইবেম্মদু য়ুম য়ৌরক্লে। ফিরোল খরা য়োমদুনা মমা অদুনা রিক্সো দ্রাইভর শিতলগা লোয়ননা প্রাইমরি হোস্পিতাল তম্না পুরক্লে। ডাক্টরনা মসিদি রিমস হোস্পিতাল লম্ফেলদা পুদ্রবদি য়াররোই হায়নরিঙৈদা মাম্মা ধবলোগা শিদামগা থুংলরে। শিদামগা ধমলোগনা শিন্দুনা ভেন অমা ৱাইরদুনা খম্বতোন্‌মস য়ৌরক্লে। নোংঙাল্লকপদা লৈকাইগী মীয়াম্না শোন্নখি "মমানা ফনা

হায়জবদা তাবিদবা অমসুং নিশা থিংবা ইমা ইবেলগী খোল্লাও তাবিদবদগী ঙসিদি খম্বতোন শিবা চংবা তম্বা ঙমদ্রে"।

# লোক অমদা কৈ অনী

শকহেনবদু মপানা হিংলিঙৈদা সরকারগী থবক মচা অমা হাপ্পীরম্বদুনা মপানা লৈখিদ্রবসু অদুমক পাক্লা শন্না হিংবদি ঙম্লক্লি। মমা মচল অমসুং মহাক্কা হৌজিক চারবনি, অদুবু 'ঈ' শেব ওইবা য়ুম অদুগী তংখাই অমদি মীরমদা ড্রাইভর ওইদুনা লৈখ্রবা নুপী অঙাংসু মপান্দা লৈরিবা অদুগীদি অদুম মওইবি। অশাদি ফনা ৱাংবা মীনি অদুবু চাওখৎ খোঙথাংদি পোৎ চৈগী মমলনা অতিযাগুম্না ৱাংলিবা মতম অদুদদি মাগী তলপ্তুনা কাখৎপা ইঙম ঙমদবগুম্না তৌরি। য়াবনগী পুন্সিনা নুপী অঙাংগী ৱাখলসু ফাওরক্তবা নত্তে, তৌদবসু য়াদে ঈশ্বরগী শিন্থানি মসি তাইবং মীওইবা খুদিংমক্তা শোযদনা থেংন[illegible]া সমস্যানি। হায়বগুম্লদুনা হৌজিক্তি শকহেনবসু মতৌ লৈবী কৌবী লৈশাবী অমগা নুংশিনরকই, অঙকপনি হৌজিক কালগী লৈশাবীশিং অসিসু খরা ফগদবা ফিভম্মু ওইবরদি কোয়নবগা ইকুই কুইদনা চেল্লসি হেক্তা মহৌই। শকহেন্না মাগী য়ুম্বাল কৈবাল অমদি শেল থুমগী ফিভম অদুদা কয়া য়ানিংলুদবনি অদুবু তঙায়ফদবদগী চেনশীল্লে। চেনশীল্লুরবনিনা হায়দোক হায়জিন কয়া তৌনরবা মতুংদা ইকুই কুইদনা লুহোংবদা তাখ্রে। শেন্নিং অমতা লৈতবা শকহেন্না কনাগী মতেংনা কদায়দগী পৈশানা তাঙলবা মতম অসিদা লুহোংবগী মচাক অমসুং লুহোংবা অদুদি পাঙথোক্কদগে? মমা অশোনবী অদুগী করিদি উপাই লৈগনি, মচল ইবেম্মা অদুগা শকহেনগনা তৌদবা য়াদবা কর্ম্ম ওইবগী কনা কনাদগী কোয়পু পৃদুনা লুহোংবা অদুমদি মচু তাবা তাদবা পাঙথোকখ্রে। লুহোংবগা ইকুই কুইদনা তলব ফংলকপনা হাপ্তা অমদা অনিদো ইনশাং হাউনা চারীবদুনা মপুরোইবদসু সরকারগী ওফিসকী কেরানি মচা অমনি হায়দুনা মতৌ লৈবীনা চাউথোকচৈ, নুংঙাইজে। কুইদে তলপ্তুনা চাবা লৌ ইখ্খোল মতীক চানা লৈতবগা লুহোংবগী মীগী শেল পুরুবনা থৌবা লাক্লরকই। মতৌ লৈবী অহানবদা কয়া থৌশারমদে অদুবু মপুরোইবনা ৱারীবা মতৌ অদুদা মচীন

থোকপদি ঙমদা নুংঙাইতবা অমা পোক্লে। মশুং মমান্নবী অমা নোংমা মখোয়দা কোয়রকপগী থিন্দোক্লুবদা, মপুরোইবনা লুহোংলমদাইগী মাগীদমক শাখিবা সনাগী লৈ অমসুং খুদোপ অদু তনকায় কায়থোক্লুনা পৈশাশিং অদু পুদুনা লাকই। শকহেন্না ঙসি চাওবগী পৈশা খরা পীগনি হায়দোক্লুবনা 'কদায়দগী পৈশাননো' খন্না বজারদা থোক্লগা কনা কনা মরুপ মপাং কয়াগা তান্ন-তীক্লরুগে, হংলুগে খোৎলুগে হায়দুনা মফি মরোল শেৎচীল্লি। মতম অদুমক্তদা মতৌ লৈবীনা শকহেন্দা 'কদায়দা অম চৎলগে হায়রিবনো?' হায়দুনা হংজরকই। শকহেন্না মহাক্কী ব্রাখল অদু পাউদমই, মতম অদুদা মতৌ লৈবীনা লুপা লীশিং অনীদু শৎ পীরকই অদুগা 'পীথোকপিরুরো' হায়জরকই। শকহেন্না ঙাইহাক ব্রাখল তৌরবদা জ্ঞান তাবগুমদি তৌরকই অদুবু ফিভম্ননি কমদৌনি খন্না চৎখি।

ঙসিসু মতৌ লৈবীনা মপুরোইবগী শিংগদবা শেল ব্রাৎলি খঙবদগী মনাও নুপা অদুদা পাউ চেলহনখিবদুনা লুপা লিশিং মঙা অমুক্তা কনাদগীনো পুরকউ হায়না হায়রুবদগী মনাওনুপাদু মমান্নবা নুপা অমগা নুমিদাংদা থুংলরে। পুম্নমকতু শকহেনগা লোয়ননা চা থকমিন্নদুনা ব্রারী ব্রাতাই তৌনরবা মতুংদা মনাও নুপা অদুনা দাইত্ব তৌদুনা লুপা লিশিং মঙা অমসু পুনরে। মতৌ অসুম্না মতৌ লৈবীনা পূবা য়াবা হংবা য়াবা হংদুনা পূদুনা হান্না লুহোংবগী শেল তোলম্বা কাঙবুশিং অদুদি অয়াম্বনা লাক্লে, মদুমক্লা মমা ইবেম্মা অমসুং মচল ইবেম্মনা মচাগী মবুংগী লুহোংবগী তোল্লম্বা শেল লোয়না শিংখ্রে খন্না নুংঙাইজখ্রবনি। অদুবু মখোয়নদি অথুবা নংননবা অতোপ্পদগী তাপ তাপ পুরুবা শেল কয়া হায়বদি অমদগী অমুক পুশন অমগী অথুবা অমুক শিংজন তৌদুনা থোক্কা থাক্কা তৌরিঙৈ তাল্লক অদুদা শকহেনবী মচল ইবেম্মা শখিনা মবুংনা খরা কোল্লক্লবা মতৌদা চেনখ্রে হায়দুনা অমুক লাংনরে।

বর ওইগদৌরিবা অদুগী মমা মপাগা শকহেনগী মমাগা য়ান্নদবা খরা লৈবদগী লুহোংবদুদি নুপা ময়ুমদা লুহোংখ্রে। ফনা ব্রাই শংলুরে খল্লুরবনি অদুবু কুইদে মশা ব্রাই শংলক্লে লৌখৎপীরো হায়জরবদগী লৌখৎতা ইয়া য়াদবনা লৌখৎলে শেলবুদি য়াম্না চঙদ্রে, মশা ব্রাই শংদ্রবনিনা অওং অউন তম্বা য়াদে হায়না অদুবু কুইহৌদে চহী ফাল্লিকই অঙাং পোকশীল্লকই। ষষ্ঠি পুজাদা অওং অউন য়ামদ্রবসু তৌফম থোকপদি তৌদবা য়াদবনা কনাদগীনো খরা অমুক পূরগা খরনা আই জাই শীজিন্নবনি হায়দুনা অমুক পৈশাদু পূ খোৎতুনা হোংনরকপনা অদুম পুখরকপনা অতোনবা শেলগী মশীংদি ইতা তাবা ঙমদ্রে। কর্ম্মদুদি

লোইশিনখ্রে। শকহেনগীসু ব্রা ব্রা মচা মশু পোকচখ্রে অদুবু শঙ্গ পঙ্গসু পংতৌ তৌবা মীগা নত্তবগা তেরি সৈদা পৈশাদি অদুমক তোন্দুনা লৈরি, শেন্দোয়সু অদুমক পুরি।

হৌজিক শেল কয়ামুক ওল্লবসু শিংদবদি য়াদবনি অসুমক লেল্লকপদগী থাগী তলবসু শেন্দোয়গী অমদি মরুপ য়াওরিবা কয়াগগী থীগদবা ফাওবা কোন্নফাৎলক্লে। পৈশা পূবগী হৈনবী অমনা থা কাংদনা পৈশা পূবা হৌরকই। খরা খরা পৃৎথরক, খরা খরা পৃৎথরক পৈশা ফনা ফজনা তোল্লে। মীয়াম্নদি শকহেন্না পৈশা কা হেন্না তোনবগী ৱাদি ঙাঙনদে, হায়নদে মরমদি মহাক তলব চারি, কেরানি অমনি মফি মরোল নান্না শেৎ চারি, থকপা মীয়ামদগী তাদ্রি।

কুইদে মনাও নুপা মীরমদা লৈবদু য়ুমদুদা নুপী অঙাংগা হল্লকই। থুংলবগা কুইদে, মাগী য়ুম মচেৎ শরুক্তু য়েম্ব্লোক্লগনি হায়দুনা তখৎলকই। অতোপ্পা মীওইদা য়োনখ্রবদি খুদোংচাদবা কয়া লাকপা য়াই হায়বসি মমানা শকহেনদা হায়জে, অদুবু শকহেন্দী কোক্তা খুৎ হাপ্লীবা মতম ওইবনিনা উপাই লৈতে। অমরোমদা লৈরবসু লৈত্রবসু পুদুনবু ওইরো লঙদুনবু ওইরো, য়ুম মচেৎ অসিমদি লৈশিলহৌদবা য়াদে হায়বসে মতৌলৈবীগী অশানি। মরকসিদা শেল পৃৎথরিবা অসি ফুক্কৎপা ঙমগদ্রা য়েংগে হায়দুনা মতৌ লৈবীনা কৈথেলদা মীঙোন্দগী শেল পূরগা শেন্দোং য়েন্নবীদা শেন্দোয় শান্নজৈ। মদুনা খরা খরা কান্নরকপগুম চাবা থকপদা খরচদা নুংঙাইবগুম তৌখি। মরুপ মচা মচা কৈথেল মরুপ নোংমা নোংমগী খোমগৎপী তৌই, খর খরদি হৈজ-শিংজবদগী কান্নরকই। অদুবু লগাওগুম্বনি থা খরা কান্নহনবা মতৌদুনি, কুইদে মরুপসু থাঙ্গৎনরক্তবদগী ফাওখিবা মীনা পৈশা থাঙ্গৎলকত্রে হায়দুনা লাউবা খোংনবা হৌরকই। মথা শাবা মতৌ লৈবীগী ওইরকই। কৈথেলগীসু শেল কান্নরক্লে, পোৎ শীৎতে, হা বন্দ, কর্ফিয়ু, জেনেরেল ষ্ট্রাইক, তলব চাং নাইনা ফংনদবনা, কর্ম্ম অমা থোকপনা, থৌদোক অমা থোকপনা, অসুম্না অসুম অসুম পুথরিঙৈ তাল্লক অদুদনি লুপা লিশিং ৭০/৮০ চঙদুনা য়ুম অদু রেজিষ্টার তৌদুনা লৌদা য়াদা লৌহৌরিবসে। মনাও নুপাদি নুপী অঙাংগা পুদুনা অহন অহনবা মফি মরোল লৈদুনা অমনবা উপু কাংথোল ফাওবা খোমদুনা পুদুনা মণিপুরগী ৱাংমদা চৎচখ্রে। হৌজিক হৌজিক শকহেনগী তোল্লিবা শেনফম লুপা লাক্ষ মরী মঙারোম হেল্লস্বা য়ারে। তলব মীগীদমক্তা চারে, থবক কানিংলক্লে, মরুপ মচা মশু, দেব কর্ম্মগী নোংমা নোংমা তৌদবা য়াদবা কয়া কদর ফদরদা পুশল্লে। শেন্দোয় পীননবা পৈশা লৈতবা য়াওরকপদগী

শেন্দোয়গীদমক অমুকসু পৈশা পুবসু য়াওশীল্লক্লে। মীনা ফুদ্রি হাৎত্রি হায়বদু মঙাইরে মীগী পৈশা তোনবগী শিংননবা হেঞ্জনবা খুৎথৌ অমদি খুৎচৈদা ঈংনা চীক্লা পানবা ঙম্লক্লে। অঙাওবগা পাংখক ওইরক্লে। নিশা ফাওবা শীজিন্নবা হৌরক্লে, য়ু থক্লক্লে। মতৌ লৈবীসু য়াবমখে চেনবগা চোংবগা নুপীগা মপান থোকপা হায়বদু ওইরে। তশেংনমক হৌজিক্তি অরোয়বী থানা মতৌ করম তৌরগা করি তৌরগা পৈশা শেন্দোলশিং অসি শিংবা ঙমগদগে হায়বসিদা মতৌলৈবী অমদি শকহেনগী লাইনিং অমসুং ৱাখল ওইরক্লে। মচা মশুগী থোইনা খল্লুদনা মানা মানা থোকপা পৈশা থিননবগী লম্বেলদা অনীদুনা চেন্নবদু ষণাও মচানা চেনগে চেল্লগা ষষ্ঠী তৈরগা তোকই হায়বদুগী ফিভম ফাওবা ওইরি। জি পি খরা লৌথোক লৌশিন তৌদুনা খরচতা খরা, মরুপকী শেন্দোয়গী খরা তেরি মেরি শেল্লেপ্পী সমুদ্রগী ম্বার কারকপা মতৌগুম হায়রপ কুমথা হায়রপ ৱাংখৎ মতৌদা অদুম মরৈরি।

নোংমদি, হিংবা ফাওবা তনশিল্লক্লবা শকহেনদু মশা নান্না কৈসামপাৎলোমদা মরুপ অমগা উন্নদবা য়াদবগী চৎলুবনি।

-তামো অমুক্তা ঙাইবিখো।

- ঐ! ঐবু ওইরব্রা?

- ঔ, অদোমনে ৱারী অমতা শাখিসে।

- অস, পৈশা তোনবগী মথা ঙাওরিঙৈসিদা, হিংবা ফাওবা হিংনিংদ্রবা মতম অসিদা নুপী অঙাংগা ৱারী শান্নবা অস ঐ তল্লেদা...।

- পৈশা কয়াম্না তোনবগীনো অদুক ৱারীবদুবো?

- য়াম্মীদা, ঈশ্বরনা ফাওবা মতেং পাংবা ঙম্নরোইদবনিদা, ঐ চৎলগে।

-ঙাইখোও পৈশাদু শিংননবা ঐনা মতেং পাংজগনি, হিংনিংদ্রিবদু হিংহনজগে, ঐনা কঞ্জরগে।

পৈশা তোল্লিবদু শিংবগী মতেং পাংজগে, হিংনিংদ্রিবা পুক্সিবু কঞ্জরগে হায়বা খোয়থুম্নবা খোঞ্জেল অদুগী ৱাহৈ অদুদা শকহেন্দু দক লেপ্পী।

হোটেলদা শানানবী মৌনহা শারিফুল শেৎপী অদুগা চংমিননদুনা ফম্মীন্নরকই। শানানবীদু শকহেনবী ময়ানি, মহাক কলেজগী ওজানি। মাগী মপুরোইবদি লৈখিদবা কুইখ্রে। মপুরোইবদু ডাক্টরনি। মহাক্কী শক্তমদুগা শকহেনগী শক্তমদুগা চপ মান্নগুম্না তৌবদগী ময়ানা মতম কুইনদগী ময়ুম পাল্লরোই হায়দুনা লৈরম্বদগী বসন্তগী ময়োল খংচোং চোংখৎলক্তুনা শকহেনবু খাল্লুবনি।

- অদোমবু কদায়দগীনো?

- লৈশাংথেম লৈকাই শিংজমৈদগীনি।

- ইনম্মা অদুদি ফজরমগনি, তামোসু ফজবনিনা।

- ফজদেদা ময়াইনি।

- কনাগুম্বী অতোপ্পা নুপী অমনা তামোবু নুংশিজরবদি, তামো কমদৌনি, হায়বদি তামোদা তোল্লীবা পৈশা পুম্নমক শিংদোক্কুনা অমগা অমগা কায়নদনা হিংমিন্নবদা।

- খঙদ্রে ঐ জ্ঞান তাদ্রে। ইমান্নবগী য়ুমদা নিনি হুমনিদা লৈরুসিরা খন্দুনা লাকপনি।

- মীগীদা লেল্লুরনু, ঐখোয়গীদা কনামত্তা লৈতে, ঐ পৈশাদো হয়েংমক কায়রগা মীগী পৈশাশিং শিংদোক্কুনা তামোবু জ্ঞান তানা লৈহনবা পাল্লি।

শকহেন্দু খঙ্গবা য়াবা খল্লুরগা মায়াগী অলতো অদুদা মায়াগী য়ুমদা থুংলখি। মমাগা ময়াগা লৈবনি, মমা অদুসু মপাবুং ওফিসার অদু লৈখিদ্রবদুগী পেন্সন চারি। য়ুমসু দলালনি। ব্রারী ব্রাতাই চম্না শান্নরবা মতুংদা ঙা অচৌবা অমা হাউনা চাদুনা মোন্দুম মোন্তেক মথক্কী ফজবা ফমুংদা অহীং অদু লেনখি।

- ইনম্মগী অব্রাবা তামোগী অব্রাবা, তামোগী হিংনিংদ্রবা পুন্সি অসিবু কন্নিংবগীদমক্তা ইনম্মগা তামোগগী তোল্লিবা লুপা লাক্ষ নিপালদু তেংবাংজগে হায়দুনা ননাওনা বেক্কতগী ঙসিমক লৌথোকচরগা পুজরকপনি, লৌশিনবিয়ু।

- লুপা লাক্ষ নিপান...।

- অহোয়, ইনম্মা অমদি তামোনা অদুক ব্রানা হিংলিবা মতৌ অদুদা মতেং পাংজনিংদুনা তৌজবনি, তৌবতদি ঐনা হায়জবা খরদি হায়বদি কায়নদনা হিংমিন্নবগী... আ... য়াবিবা তারবা...।

ইবেম্মা ঐ নঙগী পৈশাদো পামদে, ঐ, ঐগী ইপুরোইববু পামজে। লোক অমদা কৈ অনী কুনবদুগী ব্রাবদুনা শেন তোনবগী ব্রাবদগী শাথিবা হেনগনি।

মায়াগী মায়থোংদু পুম্মম মমশীনখি। মতৌলৈবীনা শোফাদগী শাউরংননা থোকখি। ময়ানা মচীন্দা তপ্না শোল্লকই- "শেল তোনবগী ব্রাবদগী লোক অমদা কৈ অনী কুনবদুগী ব্রাবদুনা হেন্না শাথীবা হেনগনি।"

# মৈশারক্তা মীনুংশি

থানিলগা শানুগা থা ৭/৮ লোম পান্নরক্লবনি। অদুবু অসুক নুংশিননা ময়ুম পানমিনরক্লিবা অসিদা নুপা নুপী ওইবা অনিদুগী মচাদি পোক্লদবগী ফিভমদি ঙসি ফাওবা উরক্রে। থানিলসি ক্লাকৈথেলদগীনি, অদুগা মাগী নুপী শকহেনবী শানুনা ইম্ফালদগী লমদম তাম্না লৈখ্রিবা শুগ্নু হায়বা লমদমদুগী নীংঙোলনি। শানুগী মনিং থুংননবা মাগী খরচ ব্রাৎতনবা থানিলনা ঙসি ফাওবদা হুমাং তানা বজারদা রিক্সো থৌদুনা শেল তাল্লক্লী। শানু হায়রিবা নিংঙোল অসি মশক মতৌ ফজবতা নত্তুনা লুবা নানবা পাম্বা কেজবা মৌজবা পাম্বীনি। মরম অদুনা মাগী কেবা নৌনবা হোৎনবগী খরচদি অদুমক ঙসিসু চাওদবা য়াদে চাওরি হায়বা তাই। হন্দক্তা ইম্ফালদা পোস্তীং লাকপা থানিলগী নহা ওইরিঙৈগী মরুপ শগোলবন্দগী এস: আই বিক্রম্না থানিলগী য়ুমদা তৎতনা লাক্তুনা লৈতা লায়রবা অব্রা অনাগী ব্রা কয়া তান্নরবে। মরুপ বিক্রম্না থানিলগী অব্রাবা উবদা শেলগী তেংবাংনীংবা য়াওরকই। থানিলদি অয়ুক্তগী রিক্সো থৌরগা নুংথিলদা মরক্তা অমুক লাকপসু য়াওই, নত্রগা নুমিদাং অথেংবদা মরাকপসু কয়ানি। নুমিদাংগী মতম কয়াদা বিক্রম্না থানিলগী য়ুমদা লাক্তুনা শানুগা চম্না ব্রারী শাবা য়াওরকই। মতমগী মতুং ইন্না খরচ চাউবা পাম্বী শানুগা পুলিস ওফিসার বিক্রমগা শেল থুমগী মতুংদগী কোইনদবা মতৌ ওইরকই। মমৈদা থম্মোয় অনীদুদা মাংগী তুংগী খন্দনা নত্রগা অফ ফৎতা খন্দনা নুংশি নুংওনগীইচেল অমদা তপ্না তপ্না তাওথমিন্নরকই। থানিলনা মওং মতৌদগী অমদি মীব্রাদগী মতৌ অদু খঙলকখি। থানিলদু ব্রাখল অমনা ককঙাওনহন্দুনা নুংবংননা লেল্লকই। অদুমকপু বিশ্বাসঘাটক বিক্রম্না তোয়না তোয়না চংলক্তুনা শানুবু তোয়না উন্নরকপদগী খাঙমদ্রবা থানিলনা মপুক্রিং নুংশিনা খম্থবা য়াবা খম্থরবা মতুংদা অনি অদুনা অরোন অথুপকী ব্রারী শারিঙৈদা অনিমকপু ফারগা লৈকায় মমাঙদা শেংনা কৈন্যা দান কৎথোকখ্রে।

অহিং অমদা খুঙ্গংগী চীংয়া অমদা পুলিস অমদি মীরোৎশিংগা অকনবা

মওংদা নোংমৈ কাপ্লখ্রে। মথোং মরম খঙদনা মীরোৎশিং অদু মফম মরাং খঙদনা অমম্বদা মাঙনখি। লালহৌবা মীরোৎ অমদি অহিং অদুদা মথন্তা অহিং অদুদা খুঙ্গং অমগী লশ্বী অমদা মফম খঙদা লাক্লমই। মহাক্লা লমদম অসিবু কদোমদনো হায়দুনা মুরুম মুরুম শোন্না লাকপনা খঙহৌদনা নোং চুথরক্লমই। উপাই লৈত্রদুনা মহাক্লা খুঙ্গং অদুগী লশ্বীদগী তাল্লপ লৈবা য়ুমদোংপোক অমদা চেনশিন্দুনা অকনবা নোং অদু খাঙবদা তারমই। মহাক্লা য়ুম অদুগী ইমুং অদুদগী নুপামচা অপিশক অমনা মচে পিশক অমদা 'ইচে চাক লাল্লে, ইচে চাক লাল্লে' হায়দুনা নিংঙাই তৌবদু তাখি। অঙাং অদুগী কল্লবা নিংঙাই অদুদা মচে অদুনা 'হয়েং নোংঙাল্লগা পিজরগে' হায়দুনা কন্না থেমজখি। অদুবু অঙাংদুনা ময়ারক্রবদা মচে অদুনা অঙাং অদুবু পোখৎতুনা লালটেন মুশি মুশি ঙানবদুগা মাঙ্গোললোমদা থোং হাংদুনা থোরক্লে। নুপীমচা অদুনা নাহোং মতোন অদুদা ইগী য়ুমথক অদুদগী তারক্লীবা নোংগী মচুম অদু য়ারদুনা চোৎহল্লগা অঙাং অদুগী মচিন খৌরাংলবা অদুদা চুপহল্লমই। মমৈথংদা অঙাং অদু তুমথখিবমই। নুপীমচা অদুনা ইমুংদা চংদুনা অঙাংদু ফমুংদা শুমজল্লগা মখুৎ লোন্নদুনা পিরাং পিরোইননা লৈখিদ্রবা মমা অমসুং মপাবুংবু শোন্দুনা অৱাবা খাঙমদবগী চৈনাগা লোয়ননা তেংথারল্লগা তুমখুন তানখিরমই। হৌজিক্তী মীরোৎ অদুনা অঙাং অনি অদু মপা মমা লৈখিদ্রবা মরাইবক থিরবা অঙাংশিংনি হায়বসে তশেংনা খঙলে। পিক্লিবা অঙাং অনিদুগী তুংগী পুন্সিদু অৱাবগী মশক ওইরগনি হায়বসে মহাক্কী ৱাখল ওইরকই। ৱাখল কয়া খন্থরুরবা মতুংদা উপাই লৈজদ্রবা চমজরবা অঙাং অনিদুগী পুন্সিবু তুং কোইনগী ওইনা মতেং পাংনিংবগী ইহুল অমনা থম্মোইদা চৈনা পিরকপগুম তৌখি। খংহৌদনা মহাক্লা মাগী ফুরিৎ খাও অদুদা হুমজিনখিদুনা লুপা তরা চৎপী মপুন অমা থুগাইরগা ইমুংদা তুমিন্না চংদুনা অঙাংশিং অদুনা হিপ্লীবা ফমুংগী মোন ময়া ওইরপ লুপা তরা চৎপী চবুনদু হায়রপ চখাইদুনা থনল্লগা মীরোৎ নুপা অদু খঙহৌদনা মাঙখিরমই।

নোংঙাল্লকপদা খংহৌদনা নুপীমচা অদুনা লুপাশিং অদু উরুবদা মীপাইবা পোকখি। অদুন্নমক মীপাইবা কয়া লৈরবসু ঈশ্বরগী নোংদম্নী খন্না কনাদসু তাকউদনা খঙহন্দনা উপু শেগাইবা অদুদা লোৎপা য়াবা লোৎশল্লগা লুপা ২০/৩০ পুদুনা চেং চাক চিনি চা মনা বিস্কুতনচিংবা লৈরুরগা মৈ থাগৎতুনা চা হান্না লোল্লক্লে। তুল্লল্লীবা অঙাং অদুনা মবুক লাম্না হৌগৎলক্লবদা মনাও অদুবু কৌশিন্দুনা চা অমদি বিস্কুট অদু পিজ পিথক্লক্লে। মনাওনা নোকফেৎ তৌনা তৌনা চা থক্লীবা অদুনা

মপুক্কীংদা মীপাইরিবা পুন্নমক অদুবু থওইখিদ্রে। মখোয় অনীদু করিগুম্বা মতমদা চীংদা শিং চন্দুনা ইশ্খোল কোইদুনা অমসুং য়ুমলোন্নবা মনে শানুগী মতেং পাংজদুনা মনেগী মতেংনা অমদি মখোয়গী শুজ নোমজবনা চানা থক্লবগী মতৌ লাংজবা মতৌগুম হৈশিংলবা মচে অদুনা অরোন অথুপ শিনজরিবনি। মনে শানুনসু মখোয়গী অৱাবা উবদা অঙম্বা তেংবাংবা হোৎনরি। মতম্না অসুম হৌজিনখিবনা পৈশাশিং অদুদি লোয়শনখ্রে। পৈশাশিং অদু লোয়শিনখিবগী নুমিদাং অদু চাবা য়াবা চারগা নুপীমচা অদুনা লৈখিদ্রবা মমা অমসুং মপাবু নিংশিংজদুনা পিরাং শিন্থনা তুংগী লম্বী অমগীদমক্তা তেংথাজখি।

অঙাং নুপীমচা অদুগী মমীংনা মুহিনি কৌই, অঙাং নুপামচা অদুনা রাজুনি। শানুদু এস: আই বিক্রম্না লৌখ্রবগী মতুংদা বিক্রমদো মমা মপানা অতোপ্পা নুপী অমা নমদুনা থিহনবদগী হি অনি তোংবগী বিক্রমগী অৱাবা উবগা লোয়ননা নুংঙাইনরক্তবদগী খাইনরক্লুনা অনি লোনবগী অৱাংবা লাংদগী নাম্থোরক্লুনা অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা ময়ুম পান্দুনা নে তানা লৈরিবনি। মদুমকপু মচেনা শিনবা মতৌদগী পাম্রা অমদা ওইবনি। অঙাং অনিদুগী ৱারবা পুন্সীবু খঙবীরবী মনে শানুনা অঙাং অনিদুবু মরক মরক্তা য়েংশিনবিদুনা অমদি তেংবাংবিদুনা ঙসি ফাওবা নুংশিনা লেনমিন্নরক্লে।

অঙাং অনিদুগী ইমুংদুদা মীরোৎ অদুনা থল্লম্বা লুপাশিং অদু অঙাংশিং অদুনা শিজিন্নখিবা লোয়খিদুনা নুপীমচা অদুনা কন্না মীপাইখিবা অদুমক ঈশ্বরনা থৌজানবিবনরা করিনো মথং অয়ুক্কী নোংঙানবদা মহৌশাগুম লুপা তরা চৎপী ১০০ গা চেং হৱাই খরগা মফি মরোল খরগসু ইমুংদুদা লৈরম্লে। মচে মুহিনিনা পুন্নমক্তু মনাওবু ঙসিসু খঙহন্দনা লুপা অমদি পোৎ চৈশিং অদু চেৎনা লোৎচদুনা মচিৎ মচিৎ খরা নুতিগী শিজিন্নদুনা মহৌশাগুম নাকন্দা পৈশাশিংশু তান্দুনা তপ্না তপ্না মখা তানা হিংলক্লী। অসুম্না লৈরম্বা পৈশাশিং অদুনা চান্ননবা শিন্নরবসু মতম্না অসুম হৌজিনখিবনা লোয়বা হায়বদুমদি হেক্তা খঙহৌদে। অদুম্নমক নুপীমচা অদুনা মখোয়গী লৈখিদ্রবা মমা মপা অদুনা মখোয়গী অৱাবা উবিবদগী সগগী দুট থারক্লুনা লোন্না লোন্না ৱারবা ৱাৎলবা মতম কয়াদা লুপা পৈশা থল্লম্বা ওইরম্বা তাই হায়বা খন্না খন্না ৱাৎলবা মতমদা পিরাং শিন্থনা মমা মপাবু নিংশিংজরগা অসুম অৱাৎ অপা থাথবিরকপসি চহী অহুমলোমদি হেল্লক্লে। মশাসু লৈশা মপুং ফারক্কদৌরে মনাওসু মথোৎ ফারক্কদৌরে। ঙসিসু পৈশা অমদি চানা থক্লবা পুমলোয় লোয়খ্রবদা অহিং অদুদা মুহিনিনা লৈখিদ্রবা মমা অমসুং মপাদা থল্লম্বগী থল্লম্বা

পুন্সি অসিমগীদি ব্রাৎতনবা শিনবিরো হায়না মখুৎ তরা লোন্ননা খুরুমজখি।

নোংঙাল্লকপদদি সনাগী লিক ফজরবা অমগা হান্নগুম্না লুপা তরা চৎপী ১০০ গা মোন নাকল অদুদা তরং তরং লৈরম্লে। মহৌশাদগী হেন্দোক্তুনা ঙসিনা সনাগী লিক ফজরবা অমা য়াওরম্লবা অদুদদি মহৌশাদগী পৈশাখক থন্নম্নবা মনাওদা হায়দোক্লমদবা অদু চিংনবা অমা ফাওবদগী মনাওবু হৌদোক্তুনা সনা অমদি পৈশাশিং অদুবু য়েংহন্দুনা হৌগ্রবা ব্রারী পুম্নমক অদু পুক্লীং হকচাং য়াওনা তু চুংনা লিরক্লে। মতুংদা অনি অদুনা মুম্ম খন্নরবা মতুংদা করিসু নুংশা থিন্নবা তৌনদনা পৈশা অদুনা চাবা য়াবা চারগা মখোয়নসু পৈশা অতৈসু অঙম্বা তানবা শারগা লৈরক্রবা মতমদা সনা অদু কাইরগা চাথোকপা য়াবা থবক তৌনবা প্লান শেম্নখ্রে। অমরোমদা অঙাং অনি অদুনা ইব্রা ব্রাদনা হিংলিবা অদুদা মখোয়গী মপাগী মনাও মখুড়া মখোয়দবু শিজখ্রবদি ফরনি খল্লিবা অদুনা মখোয় অনিদু য়েংশিনবদি শনিনা য়েংশনবগুম য়েংশল্লক্লী। মহাক মমা মপা হাক্তক্তগী ইংখোল শংবলগী খৎনরীবা রোতোন হায়বদুনি।

ঙসি নুমিদাংব্রাইদি ও:সি বিত্রম্না লুচিংবা পুলিসকী টিম অমনা অঙাং অনিদুগী য়ুম অদু কোইশনখ্রে। মখোয়না সনা হুরাল্লগা ইম্ফালদা কাইথোকই হায়বসে প্রমানগা লোয়ননা ফংলে, মরম অসিনা পুলিসনা য়ুম অদু সিজ তৌবগা লোয়ননা লুপা কয়াসু ফাগৎলে। মতুংদা অঙাং অনিদুবু সনা হুরানবগী চার্জদা পুলিসনা হাটকোরা চান্দুনা পুখ্রে। কল্লক পেল্লবা মখুরা রোতোন অমদি মখোয়গী কাংবু কয়ানা হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়দুনা চোং ফন্দুনা লক্লবগা নোক্ল বগা লোয়ননা নোকখ্রে। মুহিনি অমদি মচিন মনাওদুবু নুংশিবীবা কয়া শনানুনচিংবা কয়াদি ওখোংনা কপখ্রে।

অহিং অদুমক্তদা মীরোৎ থানিল মুহিনিগী য়ুম অদুদা থুংলরে। পুমচাই চাইরবা ইম্মুং অদু উরুবদা চিংনরবা থানিলনা থুনা য়াংনা রোতোনগী য়ুমদা চংলক্লে। রোতোনগা ব্রারী পুম্নমক তৌবদগী খঙলে মদুদি অঙাং অনি অদু সনা হুরানবগী মরালদগী পুলিস্না ফাদুনা পুখিবনি। অদুবু থানিলনা রোতোন্দা মশাবু মশক তাক্লগা রোতোন্দা মখুরা অমা ওইনা ময়াম্বগী মচাশিংবু তাথিবা মতৌ অদুদা তমথিবা ধমকা তৌবগা লোয়ননা খুদক্তা চাক থোংলগা লোক অপ্তা লৈরিবা মরাল লৈজদ্রবা অঙাং অনিদুদা চাক পিজবগা লোয়ননা ব্রারী অশেংবা অদু লিবিরনবা য়াথং তৌখ্রে। লোয়ননা মরাইবক থিরুরবা অঙাংশিং অদুগী পুন্সিবু মতেং পাংলকপগী ব্রারীশিং অদু শুগাইনা লিখ্রে। অঙাং অনি অদু সনা হুরানবা নত্তে, সনা হুরানবদি মহাক্লী,

মরম অদুনা লুপা লাক্ষ অনিগী মাবু ফাবদা পীগদবা মনা অদু মখুরা অদুদা পিহল্লগা অঙাংশিং অদুবু থাদোকহল্লগা মখোয়গী তুংগী পুন্সি হিংহন্নবা মখুরা অদুদা শিন্নরবনি। মহাক পুং অমগী মনুংদা পুলিস স্টেসন অদুদা সরেন্দর তৌরগা পুম্নমক অদু শিন্নরগদবনি। অসুম্না হায়রল্লগা। থানিল চৎখ্রে।

রোটোন্না খুদক্তা চাক থোংদুনা চাক পুদুনা ও:সি: বিক্রমদা ৱারী পুম্নমক তল্লল্লগা অঙাং অনি অদুদা ৱারী অপুম্বা লোয়না তম্না তম্না চাক পিজখ্রে। ও:সি: অদুনসু স্টেসন অদুবু এলার্ট ওইনা লৈননবা য়াথং তৌখ্রে। অমরোমদা এস:পি:গী গ্রুপনা তান্নরকপদগী থানিল নোংমৈনা পাল্লে। অদুম্নমক মহাক্না ঙমদা ঙমদা স্টেসন অদু য়ৌরক্তুনা সরেন্দর তৌররে। ঈনা পুমচোৎ চোৎলবা থানিলনা অশেংবা ৱারী পুম্নমক অদু পুলিসকী এস:পি, ও:সি অমদি ওফিসিএল পুম্নমক্তা নত্তনা রোতোন মুহিনি অমদি নুপা মচা অদুনসু তাননবা ৱারী লিখ্রে। ৱারী অদু তাবদা অঙাং অনি অদুনা চেনশিন্দুনা থানিলদা মখোঙ শোক্লা কপ্পুনা খুরুমখি। ঈরা চেল্লবা মিস্না অদুনা অঙাং অনিদুবু নুংশিনা য়েংলগা তপ্না চিংখৎপিরগা নখোয়গী তুংগী লম্বীসু শেম্বীরল্লবনি' হায়না মকোকশিং অদুদা তপ্না তপ্না নাম্থবিখি।

# মোবাইলগী হেরোদো

- ক্রিং ক্রিং ক্রিং মোম্বী নৎত্রা?
- মান্নি য়াম্লুং রাজেসলা? পাখংসু নত্তনা ফোন্দা শক্তি উন্নদবনিনা পাখং শাদুনা ...?
- পাখংনে, ঐদি চহি ২৪ খক্তা ঙাইরিয়ে, পি দব্লিউ দিদা এসো ওইনা চংজবা কুইজদ্রিয়ে।
- নতাৎ মাল্লিকো। নহানসু নুপা অমনা এসোনি এসোনিদা হায়দুনা খঙনরুরগা মমিং কেসো কৌবা ওইরম্মীকো। নখোয়গী য়ুম্বো থৌবাল কদাইদগীনো?
- বজার পার্কিং ময়াদগীনে।
- অদু ওইরবদি নোংমা কোইরক্কে।
- লাকউ, লাকপদা ফোন্দুদি পাইরকউকো।
- অদুদি থল্লগে?
- চাকখ্রেদা।
- নঙোন্দগী ঐনা হেন্না চাক্লীবনি, ইথৌনা য়াদ্রবননি, বাই।

অস মসিমনা কমদৌবা। সুইটকাসু ওফ থমজিনখ্রেনে। অহানবগী পুলিস ওইবা নুপা অদুগা মসিগদি মসিনা খরদি ফবদৌনা তৌই। অদুবু মশক উন্নরগা খঙবা হায়বদুনি। হান্নগী নুপা অদুসু শকখং মাইখংনবদি নত্রিসে! ইমাগা পাবুংগনা মরোল অমা ফোন্দা ব্বারি পংশাদা শাই হায়দুনা পংঙাংদা ঙাঙই। ঐনা মরোল অমা ফোন অসিদা অফবা নুপা অমত্তং ফংগে হায়দুনা থিরিবনি। মসিসু পাক হেক্তা ওইবা য়াবা নত্তে। অদুবু অনিসিগী মরক্তা অমত্তং লক চুন্নবদি ঐগী লাইবকসে চুম্বা হায়বদুমদি ওইগদৌরিবনি।

- ক্রিং ক্রিং ক্রিং ক্রিং
- হল্লো

- হল্লো
- (মসিনা পুলিসতু ওইরিনি)
- চাক চারব্রো?
- চাজরে, কমদৌরিবগে, করি নুমিত্তনো সিনেমা য়েংসি হায়বদুবো?
- হন্দক্কী নোংমাইজিংদা ওইনা হেক্তা য়েংলসি
- য়েংববুদি য়াই অদুদা ... শক খঙনদ্রিবা অসিদা খনফম খঙদেদা...

শক হায়ববু সেনেমা হোলময়াদা দক খঙনরগা, দক হেক্তা য়েংমিন্নরগা লোইরে, ফোন্দা খঙনবদি কুইরে, তঙাইফদ্রগা শক খঙ মাইখংনরগা দক হক্তা চেল্লবসু ঐগীদি রেদিনে।

কদায়দগী হয়েং নম্বর ফোর চাবা নত্ত্রগা য়ু য়াম্না থকপা নুপাগা ওইরমদনা...।

এ! অদুগীদি করিমতা খনবীরুনু। ঐ অদুগুম্বা মী চৎচদে, ঐদি নিশা পাসা অমত্তা চাজদে। ক্বা ফাওবা চাজদে। চাতবু মরূপ মপাং লৈররোই খন্দুনা অদুক থকচবগী ব্রাতনি। হয়েং লৈমিন্নরবা মতমদা খঙবীগনি।

এ! পাবুং লাক্লে কোন্না ব্বারী তৌরসি।

পাবুং লাক্লসু কৈদৌগে হেক্তা য়াশিন্নবদা অকিবা লৈজদে

অদুগী নত্তে। পাবুংনা ফোন্দা ব্বারী তৌবসে কুইনা কুইনাতৌই, ইমুং মনুংগী থবক ইনখাং অমত্তা তৌদ্রে হায়দুনা য়াম্না শাওরে। নঙ শাওরনু হায়বা, কোন্না লাইন লৌরক্কে, থম্মগেকো বাই।

ওম্বোক্লা চাকখ্রেদা....।

রাজেসতু পি দল্লিউদা মোহরি ওইবনি। মহাক নুপী অঙাংদা খরা ঙাওবা নুপানি। চহীসু ৩৪ অমুক শুরে। মতু মচা লৈরে। অদুবু অব্বাবা থবক শুদবা ওইবনা মশকসু ফজে, নহাসু মাল্লি। মহাক অশেংবদি নম্বোলদগীনি। মহাক বিষ্ণুপুর পি দল্লিউদা থবক তৌবনি। ঙসিগী ফোন নম্বরসি মহাক্লা থৌবালগী পি দল্লিউদা থবক অমগী চৎপদা পান দুকান্দগী চুরুপ লুপা তরাগী লৈবদা উপু অহাংবা লৈত্রে হায়দুনা চে অমদা য়োমদুনা পীরকপদামোম্বীগী ফোন নম্বর অদু ইরম্বনি। মরম অদুনা মসিমক্তবু হায়দুনা নম্বর অদুদা ফোন তৌরুবনি। অদুদগী মরক মরক্তা অনীরক অম্বুল্লক ফোন তৌনখ্রবনি। মহাক্লা মহাক্কী অশেংবা লৈফম অমদি

থবক মফম লান্না হায়জিনখি।

-ক্রিং ক্রিং ক্রিং মোম্বী নতবরাও?

-মান্নি, য়াম্নুং রাজেসকী খোল মাল্লিদা? খুরাইগী য়ূমদা লৈরিব্রা?

- য়ূমদা লৈরিয়ে নঙবুদি কমদৌরিবগে।

-নুংঙাইদনতা অদুম লৈরি ঐদি।

-নুংঙাইগদবনি নুংঙাইগদবনি, লৈশাবী ওইরিঙৈদা নুংঙাইহৌদনা হয়েং মৌ ওইরবা মতমদা নিংতম্না নুংঙাইবা য়াবা নত্তে।

-চুম্মি,মদুমদি তশেংনা চুম্লবনি।

-তোলোপসু ফংলে অদুনা সেনেমাসু য়েংশি অদুগা রেস্তুরেন্ততা চঙদুনাচৌ চৌ চিকন্নচিংবা অমুক্তা চমিন্নসিদনা।

-য়াম্না লাইবক ফবগী ৱানিদা।

-অদুদি করি নুমিত্তা কদায়দা উনরগা শক খঙনসি হায়বনো?

-থৌবাল পার্কিংগী মথকলোমদা হায়গৎলগা বামোন মামতোপ অমা লৈবনি। মদু ঐখোয়গী ইনে অমগী য়ূমনি ইনে অদুগী মমিংনা নুংশিরৈ কৌবনি, ইনেদুগা ঐগা কোইনদে অফ ফত্ত খন্নে, অদু নঙ হয়েং, য়ূম অদুদা পূং ১ গী অদুৱাইদা ফোন পায়রগা লাকউ, ঐনা থোঙ্গালদা ঙাইদুনা লৈরম্লগে।

-ও কে।

-ফোন সুৱিস্ত ওফ তৌথি। মসিদি তাঞ্জা অমনি লাইবক্তুম য়েংলগে থোক্লবা অমা লাক্লনি। অসুম্না রাজেসনা থাজখি, অসোমদা মোম্বীনা মনে নুংশিরৈদা ইনে নুপাদু হয়েং লাক্লগনি ইনেনা মশক মতৌ ৱাঙাঙ শঙাং কুপ্না য়েংদুনা অফবা মীরা ফরোইদবা মীরা য়েংবীয়ুকো হায়দুনা ৱাতান্নখি।

-মোম্বীদু মনে নুংশিরৈগী য়ূম অদুদা নুংথিল পূং ১ তাগদবা মিনিত কুললোম ৱাৎলিঙৈদগী লাক্কুনা মনেগা ৱারী তৌন্নদুনা লৈরি।

-ক্রিং ক্রিং ক্রিং মোম্বী ঐ ঐগী লম্ফেলগী ওফিস্তগী হালপ কেজুএল লিব লৌদুনা নংগীদমক্তা লাক্লবনি।

-চুম্না অদুম অৱাংলোমদা লাক্লো ঐ থোঙ্গালদা ঙাইদুনা লৈরে।

-করি মচুগী ফুরিৎ লিৎলি। ফনেক্লা করি মচুনো?

-ঐদি খোঙ্গ্রাও শেৎলি অমুবনি অদুগা ফুরিৎনা তি সার্ত অঙাংবনি ঐদি নঙবু উরে।

-ও, ও, ঐসু নঙবু উরে।

-লাকও লাকও ইমুংদা চঙসি।

-মনে নুংশিরৈনা হরাও হরাও 'লাকও লাকও' হায়দুনা সোফা কাদা পুশিন্দুনা ফমিন্নহল্লি। অনীদু নুংশি চান্নবা ঋারী তৌরি। নুংশিরৈনা চা লোন্দুনা পুথোরকই। রাজেসনা অচাপোৎ ময়াম অমা লৈরক্তুনা পিরকপদু শেৎতুনা চাগা থকমিন চামিন্নরকই। রাজেসনা মোম্বীদা বজারদা হায়গৎলুসি নঙগী ফুরিৎ ফজবা অমগা সলব্বাররা সারিরা ফজবা খরা লৈবিগে' হায়না থেমলকই। নুংশিরৈনা কোন্না অমুক উন্নরগা চৎমিন্নৌ ঙসিদা শক্কা শক্কা খংনরগা হেক্তা চৎমিন্নবদি ফত্তেদা হায়জে। মোম্বীনা ইনে য়ানিয়ে, তামো রাজেসকা ঙাইহাক্তুং বজারদা হায়গৎলুখিগে, ঐসু ফিরোল খরা লৈনিংদুনা লৈরিবনি মাগী তলপ ফংলে হায়বদুদা পৈশা পাইরিঙে অসিদা লৈহলহৌগে তৌবনি' হায়না মানা ঙমদুনা মোম্বীদু রাজেসকা লাপলপ্পা তুং মাং চৎমিন্নখ্রে।

ইম্ফাল সহর য়ৌরগা হোতেল অমদা চংদুনা অচা অথক কয়া চামিন্নদুনা নুপা নুপী ওইবগী অফ-ফত্ত ঋারী কয়া শান্নরে। রাজেসনা হান্না পাড়া ফারবনা শিংনা হোটেল মনুংদগী অনিদু থোরক্লে। নুমিৎ তাদৌরে। রাজেসনা ন্নমদুনা চিংদুনা বজারদগী টি সার্ট অমদি মোম্বীনা অপাম্বা মফি মরোল কয়া খন খন্দুনা অমদা অমুক খল্লী অমদা অমুক খল্লি অপাম পামদা থিদুনা ফিরোল খরা মোম্বীগী অপাম্বা মতুং ইন্না লৈখ্রে। মতুংদা মোম্বীনা 'হৌজিক্তী য়ুমদা হায়থবা ফরক তারনি কমদৌসিগে' হায়না পাখৎপা মওংদা হায়জরক্লে। রাজেসনা 'হোতেলদা লেক্লসি হয়েংগীনা হয়েংগী থোকপা ফনা ফনবা য়ুমদা খুম্নরসি অদুগা অমুক মরক মরক্তা উন্নরগা কোন্না চেনবা হায়বদুনি হায়না হায়বীরে'। মদুদা অনিদু য়ান্নদুনা অহিং অদু হোতেল অমদা কা অমা লৌদুনা অহিংদু অনিদু নুংঙাইনা ফম্মুং অমদা পুন্না তুমিন্নদুনা নুংঙাইনা পোৎথারে।

অয়ুক হৌগৎলকপদদি রাজেস লৈরমদ্রে। মোম্বী শ্বাই লাওনা ঙকপনা খম থেংখি। মোম্বীনা ইপা পাখৎনা লোইশিনবা য়াবা লোইশিল্লগা হোতেল অদুদা করিমতা কনাদসু হায়রমদনা মাগী ঙরাং রাজেসনা লৈরম্বা মফি মরোলশিং অদু পুরদুনা মথ্বাই নুংঙাইতনা উরিপোক্তা লৈবা মচেগী য়ুমদা থুংলরে। মচেনা কদাইদা চৎলুবনো ঙস্তানা হায়রক্লবদা ঙরাং নুমিদাং মমান্নবী অমনা য়াদ্রদুনা কৈশাম্পাৎতা লেকলুরে। হোরেন মমানা ফোন্দগা তৌরক্লবসু ইচেখোইদা লেক্তুনা লৈ হায়দুনা খরা তম্বীয়ু হায়দুনা তকশিল্লক্লে। মচেনা মসিগী নুপীমচা অসিদি কিবু কিজরে হায়জরবসু মহাকপু কল্লগে হায়দুনা মমাদা মোম্বীদু ঐখোয়দা লেক্তুনা চাদুনা লৈ

থারক্লগে হায়বীখি।

নুংথিলদা মোম্বী থৌবালদা হল্লক্কুনা ময়ূমদা থুলরে। মমানা চৈ থাংই অদুবু মোম্বীনা মচেখোইদা চৎলুবনি হায়দুনা নমখুম খুমখ্রে। মমাদু মীমাংদা ইকাইজবদগী ফরে ফরে মতুংদদি য়ুমদা ইমাদা হায়রল্লগা চৎলু ঐদি চেনখ্রবরা হায়দুনা পংব্লা ব্লারুরে হায়না মখা চিক্লা শাওরংননা হায়খি। ঙসিদি মোম্বীনা রাজেসতা মোবাইল ফোন্দা কয়ারক রিং তৌখি অদুবু নোট এভাইলেবল হায়দুনা পাও ফাওনবা ঙমখিদ্রে। থৌদোক অদু ফুমদুনা থমখ্রবসু অচিকপদনা মীৎলু পিরাংদি কয়ারক শিন্থুখি।



